- In the future we hope to generate more power from various renewable and non-renewable energy sources. It will enable India to meet the twin challenges of energy security and environmental susceptibility.
- India will enormously benefit from access to nuclear technology, equipment and materials as it would enable India to run its indigenous reactors at full capacity and set-up more reactors at a faster pace, thereby producing more electricity which would mean more power for farmers, villages and industry.
- The 123 Agreement is signed between two countries as equal partners. This will pave the way for cooperation in civil nuclear energy with other countries including France and Russia. The Congress Party reaffirms its abiding commitment to nuclear non-proliferation and total nuclear disarmament which is universal and verifiable as was proposed by Rajiv Gandhi at the Special UN Session on Disarmament in 1988

অসুম্না মীয়াম্না Indo Americal Deal নৈনবীরবা তুংদা মীয়ামদা বাজ্য সভা অমসুং লোক সভাগী সদশ্যশিংগী মীং অমুক্তং নীংশীংজনীংই।

## *RAJA SHABHA*

| | |
|---|---|
| 1952 - 1957 | Ng. Tompok |
| 1957 - 1963 | Lalitamadhop Sharma |
| 1963 - 1964 | Lalitamadhop Sharma |
| 1964 - 1972 | Sinam Krishnamohon |
| 1972 - 1974 | Salam Tombi |
| 1974 - 1978 | I. Tompok |
| 1978 - 1984 | Ng. Tompok |
| 1984 - 1988 | R.K. Jaychandra |
| 1988 - 1989 | R.K. Dorendro |
| 1989 - | B. D. Behring |
| 1990 - 1996 | W. Kulabidhu |
| 1996 - 2002 | W. Angou Singh |
| 2002 - 2007 | Rishang Keishing |
| 2007 - | Rishang Keishing |

## *LIST OF THE MPs (LOK SHABHA)*

| | *Inner* | *Outer* |
|---|---|---|
| 1952 - 1957 | L. Jugeshwor Singh | Rishang Keising |
| 1957 - 1962 | L. Achou Singh | S. Suisa |
| 1962 - 1967 | S. Tombi Singh | Rishang Keising |
| 1967 - 1971 | B. Meghachandra Singh | Paokai Haokip |
| 1971 - 1976 | N. Tombi Singh | Paokai Haokip |
| 1976 - 1980 | N. Tombi Singh | Yangmaso Seiza<br>Koloo Kair ( Bye Election) |
| 1980 - 1984 | Ng. Mohendra Singh | N. Gouzagin |
| 1984 - 1989 | N. Tombi Singh | Meijinlung Kamson |
| 1989 - 1991 | N. Tombi Singh | Meijinlung Kamson |
| 1991 - 1996 | Y. Yaima Singh | Meijinlung Kamson |
| 1996 - 2004 | Th. Ch..oba Singh | Meijinlung Kamson |
| 2004 - 2009 | Dr. Meinya Thokchom | 1998 -Kumari Kim Gangte |
| 2004 - Till Date | Dr. Meinya Thokchom | 1999 Holkhomang Haokip<br>2004 - Mani Charenamei<br>2009 Thangso Baite |

মথক্তা পঞ্জরীবা লোক সভা অমসুং রাজ্য সভাগী মেম্বরশিংনা ভারতকী সংসদতা মণিপুর প্রজাগী অপাম্বা ফোংদোক্লবা থাবনী হায়দুনা প্রজা মীয়াম্না অশা তৌনরীবনী। অদুবু ইপেন পেনবগী ৱাফমদি ইয়াও য়াওরক্তবগুম মীয়াম্না লৌনরী।

অদুগা য়াম্না লাইবকথীবা অমনা ভারত অসিবু নিংতম্লবা হোৎনবদা থৱায় থাগ্রবা অৱাবা কয়া নংখ্রবা মীওই মমীং মথা কনানসু খংবীখীদ্রবা কয়া লৈতবা নত্তে। মখোয় কয়াদুগী মনুংদা খরদং লৌখৎতুনা নিংশিংবদা করী অকায়বা লৈ।। Baba Tilka Majri, Channamama Rani, Mangol Parde, Tenliya Tope, Nana Saheb Peslwa, Kartar Singh, Sarabha, Kehar Singh Barhna, Damodar hari Chepakar, Basudev Hrari Chepakar, Khudiram Bose, Rani Luxmbai, Sidho Santhai, Babu Kunwer Singh, Madel Lal Dhingra, Amir Chand, Kishan Singh Gargoj, Ram Prased Bismil, Ashfaqullah Khan, Chandra Sekhar, Azad, Sadar Bhagat Singh, Ucham Singh, Surchdev, Rajguru, Bailkunth Survce অসিনচিংবনি। মখোয়গী মমীং অসি কাওনখ্রে অদুবু মখোয়না তৌরম্বা দান অদুদি ঙসিসু লৈরী। মখোয়গী বলীদান অদুগী মচুমদা ঐখোয়না ঙসি হিংজরী। অদুবু মখোয়বু জাতীগী থাক্তা নিংশিংবীরীব্রা, লৈ মনা অমা, ঈশিং খুজোক অমা কুমওন অমা লাকপদা তর্পন কৎপীরব্র হায়বসিনী থম্মোয়দা হংলীবসি। অদুবু মাগী মাগী মরাইক্তা তম্বা হায়বদুদা অদুম পেঙ্খোকপা হায়বদুনী।

মসিনা ভারতকী ওইবা ফীবম ওইরে। মথক্তসু মতেক খরসু পঞ্জব্রবনী অদুমওইনমক মণিপুর অসি করম্না Statehood পুরকখিবগে হায়বদুমসু মতেক অমা নিংশীংমীন্নবদা করীসু কায়রোই খল্লী।

নিংথৌ পানবা সাসন লোয়খ্রবদা ভারতকী লৈঙাকলোন্দা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখিবসি ১৯৫৪ নী। ষ্টেট ষ্টেটকী সিমানা শেমদোকতুনা মাগী-মাগী এসেম্বলী লৈবা য়াও -লৈনবা হোৎনবা য়াও কয়া অমা লৈখ্রে। মতাং অসিদা মণিপুরগা ভারতকী লৈঙাকনুংদা পুথ্রবা মতুংদা সোসিলিষ্ট পার্টিনা অসামগী নেতা খরগা লোন্না মণিপুর অসামদা পুন্নবা হোৎনরম্ই হায়বসি অহল লমনশিংনা হায়বীরম্ই। ব্রাফম অসিবু প্রতিবাদ তৌবা ওইনা কংগ্রেস দলনা গান্ধি মৈদান্দা ১৯৫৩ গী অদুব্রাইদা মীটিং তৌদুনা Socialist কী থৌওং অদুবু কন্দেম তৌখি। মতমদুগী State re-organisation committee দা মেমোরেন্দম কয়া পীখী।। মতমদু Lalitamadhop Sharma না Congress Party মণিপুরগী প্রসিডেন্ট ওইরে ইং ১৯৫৫ দা ভারতকী Home Minister না মণিপুরদা লাকখিবদা Memorandum পীশীল্লী অদুগা অমুকসু ১৯৬০ দা মশাগী ওইবা দলগী ব্রারেপসু লৌখী।

১। ভারতকী সংবীধান শেমদোকতুনা মণিপুর Statehood ওইহল্লু।

২। মণিপুরগী ইন্টিগ্রীতী কায়দনা মণিপুরগী লম মচেৎ অমাত্তা নাগা ষ্টেটতা য়াওবা য়াহনবীগনু।

৩। তেরীতোরেল কান্সীলগী শক্তি হেনগৎহনগদবনী।

অসুম্না কংগ্রেস দলনা All India Congress Committee (AICC) গী প্রসিডেন্ট Sanjiva Reddy না ১৯৬১ দা লাকপদা অমদি Lalbahadur Shastri নাসু Home Minister ওইরীবৈদা ১৯৬১ দা মণিপুর য়ৌরকখিবদা মেমোরেন্দম কয়া পীশিনখি।

মণিপুরগী Statehood ফংনবা হোৎনবদা চীঙ-তম অনিগী অপুনবা খোংজং অমা চংই। নাগালেন্দগা য়ুমথংনবা মণিপুরগী সিমানা মনুংদা লৈবা নাগা খরদি নাগালেন্দদা Statehood ফংবদা মখোয়বু খুদোংচাবা ফংগনী হায়বগী থাজবা লৈখি। মদুগী ব্রাথোক অমদি থাজবদু হৌজিক ফাওবদা হনবা লৈত্রি। খ্বায়দগী মরুওইবদি ১৯৬৯ দা চুরাচান্দপুরদা পাংথোকপা কনফরেন্স অদুনী। চিংগী মীহুৎ কয়া য়াওবা মীফমদুনা মাগী-মাগী এলাকাদা Statehood কী ব্রাফমসি প্রজাশিংদা ভাব তাহন্নবা ব্রারেপ লৌখি। মসিগী মতুংদদি মতমদুদা লৈরম্বা রাজনীতী দলগী ওইবা অপুনবা Statehood Demand Co-ordinating Body অমা শেম্লগা ১৯৭০ দা পুন্না খোংজং চংশিনমীন্নবা হৌখি।

**মসিগী মমাংদা কংগ্রেস দলগীদি ইম্ফাল মীউনীসিপাল বোর্ড লৈরবা মতমদা কংগ্রেসকী কাওন্সিলরশিংনা মাগী-মাগী ৱার্ড-ৱার্ডকী মী পুনশিল্লগা পুন্না পুলীসনা ফাহনবগী থবক চথবা হৌখি। ১৯৬৯ অদুৱাইদা ৱার্ড নম্বর ৮ গী ওইনা কম্মীসনর বামন মনীগী মান্দপতা চাকলেন চারবা মতুংদা ঐহাক ইশাশু য়াওনা দলগী ফীরাল পায়রগা লাও খোংদুনা চৎলী। মতমদুদা ঐখোয় ফারীবা কাংলুপ অদু নুমিৎ তাবা ফাওবা হৌজিক্কী জিপী ব্রুমেন কলেজগী লম্পাক্তা হোয়জিল্লগা থমখি। খরনা জেলদা থমই খরনা চহি শুদে হায়দুনা থেমলগা থাদোকলকখি।**

মণিপুরবু Statehood পীবগী ৱাফমসি সংসদকী মেম্বর অয়াম্বনা পুক্লিং চিংশিনদুনা MP ১০ না শাবা তিম অমা শ্রী শীলভদ্রয়াজী কংগ্রেস (R) মণিপুরদা ইং ১৯৭০ দা মণিপুরদা লাকখি। মতমদুদসু কংগ্রেস দলনা মেমোরেন্দম পিশিনখি।

১৯৭১ দা ফম্বা সংসদকী মীফম্না North Eastern Indian Areas Re-organisation Bill 1971 Pass তৌদুনা মণিপুব মপুং ফাবা বাজ্য অমা ওইহন্নবা ৱাফম যাওখ্রে।

শ্রীমতি ইন্দিরানা ইং ১৯৭২ জনুৱারি ২১ দা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইনা লেংবীরক্লুনা মণিপুবনা মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইবগী ৱাফম লাওথোকপিখি।

**"অসিগী মতুং মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইরবদা কংগ্রেস দলনা ১৯৭২ গী জেনরেল ইলেক্সন্দা লাওথোকখিবা ৱাফম খরা"।**

# ১৯৭২ ইলেক্সন মেনিফেষ্টো

## মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কমিটি

### রাজনিতিক্কী অপাম্বা মপুং ফারকপা

কেন্দ্রদা লৈবা কংগ্রেস সরকারনা অৱাং নোংপোক লমদমবু নৌহৌনা শেমদোক শেমজিন তৌরকপা অসিনা প্রজাশিংগী রাজনৈতিক্কী ঈখৌলাংবা অদু থুংলে হায়বা তাকই। মসিনা ঈরাং অমসুং মচোয়-মচোয় তানবগী লমায় অদু খুমজিনখিদুনা চাওখৎ খোংথাংগী মিৎয়েং অমা য়েংবা হৌরবনি। মণিপুবদসু কংগ্রেস পার্টিনা মণিপুরবু মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইহন্নবগী অকনবা আন্দোলনবু লিশাংশিংনা লমজিংখি। মাসি মণিপুর প্রজাশিংগী মফমদা ৱাশক অমা ওইখিবদগীনি। ঙসিদি অদুগুম্বা ৱাশক অদু মপুং ফারে। মণিপুর প্রজা অমসুং প্রধান মন্ত্রি ইন্দিরা গান্ধিনা লুচিংলিবা কেন্দ্র সরকারবু নুংঙাইরবা লমথুংফম য়ৌরকলিবা অসিগীদমক হন্না-হন্না ধন্যবাদ তৌফম থোক্লে। মসি প্রধান মন্ত্রিগী অওনবা নাইবা নেতৃত্বগী (ডাইনামিক লিদরসিপ) অমদি মণিপুরগীদমকসু ইতিহাসিক ওইবা অচৌবা মায় পাকপা অমনি।

## হেনগৎলক্লিবা দায়ীত্বশিং

অসিগুম্বা অনৌবা থাক অসিনা মণিপুর প্রজাশিংগী দায়ীত্বগী মওং অমসুং চাং হেনগৎহল্লক্লি। অনৌবা ফংলক্লিবা থাক অসিবু ইকুই কুইদনা সাধারন মীখল অমনা তুং ইল্লক্লি। মীখল অসিমক্তি মীয়ামগী ৱাখলবু নিংথিজনা চাংয়েং অমা য়েংগদবদুনি। লাক্লিবা জেনরেল ইলেক্সন অসিদগী মরা চেৎলবা, চাওখৎ খোংথাংদা থুনা চংশিনবা অমসুং ৱাখল পরিং ময়েক লানা খনবা ঙল্লবা সরকার অমা শেল্লক্কনি হায়না নৌনা ওইরিবা রাজ্য অসিনা ঙাইরি।

## মতাং চাবদা চোংথোকপিরক্কবা হায়জবা

জেনরেল ইলেক্সনগী মাঙওইনবা মতাং অসিদা মতাং চানা চোংথোকপিরক্কুনা অমসুং কংগ্রেসতা শক্তি শিন্নবিদুনা নৌনা ফংলবা ষ্টেট অসিগী রাজনৈতীক্কী ওইবা মরা চেৎহনবদা অমসুং চাওখৎপগী লম্বীদা থুনা চংশিনবদা য়াওবিনবা মণিপুর প্রজাদা আপিল তৌবা ফংজবসি মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিগী খুদোংচাবা অমনি।

প্রধান মন্ত্রি ইন্দিরাগী অমসুং ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী আশীবর্বাদকা লোয়ননা প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিনা লাক্লিবা সাধারণ মীখল অসিবু থেংননবগী উদেশ্য ওইনা মখাগীশিং অসিবু লৌখৎলি।

ক। মরা চেৎপা, চাওখৎ খোংথাংদা থুনা চংশিনবা অমসুং ৱাখল পুক্লিং ময়েক লানা খনবা ঙল্লবা সরকার অমা লিংখৎপা-অসিগুম্বা সরকার অসি ইন্দষ্ট্রি, লৌউ-শিংউবা, দেশ বিদেশ কোয়বা, কলা অসুং সংস্কৃতি, শিক্ষা, লম্বী-থোং অমসুং চাখোক চৎশিনবু নিংথিনা চাওখৎহনবগী ঈনোৎ পীবা ঙম্বা ওইহনগদবনি।

খ। ষ্টেটহুড ফংলকপদগী পোকনরকপা আশা অমসুং অপাম্বশিংবু মচাক চেলহনবগা লোয়ননা অর্থা অমসুং লমজিং পীবা।

গ। ঐখোযগী চাওরবা মহাজাতি অসিগী মরু ওইরবা অমসুং কল্লবা শরুক অমা ওইনা মণিপুরগী য়াইফনবগী অমসুং হিরম শুনা চাওখৎলক্কবগীদমক পুক্লিং অমত্তা ওইনা থম্মোই শেংনা হোৎনদুনা হৌজিক্কী অমসুং তুংগী মণিপুরগী মীরোল কয়াবু লমজিং অমা পীবা।

ঘ। চীংগী লমদা অখন্না ৱাখল পীবগা লোয়ননা মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা লমদমশিংদা চাওখৎ পৌরাংগী খুদোংচাবা খেন্নবা লৈহন্দবা।

ঙ। শাসন পুবদা য়াওরিবা কর্ম্মচারীশিংগী মখল মথেনগী থাক কয়াদা অমোৎপা থবক (করপসন) থিংবা।

চ। রাজনীতিদা ঙাইহাক্কী ওইনা মশাগী ওইজবা ফংনবা গণতান্ত্রিক শক্তিগী মায়োক্তা গণতন্ত্র অমসুং সমাজবাদকী য়েক্লবশিংগা শেংদবা মওংদা (অনহোলি এলায়েন্স) লৌতুনরিবা মখোয় অদুবু মপুং ফাবা মায়থিবা পীবা।

# মখাদা পীরিবা হীরমশিং অসি মায়পুনবগা লোয়ননা চংশিনবা

## ইন্দষ্ট্রিগী মাইকৈদা

ক। ফিশা লোনশাবু মতিক চানা খুৎশুমন ফংবা য়াবা শিনফম অমা ওইহনবা।

খ। চেগী অমসুং বিলাটিমাটিগী কারখানা লিংখৎপা।

গ। মণিপুর লং নাইবগী কল কারখানা হাংদোক্লবগী খোংথাং থুজিলহনবা।

ঘ। মণিপুরদা চা বাগান শেমগৎনবগী মরিক চুন্বা থিগৎনবগী থবক পায়খৎপা।

ঙ। অপিকপা চাংদা থোকহন্নবগী কাংলুপ্তা ওইনা সাইকল, ঘড়ী, অরাইবা অমসুং অরুবা খুৎলায় অমসুং যন্ত্র ওইনা শিজিন্নবা পোৎকুপ চৈকুপ শাবা, উহৈ ব্রাহৈবু পশ্ব পুমথদনা থম্লবগী অমদি চিনি অমসুং মহৈ মরোং অতৈ অতৈদগী পোথোক পুথোকপা।

## লৌউ-শিংউবগী লমদা

ক। মণিপুর তম্পাক অপুম্বদা লৌউ অনিরক উবা য়াননবা লৌখোংগী পাম্বৈনা লৌউবগী খুদোংচাবা হেনগৎহনবা।

খ। লৌউ শিংউবগীদমক লৌনৌ নিন্নবগী এরিয়া হেনগৎহনবা।

গ। ঈশিং ঈচাও থিংনবা মশক থোকপা থবক পায়খৎপা।

ঘ। লৌচা পথাপ শেমদোকপগী থবক থুনা পায়খৎপা শেলহুৎ হজিনদবা হায়বদি ওইজদবা চাংগী লমগী মপুং ওইবদগী থোরকপা ব্রায়োং থোক্তববু অমদি মীওই খরতগী মখুত্তা লম য়াম্না নিয়ম চুমদনা পায়শিনখিববু লৌথোক্লবা হোৎনবা।

ঙ। লৌমীশিংদা হার অমসুং অফবা মরূ ফংহনবদা অমদি পোৎ য়োস্থোক য়োনশিনা তৌবদা কান্নবা ফংননবা হোৎনবা।

## শিক্ষাগী মাইকৈদা

ক। মেডিকেল কলেজ লিংখৎপা।

খ। বিশ্ববিদ্যালয় অমা লিংখৎনবগীদমক্তা পোষ্ট গ্রেদুয়েট সেন্টর চাওখৎহনবদা তেংবাংবা।

গ। শিক্ষাগী খুদোংচাবা ফংবদা লম লমগী ওইবা খুদোংচাদবা কোকহনবা।

ঙ। কলেজ অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়শিংদা শেন্থোক ৱাৎপা কাংবুশিংগীদমক শিক্ষাগী খুদোংচাবা ফংবা হেনগৎহনবা।

## অতৈ-অতৈ খরগী মাইকৈদা

ক। মণিপুরী লোল অমসুং মণিপুরী সাহিত্যবু চাওখৎহন্ননবগীদমক হোৎনবা অমসুং মখোয়বু শিক্ষাগী নিংথিনা চাওখৎলবা অমসুং ফোংদোক্লবগী মাধ্যম অমা ওইহনবা।

খ। মণিপুর লোলবু চাওখৎহনবগা লোয়ননা ভারতকী সংবিধানগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা য়াওহনবা হোৎনবা।

গ। ইম্ফাল সহর অমসুং দিষ্ট্রিক্ট অমদি সব-ডিভিজনেল হেদ কার্টরসশিং য়াওনা অপিকপা সহরশিংবুসু মশক থোকপা প্লান অমগী মতুংইন্না শেমগৎপা।

ঘ। খুঙ্গংগী লমশিংবু শক্তি ফংহনবা।

ঙ। সহর অমসুং খুঙ্গংগী লমদমশিংদা থক্লবা ঈশিং পীবগী থবক হেনগৎহনবা।

চ। চৎথোক-চৎশিন অমসুং ঈ-পাউ ফাওনবগী খুদোংচাবা হেন্না ফংহনবা।

ছ। মরুওইবা লাইরিক হৈরবা মীওইশিংগীদমক থবক ইনখাং ফংনবগী খুদোংচাবা হেনগৎহনবা।

জ। মণিপুরদা মরুওইনা চীংগী এরিয়াশিংদা লো এণ্ড ওরদরগী ফিবম লৈতারক্লবা হোৎনবা।

## মণিপুরদা রাজ্য ওইহল্লকপা

মণিপুর রাজ্য ওইহল্লকপা অসিমক কংগ্রেসকী চাওরবা মায়পাকপা অমনি। মণিপুরবু রাজ্য অমা ওইহনবগী ৱারেপ লৌহনবদা অমসুং মসিবু থবক ওইনা ওন্থোকহনবদা কংগ্রেসকী নেতাশিংনা চপ যুংবা থাজবগী হায়নিংঙাই লৈতবা থৌনাগা লোয়ননা থবক তৌখি। অৱাং নোংপোক লমদমবু শেমদোক শেমজিন তৌবদা লমজিংখিবা পোলিসী অদুগী মতুংইন্না কংগ্রেস পার্টিনা থবক তৌবদা অসুমক চৎথখিগনি। মরম অসিনা ষ্টেট অসিগী শেলথুমগী ফীভম শেমগৎপদা কান্নবা ওইহনগনি।

**মখাদা পীরিবশিং অসি মণিপুরদা মায়পাকপনি হায়না হায়বা য়াই:-**

১। মখল মথেল থৌরমদা কান্নবা লোক্তাক হাইদ্রো-ইলেক্ট্রিক প্রোজেক্ট

২। শিক্ষা শন্দোকপা মদুগী মশক থোকপা শক্তম খরদি।

ক। ক্লাস VIII ফাওবা নুপামচাশিংগী অমসুং সেকেণ্ডরি ষ্টেজ লোইবা ফাওবদা নুপীমচাশিংদা ফ্রি এদুকেসন।

খ। ইউনির্ভসিটি সেন্তর অমা হাংবা

গ। প্রাইভেট কলেজশিংদা চহিগী চৎনবী গ্রান্ট পীবা পাকথোরকপা।

ঘ। মেট্রিককী মখা তমথবা আয় য়াম্না লাকচদবা কাংবুদা পাক-শন্না বৃত্তি পীনবা হোৎনবা।

মীখলগী মাঙওইনবা মতাংসিদা মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিনা মণিপুর প্রজাগী মফমদা-হায়বদি নহারোল অমসুং অহললোনশিংদা মশাগী অনিঙবা ফোংদোকচরি অমসুং ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী পাউজেল পীজরি। মণিপুরনা রাজ্য ওইরবদা অহানবা বিধান সভাগী লাক্লিবা মীখল অসিনা অনৌবা পুন্সি অমা হৌগৎলকপা তাবা মতাং অসিদা মখোয়গী অপাম্বগী পাঙ্গল লৈ হায়বসি উৎননবা মণিপুর-প্রজাশিংদা মখোয় মশাবু নৌনা শক খঙজনবগী খুদোংচাবা অমা পীরি অমদি মণিপুরগী লংলগদবা অমসুং য়াইফবা ওইফম থোক্লবা তুংগী আশা অমা শেমগৎপদা চপ য়ুংনা নিঙবা অমা লৈরে হায়বসি উৎনবগী খুদোংচাবদু ফংলগনি।

ভারতকী অতৈ দেশবাসী অমদি নাগরিক পুম্নমক্কা লোয়ননা ঐখোয়না প্রধান মন্ত্রি শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধিজীবু মহাক্কী হায় ঙমদনা শিংথানিংঙাই ওইরবা নেতৃত্বগীদমক ধন্যবাদ তৌরি। ভারতকী লানমীশিংনা পাকিস্থানগী মায়য়োক্তা লানঙম ফিরাল থেৎপা ঙম্বগীদমক মণিপুর প্রজানা মঙ্গোল পাউজেল পীজরি। ঐখোয়দা ঐখোয়গী লানমীশিংগীদক চাউথোকচবা পোকচৈ অমদি ইরৈবাক ইজাতি কন্নবা মথ্বাই কৎখ্রবা অদুগুম্বা মীশকশিং অদুগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জরি কচ্চরি। ঐখোয়না নীংতম্বা, গণতান্ত্রিক ওইবা অমসুং ধর্ম্মদা মীচং-মীখাই নাইদবা বাংলাদেশ থোরকপসি থম্মোয় য়াওনা স্বাগত তৌরি। ঐখোয়না বাংলাদেশকী অথৌবা অমদি প্রধান মন্ত্রি সেখ মুজিবুর রহমানবু থাগৎলি। বাংলা দেশতা মায় পাকলপদগী ঐখোয় ইশাদা আত্মা-বিশ্বাসকী অনৌবা ৱাখল অমা লাক্লিবসিবু জাতি শেমগৎপগী মথক্তা শিজিন্নগনি হায়না পুক্লিংগী অরেপ্পা ফোংদোকলি।

ইং ১৯৭২ গী ইংগী মীখলদা কংগ্রেস দলনা য়ায়দগী মশিং হেনবা রাজনীতী দল অমা ওইরগসু মতম অদুদা এন্টি ডিফেক্সন রুলসু লৈখিদবা অদুগী মথক্তা ইন্দিপেন্ডেন্ট কেন্দীদেংনা য়াম্না কাখিবনা মরম ওইনা কংগ্রেসদলনা সাসন পাইবা ঙমখিদে। মণিপুরবু পুবর্বঞ্চল ষ্টেট অমা শেম্নবা অমদি অসামগী জিল্লা অমা ওইবদগী কনখিবা হোৎনখিবা অমসুং মণিপুরবু মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইনবা হেৎনবদা লৌখিবা দায়ত্ব কয়া অদু মণিপুরগী প্রজানা কাওবীখী। কংগ্রেসতগী চোংথোরকলবা কংগ্রেস লুচিংবা কয়ানা লোকেল পার্টি এম পি পি দা য়াওবা কয়াসিনা মরম ওইরগা মখোয়গী প্রোপাসন্দা অদুদা থাজবনা মরম ওইখি। মদুনা মরম ওইরগা ১৯৭২ গী মীখলগী ফলদা কংগ্রেস দলনা মশিং হেন্না কারগসু এম পি পিগা ইন্দিপেন্ডেন্ট এম এল এগা পুল্লগা সরকার শেমখি। লিলোংদগী কারকপা এম দি অলিম্মুডিননা রাজ্য অসিগী মুখ্য মন্ত্রি ওইখি। অশেংবা ৱাফম অমা হায়রগদি মোইরাং কেন্দ্রগী মীয়ামগী মীহুৎ ওইরমখিবা শ্রীকোইরেং সিংহবু ইম্বুবা পাম্বা মীওই কয়া লৈরকখিবা অমদি মরু ওইনা শগোলবন্দ কেন্দ্রদা লৈবা সালাম তোম্বীনা (মীয়াম্না তোম্বীগী মমাংদা মীংথোল অমা হাপখি) কোইরেংবু কনবা য়াখিদে। মরৈ য়েৎনরকপদা এসেম্বলীদা চৌক্রী ফাওবা লংনৈ হায়না মীয়ামদা পাওদম্নখি। অদুবু এম পি পিগী সাসন অদু কুইনা মরা চেৎনা পানখিদে হায়বা য়াই। মশক থোকপা থবক নিংথী নুংঙাইনা তৌরমদে। সেন্টরনা অহানবা থাদরকপা শেনফম অদুদগী মীরমগী কার য়াম্না লৈথোকতুনা ফম্নাইবশিংনা তোংখি। মদু মঙাই ঐখোয়না খংজহৌবদা।

য়াম্না লাইবক থীবদি মীয়ামদা ওইদবা উৎপগী প্রোপাগন্দা অমা মতমদুদা শন্দোকখি। মতমদুগী রিশাং কৈশিং হৌজিক্ত রাজ্য সভাগী এম পি ওইরিবা অসিনা UNIC হায়বা নাগাশিংগী অপুনবা খোম্লাও লাওখিবা সংস্থাল অসিনা কংগ্রেস দলদা মর্জ্জ তৌরকপা অদুদা অয়াম্বা কংগ্রেস দল অসি লাম্না প্রচার তৌখি, অদুবু মর্জ্জ তৌরকপগী অশেংবা শক্তম অদুদি মখাগী অসিনী।

## ANNEXURE

**Joint agreement for the merger of the United Naga Integration Council (UNIC) with the All India Congress Party.**

**The Representatives of the AICC, UNIC, MPCC Participating in the Merger Talks.**

1. **Shri Sheelbhadra Yajee, AICC Secretary for Manipur, Tripura and Mizoram, Representing AICC.**

Sarvashri

1. K. Envey, MLA, Vice-President, UNIC
2. Jemes L. Kolakho, Gen. Secretary, UNIC
3. Rishang Keishing, MLA,
4. K. Huriang
5. Khasting Jajo
6. N.L. Thumaing, Representing UNIC.

Shri H. Nilamani Singh, President, MPCC, Representing MPCC

The above participants of the merger talk after free and frank deliberation formally reached an agrement to merger the UNIC with the All India Congress Party on the following terms.

Agreement on political stand

It is agreed, upon that the Congress Party does not approve Naga integration movement and does not consider Naga integration movement as anti-party, antinational, anti state and uncostitutional activity.

Further, it is agreed upon that no Congress Party member will be subjected to disciplinary action on the ground that he or she as the case may be is involved in Naga integration movement.

It is also agreed that the Naga integration problem should be disused and settled at the Governmental level. The party members can also discus the matter at different party levels.

Agreement on organisational adjustment.

a) Either the President or the General Secretary of the UNIC shall be nominated and AICC member by the President of the AICC.
b) Case of the UNIC members shall be made a General Secretary of the MPCC.
c) Three members of the UNIC should be nominated as MPCC Member.
d) The formation of the District Ad-Hoc-Congress Committee should be constituted on mutual understanding.
e) The last date of enrolment of the Congress Party membership should be extended upto 31 at August, 1972

Sd/-
K. Envey
Vice-President UNIC
James L. Kolakho
Gen, Secretary, UNIC
Rishang Keishing
K. Hurinang

Sd/-
Sheelbhadra Yajee
Secretary AICC for Manipur
Tripura & Misoram for and
on the authority AICC
Khasung Jajao

H. Nilamani Singh-President MPCC

**রাজনীতীগী খুদোংচাবা লৌবা কাংবুনা UNIC গী ৱাফম হেক হেক নিংশীংলগা খুদোংচাবা লৌখিবা মতমদা অসুম্না শেংদোকখি।**

## কংগ্রেসতা মর্জ তৌখীবদগী নাগা ইন্তীগ্রেসনগী ৱাফম মাংখ্রবনি-রিশাং কৈশিং

### অরানবা শেমজিন মেপ ১ পুথোক্লগা রাজ্যগী অপুনবা শক্তম কন্নবা, নুংশিনদনবা হোৎনবা লাইবক থিবনি (ফেব্রুৱারি ০১)

মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর শ্রীরিশাং কৈশিংনা হায়খ্রে-মণিপুরগী অপুনবা শক্তম শীংনদুনা কনাগুম্বা কাংলুপ অমতনা হোমলেগু তানবা শুকয়া য়ারোই। ঙরাং পাওমীশিংগা উন্নবা অমদাশ্রীরিশাং কৈশিনা হায়-রাজ্য অসিদা লৈরিবা নাগ্য লাক্ষ অহুমলোমনা মখোয়না তারিবা লমগা লোয়ননা নাগা লেন্দ পুনশিননিংবগী ৱাফম লৈতে। মণিপুর মচেৎ তানবা কংগ্রেসনা হোৎনরে হায়বা প্রচার অমা শন্দোক্লিবা অসি য়ুমফম য়াওদবনি হায়নসু মহাক্না পল্লদুনা বীধান সভাগী মীখল ময়াদা বাজনিতিদল কয়ানা শেমজিন শাজিনবা মেপ অমা পুথোক্লগা অরানবা প্রচাব কয়া তৌরক্লিবসি মণিপুর মচেৎ তানবা হোৎনবা, কাংলুপ মশেল নুংশিনদনবা শিনবনি হায়না মরাল শিখি।

নাগা ইন্টিগ্রেসনগী ৱাফম পল্লদুনা, শ্রীবিশাং কৈশিংনা হায় ইংশোক ১৯৭২ না ইউনাইতেট নাগা ইন্টিগ্রেসন কাউন্সীল (ইউ এন আই সি) কংগ্রেসতা মার্জ তৌদুনা লুপশিনখ্রে হায়না নাগা ইন্টিগ্রেসনগী ৱাফমসু মাংখ্রবনি।

মতাং অসিদা নাগালেন্দগী মবমদা রাজনীতী দল অমগী লুচিংবা অমনা অসুম্না ফোংদোকখি।

**বুদ্ধি মন্নবা নাগাগী ৱাখোক**

[illegible]

## মণিপুরদা ARMS FORCES SPECIAL POWER ACT লৈরকখিবগী শন্নরা খাকম

2nd November, 2000 দা মালেমদা মীচম ১০ হাৎখিবগী সরমীলা কৌবী ইরোম চনু অসিনা 4th November, 2000 দগী চরা হেনব হৌখিবনি হায়না ঐখোয়না খেংনখি। মহাকপু চরা হেনফমদগী মণিপুর সরকারনা "Attempt to Suicide" Act শান্দুনা পুল্সিনা ফাজিনখি। পুল্সিকী Custody লৈরিঙৈ সরমীলানা চাক চাও হায়বা য়াখিদে। পুল্সিকী মীওইশিংনা তৌফম শংলকত্রদুনা নবেম্বরগী তাং ২১ ইং ২০০০ দা পুলিস Custody দগী থাদোকরকখি। অদুবু সরমীলানা মহাকপু শৌগৎপা মীওই খরগা লোয়ননা ইম্ফালদা মীয়াম মমাংদা চরা হেনবা হৌখি। পুল্সিনা অমুক ফারবা মতুংদা মহাকপু December তাং ৩০ ইং ২০০০ দা জেলদা থাজিনখি।

তশেংনমক্তা মীয়াম্না তাথীরিবা Armed Forces (Assam & Manipur) Special Power Act অসি ইংশোক ১৯৬০ গী ওক্তোমর তাং ৭ ত Ukhrul Sub-Division দা C.S. Nayar Chief Secretary ওইরীঙৈদা লালহৌবগী ইরাং লাকশিন্নবা থমখি। অদুগী মতুংদা Tamenglong দা ১৯৬১ গী মে তাং ২৭ ত থমখি। অদুদগী মথং-মথং Act অসিনা মণিপুর পুম্না কোনশিনখী। অদুবু কংগ্রেস সরকারনা মণিপুরগী সাসন পায়রবা মতমদা মীয়ামগী স্বার্থদা ইং ২০০৪ গী আগষ্ট ২৪ দা ইম্ফাল মীউনীসিপাল কাওন্সিলনা কোনবা এলাকাদগী এক্ট অসি লৌথোকখি। মসিদা য়াম্না চাওনা শিংনবা হায়গদ্র মণিপুরগী প্রজাশিংনা পান্নীবা থৌওং অদু খরদা ওইরগনু নীংবা থুংহন্নবা হায়দুনা মণিপুর রাজ্য অসি মুখ্য মন্ত্রি শ্রী ও. ইবোবীনা হোৎনখি।

প্রধান মন্ত্রি অমদি হোম মীনিষ্টরনা কৌদুনা Act অসি মণিপুরগী জগা অমদগী লৌথোক্তনবা হায়বদা সাসন পায়দ্রবসু প্রজাগী অপাম্বদি মত্তেক খরদা ওইরবসু লৌথোক্তবা য়াদে হায়দুনা অনম কন্দুনা শ্রী ও, ইবোবীনা লুচিংবা সরকার অসিনদি হোৎনখি অমসুং ইম্ফাল সিতীগী এসেম্বলী সেগমেন্ট ৭ তগী Act অসি লৌথোকখি। দল খুদিংমক্তা, মীখলগী মীরেপ খুদিংক্তা Act অসিগী মথক্তা তোংলগা মীখলগী চোয়রোল অমদি য়াম্না কনবা প্রোপাগন্দা ওইদুনা লাকলী। সাসন পায়বদা য়াওবা মহামন্ত্রি ওইবীরম্নবা মীওই কয়া অমসু তোঙান-তোঙানবা রাজনীতী দল কয়াগী লুচিংবা ওইদুনা হৌজিকসু Act অসিগী মরমদা লাও খোংলি। ঐনা হায়জনিংবদি মখোয়-মখোয়না সাসন পায়রীঙৈদা Act অসি লৌথোক্নবা করী মরমগী হোৎনবীরমদবনো হায়না খাহং অসিনী হংনীংলীবদি। চহি কয়া অমা লুচিংবা কয়া অমা লৈখিবশিংনা Act অসি ভোংখক্তগী খোল্লাও ওইহনগু মসি। Act অসি লৌথোকপ্পবা এলাকাশিংদা করী কান্নবা ফংলীবগে

হায়বসিনী। নোংমগী মীশী-মনা মীওং মীনৈ কয়া চংথরী।

## কংগ্রেস দলগী চংনা পথাপশিংগী মনুংদা টেরিটোরিয়েল কাওন্সীলগী মতমদা চংনরম্বা ৱারোল

কংগ্রেস দল লৈখ্রবগী তুংদা তোঙান-তোঙানবা মখলগী তাংকক নাইনা চংনরোল কয়া লৈখ্রে। মণিপুরদা লৈরীবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস দল অসিবু কাইনথংদা ভারত জাতীয় কংগ্রেসদা খুশন্নরকপনী হায়বগী ৱাফমসু লৈরী।

অদুনা ইং ১৯৬৮ দা রাজ্য অসিগী ওইবা মণিপুর ষ্টেট তেরিতোরিয়েলকী সংবীধানদা অসুম্না পীরমই। মতমদুদা মণিপুরদা লৈরীবা কংগ্রেস দলগী প্রসিডেন্ট অসি শ্রী রা:কু: বীরচন্দ্র সিংহনা প্রসিডেন্ট ওইবা মতমনী।

## মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী সংবিধান

## "পান্দমফম"

ধারা-১

মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী পান্দমফমদি ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী পান্দমগা মান্নে। ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী পান্দমফমদি-ভারতকী প্রজাগী য়াইফবা, চাওখংপা অমসুং ভারতা শান্তিপূর্ণ ওইবা অমসুং সংবিধান কায়দবা পান্থনা পালিয়ামেন্টরি গণতন্ত্রদা য়ুম্ফম ওইবা সমাজবাদিক ষ্টেট অমা লিংখৎপনি, ষ্টেট অসিদা মী পুম্নমক্কী সুবিধা মান্নগনি, রাজনৈতিক, অর্থনৈতি অমসুং সমাজিক অধিকার চপমান্ননা ফংগনি অমদি ষ্টেট অসিনা পৃথিবীগী শান্তি অমসুং মচিন মনাও ওইবগী পান্দমলোমদা চঙশিনগনি"

## কনষ্টিটিউয়েন্টস

ধারা-২

মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা মখাগী কমিটিশিং অসি লৈগনি।

১। এম টি সি সিগী একজিক্যুটিভ কমিতি,

২। ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিশিং,

৩। ব্লোক কংগ্রেস কমিটিশিং,

৪। টাউন কংগ্রেস কমিটিশিং (মিউনিসিপ্যালিটি নত্রগা টাউন কমিটি এরিয়া খুদিংমক্কী অসিগুম্বা কমিটি অমমম লৈংবা য়াই)

৫। ব্লোক কংগ্রেস কমিটিশিংগী মখাপোনবা কমিটিদি মরি লৈনবা টি সি সিনা লেপকনি।

# টেরিটোরিয়েল জুরিসডিকশন্

**ধারা-৩**

ক) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটি অসি মণিপুর ইউনিয়ন টেরিটোরি পুম্নমক কোনগনি। ডিষ্ট্রিক্টশিং অমসুং মখোয়গী ক্বার্টরশিং অমদি মখোয়না কোনবা লম মখাদা পীরি।

| | **ডিষ্ট্রিক্ট** | **হেড ক্বার্টরশিং** |
|---|---|---|
| ১। | **মণিপুর নোংপোক**<br>(মসিগী মনুংদা লৈবা এসেম্বলি কনষ্টিটউয়েনসিশিং:- ৱাংখৈ, খুরাই, লমলাই, কৈরাও, ঈরিলবুং, য়াইরিপোক, তোপ-চিংথা, থৌবাল-চন্দ্রখোং, ককচিং, ৱাজিং, তেংনৌপাল উখ্রুল অমসুং ফাইসাত) | **খুরাই** |
| ২। | **মণিপুর খা**<br>(মসিগী মনুংদা লৈবা এসেম্বলি কনষ্টিটিউয়েন্সিশিং: - শিংজমৈ, কৈশামথোং, লিলোং, ৱাঙ্গোই-ময়াংইম্ফাল, হিয়াংলম শুগ্নু, নম্বোল-কৈনৌ, মোইরাং, বিষ্ণুপুর, থাঙ্গ, কুম্বী, চুড়াচান্দপুর অমসুং থানলোন) | **ক্বাকৈথেল** |
| ৩। | **মণিপুর ময়াই**<br>(মসিগী মনুংদা লৈবা এসেম্বলি কনষ্টিটিউয়েসিশিং: - শগোলবন্দ, উরিপোক, ললাম্বুং, সলাম-খুম্বোং, সেকমাই-লমশাং, শগোলমাং-পুখাও, জিরিবাম, তমেলোং, আইমোল, মাও-ৱেষ্ট অমসুং মাও-ইষ্ট) | **খ্বাই বাজার** |

খ) ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংগী কংগ্রেস কমিতি অমমম লৈরগনি অমসুং মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটি একজিক্যুটিভ কমিটিগী মাঙজৌনবা অয়াবা মত লৌরবা মতুংদা ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিনা মখোযগী হেড ক্বার্টরশিংগী মফম হোংদোক হোংজিন তৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈগনি।

গ) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা ৱার্কিং কমিটিগী মাঙজৌনবা অয়াবা মত অমা লৌরবা তুংদা ডিষ্ট্রিক্ট অমমমগী হেড ক্বাটরগা লোয়ননা শেম্বা য়াই নত্রগা শরুকশিং অতোপ্পা ডিষ্ট্রিক্ট অমদা হাপচিনখিবা য়াই।

# সদস্য ওইবগী মওং (মেম্বরসিপ)

**ধারা-৪**

ক। (১) চহি ১৮ শুরবা নত্রগা মাদুদগী হেল্লবা কনাগুম্বা অমনা ধারা ১বু য়াদুনা ফোর্ম্ "এ" (এপেণ্ডিক্সতা য়েংউ) দা সহি তৌদুনা অইবা ওইনা লাউথোক্লবা অমসুং চহি খুদিংগী মিংজিন শেল পৈশা ২৫ পীরবা, অদুগা হায়রিবা মীওই অসিনা অতৈ অতোপ্পা রাজনৈতিক দল অমগী নত্রগা অতোপ্পা মশাগী তোঙানবা সদস্য লৈবা, সংবিধান লৈবা (নিয়মাবলী) অমসুং প্রোগ্রাম লৈবা সম্প্রদায় নত্রগা কাঙলুপ অমগী সদস্য ওইদ্রবদি, মহাক অদু কংগ্রেসকী প্রাথর্মিক সদস্য ওইবা য়াই।

২) কনাগুম্বা মীওই অমনা মহাক্কী চান্নবা য়ুমগী লৈফম নত্রগা থবক তৌদুনা লৈরিবা লেঙদ্রবা লমদম অদু নত্তনা প্রাধমিক সদস্য ওইবা য়ারোই।

(৩) প্রাথমিক অমসুং এক্টিভ সদস্য ওইবদি অহানবা জানুয়ারী থাদগী ডিসেম্বরগী অরোইবা তাং ৩১ ফাওবা ওইগনি।

খ। কনাগুম্বা মীওই অমনা, থংন-থংননা চহি অনি প্রাথমিক সদস্য ওইরগা, মখাগ্গী ফিভমশিং নত্রগা মওংশিং অসি ঙাক্লা চৎলবা অমসুং ফোম "বি" (অরোইবদা য়াওবা) দা মশাগী সহি তৌদুনা লাউথোকলব, চহিগী চাদা লুপা ১.০০ (লুপা অমা) পীরবদি মহাক অদু এক্টীভ মেম্বর ওইবা যাই।

ফীবমশিং:-

(১) মহাক অদু চহি ২১ নত্রগা মদুগী মথক ওইগদবনি।

(২) মহাক অদু অনাইবা লংগী খুৎনা শাবা ফি (খাদি) শেৎপদা হৈনবা মীওই ওইগদবনি।

(৩) মহাক য়ু নত্রগা ময়াই কাবা পোৎ চা-থক্লোইদবনি।

(৪) মহাক করিগুম্বা মখলদা সমাজগী শোক্ল-পন্ন য়াদবগী (অস্পৃশ্যতা) থৌওংশিংবু ঙাকপা অমদি য়াবা মীওই ওইগদৌবনি।

(৫) মহাক সম্প্রদায়শিংগী একতাদা থাজে অমসুং অতোপ্পা সম্প্রদায় অমনা থাজবদু ইকাই খুম্নগনি।

(৬) ব্লাকিং কমিটিনা রবা নিয়মশিং অমদি থবকশিং প্যাংথোক্লবগীদমক য়াম্দ্রবদা ট্রেনিং পীবদা য়াবা মীওই ওইগদবনি।

গ। এক্টীভ সদস্য খুদিংমক্কা চহিগী ওইনা লুপা ১২ খোমজিনগনি অমসুং কংগ্রেস ফণ্ডদা শেল অদু পীশনগদবনি। চহি খুদিংগী প্রাথমিক সদস্য ৫০ (য়াঙ্খৈ) মিং চনগদবনি।

ঘ। মসিদা য়াওরিবা রুলগী মতুংইন্না চহিগী চাদা পীরবা অমসুং অতোপ্পা কিভম কয়া অদু মপুং ফারবা মদু ওইরবদি এক্টীভ সদস্য ওইবা অদু অদুম চত্থগনি।

ঙ। প্রাথমিক অমদি এক্টীভ সমস্যাশিংনা পীরকপা চাঁদাশিং অদু মখল-মখা অয়াম্বা কংগ্রেস কমিটিশিংদা মখাগী চাং অসিদা য়েন্থোক্কনি।

এ আই সি সি - ১০%

এম টি সি সি - ২৫%

ডি সি সি - ২৫%

ব্লোক সি সি - ৪০%

খণ্ডবিগদবা :- এক্টীভ সদস্যাশিংনা পীরকপা চহিগী চাদা লুপা ১২, অদু মখাগী অসুম্না য়েন্থোক্কনি।

(ক) লুপা : .৭, না এ আই সি সি দা মসিগী মনুংদা লুপা ৫, না মীখনগী ফণ্ডা হাপচিনগনি।

(খ) লুপা ২, না এম টি সি সি দা।

(গ) লুপা ২, না ডি সি সি দা।

(ঘ) লুপা ১, না বি সি সিদা।

## কংগ্রেস কমিটিগী অকক্লবা মতম

**ধারা-৫**

কংগ্রেস কমিটিগী একজিক্যুটিভ লোয়শঙ মীওইশিংগী অমদি সদস্যাশিংগী অকক্লবা মতম নত্রগা মপুঙ্গি চহি ২ (অনি) ওইগদবনি।

## সদস্যাশিংগী রেজিষ্টার

**ধারা-৬**

ক। এক্টীভ সদস্যাশিংগী চাননবা রেজিষ্টারগী থৌওং থৌশিল পুম্নমক ডি সি সি শিংনা অমসুং এম টি সি সিনা থমগনি।

দিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিনা মখোয়গী লোয়শঙদা লানখৎকদবনি অমসুং মসিগা লোয়ননা অহোংবা কয়াগী পাওসু পীগদবনি।

খ। রেজিষ্টার অদুদা সদস্য খুদিংমক্কী মপুংফাবা মিং, লৈফম, চহি, শিনফম, লৈফম (মতম খরগী ওইবা) মিং চনবগী তাং, চহিগী চাংদা পীবা অসিনচিংবা শেঙনা উত্তুনা থমগদবনি।

গ। মীওই অমনা, শিরবা, রিজাইন তৌরবা, লৌথোকপা নত্রগা চহিগী চাঁদা পীদ্রবা সদস্য ওইবা তোক্লে।

## ভোটর অমসুং কেণ্ডিডেটশিংগী গুণনশিং

ধারা-৭

(ক) ভোৎপীরিবশিং-কংগ্রেস ৱাকিং কমিটিনা নিয়মগী মতুং ইন্না শেম্লবা প্রাথমিক সদদ্যশিংগী ধারা ১০ গী মতুং ইন্না ব্লোক কংগ্রেস কমিটিগী মীখন্দা ভোৎ পীব যাই।

(খ) মীরেপশিং- এক্টীভ সদস্যশিংগী রেজিষ্টাবদা মমিং য়াওরবা এক্টীভ সদস্য অমনা ব্লোক কংগ্রেস কমিটিদগী হন্থদবা করিগুম্বা কংগ্রেস কমিটি অসিগী সদস্য ওইনা মীরেপ ওইবা য়াই।

## এসোসিয়েত, কো-ওপটেড অমসুং নোমিনেত তৌরবা সদস্যশিং

ধারা-৮

এসোসিয়েত সদস্য অমনা করিগুম্বা কমিটি অমগী একজিক্যুটিভকী সদস্য, লোয়শঙ পুবা মীওই অমা ওইবগী অমসুং ভোৎ পীবা য়াবগী রাইত (অধিকার) লৈতে, তৌইগুম্বসুং তান্নবা অমসুং খন্নবা থৌওংদি য়াওবা য়াবগী অধিকার লৈগনি। অদুম ওইনমক কনাগুম্বা এসোসিযেত সদস্য অমা ওইনা খন্নবা চুম্নগী সাধারন মওংদা হোৎনবা থিংগনি। এ আই সি সি, এম টি সি সি অমসুং মখাগী কমিটি শিং কো: ওপটেড অমসুং নোমিনেড তৌববা সদস্য অমনা ওরগানাইজেসনেলগী কাঙলুপকী মীখন্দা ভোৎপীবগী অধিকার শিজিন্নরোইদবনি অমসুং ওরগনাইজেসনগী মখাদা মীবেপ ওইনা লান্থা (কন্তেষ্ট) তৌবোইদবনি।

## টাউন কংগ্রেস কমিটি

ধারা-৯

মিউনিসিপ্যালিটি নত্রগা টাউন খুদিংমক্কী টাউন কংগ্রেস কমিটি অমমম লৈবা য়াই অমসুং মদু টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভকী য়ারবা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না সংস্থানশিং অসি শেমগদবনি। টাউন কংগ্রেস কমিটি হায়বসি মরি লৈনবা ডি সি সিগী লমজিং, য়েংশিনখোৎচিনবা অমদি লাকপা ঙম্বা পাঙ্গলগী মখাদা লৈগদবনি অমসুং কংগ্রেসকী থৌওংশিংগী আইন্না যাবা মতিক্কী মনুংদা লৈগদবনি।

## ব্লোক টাউন নত্রগা ৱার্ড কংগ্রেস কমিটি

**ধারা-১০**

ব্লোক কংগ্রেস কমিটি অমনা মী ৩০,০০০ রোম লৈবা লমদম (এলাকা) অমাবু কোনগদবনি, এসেম্বলি কনষ্টিটুয়েনসি অমগা পুন্না ঙমখৈ ওইমিন্নগনি অমসুং মখাগী অসুম্না শাগনি।

ক) কংগ্রেস প্রাথমিক সদস্যাশিংনা চাওরাক্লা খুন্দাবা মীওই ২,০০ গী ওইনা সদস্য অমমম মীখল তৌদুনা খনগনি।

(খ) ব্লোক অদুগী মনুংদা লৈবা ডি সি সিগী সদস্যাশিং নত্রগা ব্লোক অদুদগী মীখলদা কারকপা মীওই।

তম্পক্কী লমদমদা ব্লোক এলাকা অমদা এক্টীভ সদস্য ২০ অমসুং চীংগী লমদনা ৫ লৈরবদি হায়রিবা সংস্থানশিং অসি লিংবা য়াই।

## ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটি

**ধারা-১১**

ধারা নং ৩ (ক) দা হায়রিবা অদুগী মতুং ইন্না মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিদা ডিষ্ট্রিক্টশিং অসি য়াওগদবনি।

ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংমক্তা মখাগীশিং অসি য়াওবা ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটি অমমম লৈগনি।

(ক) ব্লোক্কী এক্টীভ সদস্যাশিংনা খনবা সদস্য অনী।

(খ) ব্লোক কংগ্রেস কমিটিশিংগী প্রেসিডেন্টশিং অদুগা মখোয়না ডি সি সিগী প্রেসিডেন্ট অমদি সেক্রেটারি ওইবদি য়াদে।

(গ) কংগ্রেস কমিটিগী এক্টীভ সদস্যদি ওইরিবা অদুগা অকক্লবা চহি মপুংগী থবক পুরবা মতুংদা থাদোক্লবা ডি সি সিগী প্রেসিডেন্টশিং

খঙবিগদবা-অকক্লবা চহি মপুংগী হায়বসিনা খঙনবদি ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিগী মীখল অনিগী মরক্তা লৈবা মতম অদুবুনি নত্রগা চহি অনি অদুদগী তাবা, অদুগা থবক থাদোক্লবা প্রেসিডেন্ট অদুদা তাং ০৭-০১-৬৪ ইংগী মমাং নুমিৎ ৩৬৫ নি চুপ্না প্রেসিডেন্ট ওইরক্লবদি ডি সি সিগী এক্স -ওফিসিও সদস্য ওইনা লৈগনি।

(ঘ) ডিষ্ট্রিক্ট অদুগী মনুংদা লৈবা অমসুং মীখন্না খল্লবা এম টি সি সিগী সদস্যাশিং।

(ঙ) কংগ্রেসকী এক্টীভ সদস্য ওইরিবা কংগ্রেস লেজিসলেচরশিং, সেন্ট্রেল অমসুং ষ্টেট অনিমক্তগী সদস্যশিং।

(চ) কংগ্রেসকী এক্টীভসদস্য ওইরিবা ডিষ্ট্রিক্ট অদুগী মনুংদা লৈবা কোর্পোরেসন, মিউনিসিপ্যালিটি অমসুং ডিষ্ট্রিক্ট বোর্ডকী কংগ্রেস নেতাশিং।

(চ) মতিকচানা মীহুৎ য়াওনবা-থোইদোকপা মীওইশিং অদুনা ব্লাকিং কমিটিগী নিয়মশিংগী মতুং ইন্না য়ারবা অমসুং ডি সি সিগী একজিক্যুটিভনা খল্লবা সদস্যশিং

(জ) ব্লাকিং কমিটিনা লেপ্পা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না এলাকা অদুগী মনুংদা লৈবা ওরগানাইজেসনশিং অমদি ইনষ্টিট্যুসনশিংগী মীহুৎশিং।

(ঝ) ব্লাকিং কমিটিনা লেপ্পা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না ডি সি সিগী সদস্যশিংগী মশিং এম টি সি সিনা থাক নাইনা লেপকনি।

(ঞ) ডি সি সিগী ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটি অমা লৈগনি, মদুদা প্রেসিডেন্ট, ভাইস প্রেসিডেন্ট, ট্রেজরর অমসুং ডি সি সিগী সদস্যশিংগী মরক্তগী ১৩ দগী তাদনা খল্লবা সদস্যশিং য়াওগদবনি। মসিগী মীখল মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিনা মসিগীদমক্তা লেপ্পা নিয়মগী মতুং ইন্না তারিখ অমসুং মফমদা তৌগদবনি।

(ট) প্রেসিডেন্টনা ডি সি সিগী সেক্রেটরী নত্রগা সেক্রেটরিশিং, ডি সি সিগী একজিক্যুটিভ সদস্যশিংগা মরক্তগা খনগনি।

(ঠ) ডি সি সিনা ব্লোক অমদি মখাপোনবা কমিটিশিংগী গ্রুপদা মথৌ তৌগনি অদুগা এম টি সি সিগী য়েংশিনখোৎচিনবা অমদি লাকপা ঙম্বা পাঙ্গলগী মখাপোন্না লৈগদবনি অমসুং আইন্না পিবা মতিক্কী মনুংদা লৈবা কংগ্রেসকী থৌওংশিং তৌগনি।

(ড) ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিনা ভারত জাতীয় কংগ্রেস অমদি এম টি সি সিগী সংবিধানগা চানদবদি নত্তবা মশাগী নিয়মাবলি শেম্বা য়াবগী শক্তি লৈজগদবনি। মসি মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিগী মাংজৌনবা অয়াবা মত্তা-মত অমা লৈরবতদা থবক ওইনা পাংথোকপা য়াই।

(ঢ) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা ডি সি সিশিংগী সংবিধান শেম্বদা লমজিং ওইনবা নমুনা সংবিধান শেমগনি। মশাগী অরেপ্পা সংবিধান শেমদ্রিবা ফাওবা মোডেল সংবিধান অদু মপুং ফানা চৎনগদবনি।

(ণ) ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিনা প্রথামিক অমদি এক্টিভ সদস্যশিংগী চহিগী এম টি সি সি অমসুং অল ইন্দিয়া কংগ্রেস কমিটিনা পীফম থোকপা শেনখায় (চাং) অদু চহিগী ওইনা পীখিগদবনি। পীফম থোকপা শেল পীদ্রবদি মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভনা (ডিসিপ্লিনরি এক্সন) ডি সি সিগী মথক্তা লৌখৎপা য়াই অমসুং এড-হোক কমিটি অমা শেম্বা য়াই।

(ত) ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিনা মতম-মতমগী ওইনা কৌবকপা য়াবা রিপোর্ট কয়া থাগী ওইনা লানখৎকনি।

(থ) এম টি সি সিগী একজিক্যুটিভনা শক্তি পীরবদি ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিগী মশামক্কী হৌদোকপা (মোসন) পুখৎপা য়াই অমসুং মখা পোনবা কংগ্রেস কমিটি নত্রগা পীবা য়াই অমসুং দরকাব ওইবা থবক একসন লৌখৎনবগীদমক্তা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা অফংবা রিপোর্ট পীখৎপা য়াই।

(দ) ৱার্কিং কমিটিনা লেপ্পা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না নিয়ম খুগাইবগী মরাল লৈরবা মখা পোনবা কংগ্রেসকী কমিটিশিং অমসুং ডি সি সিগী সদস্যশিংগী মথক্তা থবক লৌখৎপা ঙম্নবগীদমক ডি সি সিগী একজিক্যুটিভ কমিটিগী মতিক চানা মপাঙ্গল লৈগদবনি অদুগা ডি সি সিনা কনাগুম্বা মরালগী থবক লৌখৎপা তৌরোইদবনি। অসিগুম্বা মওংশিং অসিদদি ডি সি সিনা এম টি সি সিদা দরকার ওইব থবক লৌখৎপিনবগীদক ৱারোল ইদুনা লানখৎখিবতমক ঙমই।

(ধ) ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিনা ৱাবেপ কযা পাঙথোক্লবা অদুগা অতোপ্পা থোইদোকপা থৌওংশিং কয়া পাঙথোক্লবগীদমক মরি লৈনবা সব কমিটি কয়া লিংখৎপা য়াই।

## মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটি

**ধারা-১২**

১। মণিপুর টেবিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মনুং চন্না লৈগদবশিং-

(ক) ব্লোক্কী এক্টীভ সদস্যশিংনা মীশিং ৩২,০০০ গী মনুংদা সদস্য অমগী চাদা অমসুং যারিবমখৈ সিংগল মেম্বর কনষ্টিটিউয়েনসি মীখল তৌদুনা খল্লবা সদস্যশিং হায়রিবা এলাকা লমদম অদু এম টি সি সিনা য়াদুনা পীবগী তুংইন্না য়ারিবমখৈ এসেম্বলিগা ঙমখৈ মান্নবা ওইগনি। অদুদা য়ামদ্রবদা এক্টীভ সদস্য ২৪ লৈরবদি, ৱাকিং কমিটিনা য়াদুনা পীরিবা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না মীখল তৌদুনা মথক্কী থৌওং পাঙথোক্কনি।

(খ) কংগ্রেসকী এক্টীভ সদস্যশিং ওইরিবা অকক্লবা মপুং ফাবা মতম-মতম অমদি থবক পুরগা থবক থাদোক্লবা এম টি সি সিগী প্রেসিডেন্টশিং।
খঙবিগদবা : মপুং ফাবা অকক্লবা মতম হাযবসিনা খঙনবদি এম টি সি সিগী মীখল অনিগী মরক্তা লৈবা মতম অদুবুনি। চাওরাক্লা চহি অনি তাং ০৭-০১-৬৪ ইংগী মমাংদা নুমিৎ ৩৬৫ নি চুপ্পা থবক তৌরগা থবক থাদোক্লবা প্রেসিডেন্টশিংনা এম টি সি সিগী এক্স ওফিসিও সদস্য ওইনা থবক চৎথগনি।

(গ) ডি সি সিগী প্রেসিডেন্টশিং মখোযনা এম টি সি সিগী প্রসিডেন্ট নত্রগা সেক্রেটারী ওইবদি যাদে।

(ঘ) টেরিটোরিগী মনুংদা লৈরিবা এ আই সি সিগী সদস্যশিং।

(ঙ) ব্লাকিং কমিটিগী য়াববা নিয়মগী মতুংইন্না লম অদুগী মনুংদা লৈদুনা থবক তৌবিবা ওবগানাইজেসন অমসুং লিংখৎলবা ইনষ্টিট্যুটকী মীহুৎশিং।

(চ) ব্লাকিং কমিটিনা লেপ্পা নিযমশিংগী মতুংইন্না এলাকা অদুগী মনুংদা লৈবা ওবগানাইজেসনশিং অমদি ইনষ্টিটুসনগী মীহুৎশিং।

(ছ) টি সি সিগী সদস্যশিংগী মশিংগী চামাদা মঙাগী চাংদা কংগ্রেস এসেম্বলি পার্টিনা মীখল তৌদুনা খল্লবা সদস্যশিং। য়াল্লবদা মশিং ১৫ ওইগদবনি অমসুং ডিষ্ট্রিক্টব্যুটিভ ভোটীং সিষ্টেম ওইগদবনি। ইচম চম্না অহেনবা মশিং (মেজোরিটি লাউথোক্কনি)।

২। মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মেম্বর খুদিংমক্না চহিগী ফী লুপা ১৫ টি সি সিদা পীগদবনি, মদুগী মনুংদা লুপা ১০ না এ আই সি সিদা মহাক মশাগী ডিলিগেট ফী ওইনা পীখিগনি। মহাক অদু সদস্য অমা ওইবগী এম টি সি সিগী সেক্রেটরিশিংগী মরক্তগী অমনা সহি তৌবা সার্টিফিকেট অমা ফংগনি।

কন্যাগুম্বনা মহাক্কী পীকম থোকপা ফী পীদ্রবদি মহাক্কী মথৌ অমত্তা চালাইবা য়াবগী মওং লৈতে। ব্লাকিং কমিটিনা লেপ্লবা অকক্লবা তারিখতগী থেংথদনা সার্তিফাইদ তৌরবা সদস্যশিংগী লিষ্ট এম টি সি সিনা এ আই সি সিদা থাখিগনি।

(ক) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী একজিক্যুটিভ কমিটি অমা লৈগনি, মাদুদা ধারা ১৪ (ক) গী মতুং ইন্না মীখল তৌদুনা খল্লবা প্রেসিডেন্ট অমা, ভাইস প্রেসিডেন্ট, ত্রেজবর অমসুং ধারা ১৪ (ক) গী মতুং ইন্না এম টি সি সিগী সদস্যশিংগী মরক্তগী মীখল তৌদুনা খল্লব অতৈ সদস্যশিং য়াওগনি। প্রেসিডেন্ট অদুনা টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিগী সদস্যশিংগী মরক্তগী সেক্রেটরি অমা নত্রগা অমদগী হেনবা সেক্রেটরিশিং খনগনি।

৩। মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা তৌগদবা:-

(ক) ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিগী থুদা চুম্নগী মথৌ পাংথোক্কনি।

(খ) এ আই সি সিগী য়েংশিন-খোচিনবা অমদি লাকপা ঙম্বা পাঙ্গল (কন্ট্রোল) গী মখাদা লৈগদবনি। টেরিটোরি অদুগী মনুংদা লৈবা কংগ্রেস কমিটিশিং অদুগী থবক পুবা অমসুং মশাগী সংবিধান শেম্বা ঙম্বগী শক্তি লৈগনি। হায়রিবা সংবিধান অদু এ আই সি সিগী সংবিধানগা চাননা শেমগনি। হায়রিবা সংবিধান অদু ৱাকিং কমিটিগী মাঙজৌনবা অয়াবা মতকা লোয়না থবক ওইনা পাঙথোক্কনি।

(গ) ··গ্রেসকী ওরগানাইজেসননা তৌবা থবক্কী ৱারোল হিসাব য়েংলবা (ওডিতেড) শেল থুমগী চেগা লোয়ননা ৱার্কিং কমিটিদা পীখৎকনি।

(ঘ) ৱার্কিং কমিটিনা লেপ্লবা অকক্লবা তারিখক্কী মমাংদা ধারা ৪ (ঙ) অমসুং ক্লো: (খ) গী মতুংইন্না সদস্যশিংগী ফীদগী পীফম থোকপা শেল শরুক এ আই সি সিগী লোয়শঙদা মপুং ফানা নত্রগা শুনা পীগনি।

(ঙ) এ আই সি সি দগী ফংবা পাউতাকশিংগী মতুংইন্না মতম মতমগী ওইনা ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিশিংদা দরকার ওইবা য়াথং পীগদবনি।

(চ) ভারত জাতিজ কংগ্রেস কমিটি অমসুং কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটিগী আইবা নিয়ম অমসুং প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না অমসুং অতোপ্পা হিরম কয়ামুক্তা ওল ইন্দিয়া কংগ্রেস কমিটি অমসুং ৱার্কিং কমিটি নত্রগা মখোয়না খনবা কমিটিশিংনা লেপ্পা য়াথংগী মতুং ইন্না মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা টেরিটোরি অদুগী মনুংদা কংগ্রেসকী থবক কয়া পাঙথোক্কনি।

(ছ) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা লেপ্পা অকক্লবা নুমিৎ অদুদা কংগ্রেস প্রেসিডেন্ট অমসুং মশাগী প্রেসিডেন্ট, ভাইস প্রেসিডেন্ট ট্রেজরর অমসুং এম টি সি সিগী একজিক্যুটীভ সদস্যশিংবু খন্নবা পুনগদবনি।

(জ) মথক্তা পীরিবা (ছ) গী প্রোভিসন অসিগী মহুত্তা মণিপর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা, টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ নত্রগা এম টি সি সিগী প্রসিডেন্ট দরকার ওইবগী মতু ং ইন্না তোয়নর মিটিং তৌবা য়াই। মহৌশানা এম টি সি সি দি য়ামদ্রবদা থা ৩ গী মনুংদা অমুক্তং উন্নগনি (ফমগনি)।

(ঝ) এম টি সি সিগী মেম্বর ১৫ দগী তাদবা সদস্যশিংগী ইদুনা মখোয়গী পান্দমফম তাক্কুনা দাবী তৌরবদি মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী জেনেরেল সেক্রেটরিনা প্রেসিডেন্টগা খন্নরগা দাবী তৌবা তারিখকী নুমিৎ ৩০ নিগী মনুংদা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মীতিন কৌগনি, হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা মীফম তৌদ্রবদি দাবী তৌরিবাশিংনা মখোয়গী দাবী অদু দরকার ওইবা থবক লৌখৎপিনবগীদমক এ আই সি সিদা থাগনি। দাবী মিটিং অমদা টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুভিনা অহেনবা শিলম থৌওং কয়া পুথোকপা য়াই।

(ঞ) জেনরেল সেক্রেটরী নত্রগা সেক্রেটরিনা টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মিটিং কৌগনি অমসুং মিটিং অমা তৌনবগীদমক নুমিৎ ১০ নিদগী তাদনা নোটিশ পীগদবনি।

(ট) মথক্কী (ঝ) গী দাবী তৌবা মীফমগী মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মিটিং পুন্নমক্কী তৌগদবা হিরমশিং (এজেন্দা) মতম লৈবখিবিক্তা টেরিটোরিয়েল একজিক্যুটীভ কমিটিনা শেমগনি। অমসুং তৌগদবা হিরমশিংগী থৌওং পুন্নমক পুথোক্কনি।

(ঠ) মণিপুর টেরিটোবিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মিটিংদা নৈনগে হায়না খনবা ৱারেপশিং অদু ফমগদৌরিবা নুমিৎ ৩ নিগী মমাংদা জেনরেল সেক্রেটরিদা য়ৌগদবনি।

(ড) মমাংগী থৌরাং তৌরবা থবক (প্রোভিসন) অসিগী মথক্তা প্রেসিডেন্ট মশামক্কা অমসুং অতৈ অতোপ্পা সদস্যনা মরুওইবা অথুবা থৌওং থাঙ্গৎলকপা পুন্নমক মিটিং অদুদা কুপ্পা নৈনবা য়াই।

(ঢ) একজিক্যুটিভ কমিটিগী সদস্য নত্তবা সদস্য ৫ দগী তাদনা য়াওরবদি মপিুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মীফম অমগী কৱারম সদস্য পুন্নমক্কী অপুনবা মশিংগী শরুক ৫ থোকপগী শরুক অমা নত্রগা সদস্য ১৫ (হন্থরবদা) না ওইগনি।

(ন) নৌনা মীখল তৌদুনা খল্লবা সদস্যশিংগী মিটিং তৌদ্রিবা ফাওবা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মথৌ চৎথগনি।

(প) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটি মশামক্কা থোইদোকপা থৌওংশিংগীদমক্তা মবি লৈনবা কমিটি মচাশিং (সব-কমিটি) লিংখৎপা য়াই নত্রগা মশাগী একজিক্যুটিভ কমিটিদা লিংখৎপা য়ানবগী শক্তি পীবা যাই।

# টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটীভ

**ধারা-১৩**

(ক) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী একজিক্যুটীভ কমিটিদা প্রেসিডেন্ট, ভাইস প্রেসিডেন্ট, ত্রেজরর অমসুং এম টি সি সিগী সদস্যশিংগী মরক্তগী মীখল তৌদুনা খল্লবা সদস্য ১৮ অমসুং একজিক্যুটিভ কমিটিগী সদস্যশিংগী মরক্তগী প্রেসিডেন্ট খল্লবা জেনেরেল সেক্রেটরিশিং নত্রগা সেক্রেটরি য়াওগনি।

(খ) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী টেরিটোরিয়েল একজিক্যুটিভ কমিটিনা আইন পাঙথোকপগী মপুং ওইগনি মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা ইরবা নিতি যুক্তি অমসুং প্রোগ্রাম ফল তানা থবক পাংথোক্লবগী শক্তি লৈগনি অমসুং মদুগীদমক দায়ীত্ব লৌগদবনি।

(গ) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মিটিং খুদিংমক্তা থবক্কী নিয়মশিং (প্রোসিদিংস) গী রিপোর্ট অমসুং মিটিং তৌগদবা হিরমশিংদা নন আফিসিয়েল ব্রারেপশিংগীদমক মতম হাপকদবনি (এলোত) অমসুং মদুগীদমক য়ারবা নিয়মশিংগী মতুংইন্না টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী সদস্যশিংনা পীফম থোকপা নোটিস পীগদবনি।

(ঘ) টেরিটোরিয়েল একজিক্যুটিভ কমিটিনা প্রদেশ অদুগা মনুংদা লৈবা কংগ্রেস সংস্থানশিং হিসাব চুমই, চুমদে য়েংনবা অমা নত্রগা অমদগী হেনবা ওটিদর, ইন্সপেক্টরশিং নত্রগা আফিসারশিং খনগনি অমসুং ওরগেনাইজেসনগী মীওইনা দরকার ওইবা পাউশিং (ইনফোরমেসন) অমসুং অতৈ লোয়শঙগী হিসাব অমসুং রিকোর্ড ওদিটরশিং, ইন্সপেক্টরশিং নত্রগা অতৈ আফিসারশিংদা পীগনি।

(ঙ) ব্রাকিং কমিটিনা মসিগীদমক্তা শেল্লবা নিয়মশিংগী মতুংইন্না টেরিটোরিয়েল একজিক্যুটিভ কমিটিনা মখাগীশিং অসি থবক পায়খৎনবগী শক্তি লৈগনি।

(১) নিয়মশিংগী থবক মপুংফানা তৌনবা অমসুং অতোপ্পা থৌওংশিং পাংথোক্লবগীদমক নিয়মশিং শেন্না অমসুং দিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিশিংদা পাউতাক কয়া পীবা।

(২) মখাপোনবা কংগ্রেস কমিটিশিংগী মথক্তা যেংশিনবা, য়াথং পীবা অমসুং লাকশিনবা, (কন্ট্রোল)

(৩) মখাপোনবা কংগ্রেস কমিটিশিংগী রেকোর্ডশিংগী চেশিং অমসুং হিসাব, চুমই, চুমদে, য়েংবা (ওদিত তৌবা)।

(৪) কংগ্রেসকী হৌন-শাজৎ নিয়মশিংগী মখাদা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী সদস্য অমগী মথক্তা নত্রগা মখা পোনবা কমিটি (সর্বোডিনেত কমিটি) অমগী মথক্তা নত্রগা কংগ্রেস কমিটি অমগী সদস্যশিংগী মথক্তা নত্রগা একজিকু্যটিভ কমিটি অমগী সদস্যশিংগী মথক্তা নত্রগা আইন্না পীবগী মতিক্কী (জুরিসডিকসন) মনুংদা লৈবা প্রাথমিক সদস্য অমগী মথক্তা হৌনশাজৎ নিয়ম থুগাইবগী থবক লৌখৎপা (ডিসিপ্লিনরি এক্সন)।

মখোয়বু শন্দোক্লা তাউ হায়না নোটিশ থোক্লবা তারিখতগী হৌনা নুমিৎ ১৪ নিগী মনুংদা মরি লৈনবা প্রাথিনা মখোয়গী লমচৎ শন্দোক্লা তাক্লবগীদমক মতম লৈবখিবিক্তা মখোয়দা খুদোংচাবা পীগদবনি।

(৫) ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটি নত্রগা মখাপোনবা কংগ্রেস কমিটি লৈতবা এলাকাদা টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিকুটিভনা হায়রিবা কমিটিশিং অসি লিংখৎপা শক্তি লৈগনি। ব্রাকিং কমিটিগী মাংজৌনবা অয়াবা মত্তা, মতকা লায়ননা ডিষ্ট্রিক্ট অমদা এড হোক কমিটি অমা লিংগনি।

(৬) করিগুম্বা ডি সি সি নত্রগা মখাপোনবা কংগ্রেস কমিটি অমনা নিয়মাবলিগী মতুংইন্না নত্রগা এম টি সি সিগী য়াথংগী মতুংইন্না থবক তৌবদা মাইপাকপা ঙমদ্রবদা টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভনা লৈরিবা ডি সি সি নত্রগা মখাপোনবা কংগ্রেস কমিটি নত্রগা সবোরডিনেট কংগ্রেস কমিটি অদু মতম খরগীদমক লেপহনবা য়াই অমসুং মরি লৈনবা ডিষ্ট্রিক্ট নত্রগা এলাকা অদুদা কংগ্রেসকী থবক পাংথোক্লবা এড হোক কমিটি অমা শেম্বা য়াই। ব্রাকিং কমিটিগী অয়াবা মত্তা, মত অমা য়াওদনা টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা ডি সি সি অমবু মতম খরা লেপহনবা য়াদে অমসুং এড-হোগ কমিটি অমা শেম্বা য়াদে।

(চ) টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভনা চহি খুদিংগী ওইনা ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিগী হিসাব ওডিট তৌনবা থবক পায়খৎকনি।

(ছ) টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যটিভনা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী চহিগী হিসাবশিং ওডিট তৌনবা শিনগনি অমসুং ওটিটকী রিপোর্ট অদু এম টি সি সি অমসুং একজিক্যুটীভ কমিটিগী মিটিংদা পুথোক্কনি।

(জ) টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভনা করিগুম্বা ডিষ্ট্রিক্ট অমবু টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিদা মাগী পীফম থোকপা (ক্বটা) শেনফম শুনা পীদ্রবদি টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মিটিং য়াওবা য়াহন্দনবগী আধিকার লৈগনি।
অসিগুম্বা থবকশিং অসি পায়খৎত্রিঙৈগী মমাঙদা হায়রিবা ডিষ্ট্রিক্ট অদুবু করিগীদমক্তা অসিগুম্বা থবক অসি লৌখৎলোইদবগী মরম করিনো হায়বগী মরম তাক্লবগী খুদোং চাবা পীগদবনি।

(ঝ) টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস এজিব্যুটিভকী মিটিং অমগী তিন্দবা য়াদবা সদস্য মশিং (ক্বারম ৭ ওইগনি অমসুং মিটিং অমা ফম্নবগীদমক নুমিৎ ১০ দগী তাদনা মাংজৌননা নোটিস পীগদবনি।

(ঞ) অথুবা ফিভম অমা থেংননবগীদমক, টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভনা কংগ্রেসকী ইন্টরেষ্টা মসিনা মতিক চায় হায়না থাজবা থবক অদু পায়খৎনবগী শক্তি লৈগনি। অদুম ওইনমক সংবিধান শন্দোক্লা তাকপা টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিকুটিভকী শক্তিশিংগী ব্বাংমদা থবক পায়খৎলবদি হেক য়াবিবমখৈ ঙন্না নত্রা থেংথদনা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিদা শেমদোক্লবগীদমক্তা থাগৎকনি।

## এম টি সি সিগী অহানবা মিটিং অমসুং চহিগী জেনেরেল মিটিং

**ধারা-১৪**

(ক) এম টি সি সিগী সদস্যাশিংগী অহানবা মিটিং অদু এ আই সি সিনা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিগী প্রেসিডেন্ট, ভাইস প্রেসিডেন্ট, ত্রেজবব অমসুং অতৈ সদস্যাশিং মীখল তৌদুনা খনবা লেপ্লা তারিখতা তৌগনি।

(খ) মথক্কী (ক)গী মীটিংদা, দরকার লৈরবদি, ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী প্রেসিডেন্ট মীখল তৌদুনা খন্নবগী ভোটসু কংগ্রেসকী সংবিধানগী নিয়মগী মতুংইন্না রেকোর্ড তৌদুনা থমগনি।

(গ) মীখল তৌদুনা খল্লবা প্রেসিডেন্ট অদুনা মণিপুরগী টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিগী সদস্যাশিংগী মরক্তগী অমা নত্রগা অমদগী হেনবা জেনেরেল সেক্রেটারিশিংগী অমসুং অমা নত্রগা অমদগী হেনবা সেক্রেটরিশিং খনগনি।

(ঘ) টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটীভ কমিটিনা লেপ্লা মফম অমসুং মতমদা এম টি সি সিগী চহিগী জেনেরেল মিটিং তৌগনি অমসুং মহৌশা ওইনা চহিগী হৌরকপা থা ৩ লোমগী মনুংদা মিটিং তৌগনি।

(ঙ) একজিক্যুটিভ কমিটিনা শেম্বা তৌগদবা হিরমশিং অদু মথক্কী (ক) দা পল্লিবা মিটিং অদু পাংথোক্কনি। অমসুং প্রেসিডেন্টনা অসিগুম্বা মিটিং অসিদা অথুবা থৌওংগী মওং কয়া পুখৎলকপা নত্রগা খন্নবা য়াবা হিরম কয়া খন্নবা য়াই নত্রগা করিগুম্বা থৌওং অমা মশামক্না কুপ্না নৈননবা থাঙ্গৎপা নত্রগা পুখৎপা য়াই।

# টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী প্রেসিডেন্ট অমসু টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটীভকী মখল?

**ধারা-১৫**

(ক) ধারা-১৪ (ক) গী মখাদা এম টি সিগী প্রেসিডেন্টগী মীখলদি এম টি সি সিগী সদস্যশিংগী অহানবা মিটিংদা তৌগনি।

(খ) মণিপুর টেবিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী সদস্য মগানা পুন্না এম টি সি সিগী প্রেসিডেন্ট ওইনবগীদমক্তা কনাগুম্বা অমগী মিং পুখৎলকপা (প্রোপোজ) য়াই। অসিগুম্বা পুখৎলকপা মিং অদু টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভনা লেপ্পা নুমিৎ মমাংদা টেরিটোরিয়েল রিটনিং আফিসারগী খুত্তা য়ৌগদবনি।

(গ) মিং পীখৎলক্লবা (প্রোপোজ) মীওইশিংগী মিং ইবা চে (লিষ্ট) অদু রিটর্নিং আফিসারনা খবর কাজগশিংদা ফোংদোক্কনি অমসুং মিং ইবা চে (লিষ্ট) অমা এম টি দি সিগী নোর্টিস বোর্ডতা থেৎকনি। মিং ইবা চে (লিষ্ট) অমা এম টি সি সিগী নোর্টিশ বোর্ডতা থেৎকনি। মিং ইবা চে (লিষ্ট) ফোংদোকখ্রবা নুমিৎ ৫ নিগী মনুংদা মীরেপ অমনা রিটনিং আফিসারদা ইদুনা মীরেপ ওইবগী চে অদু অমুক হন্না লৌথোকপা (উইদ্রো) য়াই।

(ঘ) মীরেপ ওইবগী চে অমুক হন্না লৌথোকখ্রবা (উইদ্রো) মীওইশিংগী মিংশিং খত্তোক্লবা মতুংদা মীরেপ অমত্তা লেমহৌরবদি, মহাকপু টেরিটোবিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী খনফম থোক্কুনা (মীখল তৌদুনা) খল্লবা প্রেসিডেন্টনি হায়না লাউথোক্কনি।

(ঙ) অকক্লবা নুমিৎ অমদা ভোৎ পীবদা শিজিন্নবা চেচেৎ (বেলোট) কী মতেংনা মীখল তৌগনি অমসুং রিটর্নিং আফিসারনা খ্বাইদগী হেন্না মোৎ ফংবী মীরেপ অদুবু মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী খল্লবা প্রেসিডেন্টনি হাযনা লাউথোক্কনি।

(চ) মীখল তৌদুনা খল্লবা মতুংদা প্রেসিডেন্টনা মহাক্কী লোয়শঙ পুবগী অকক্লবা মতম (তর্ম) গী মনুংদা মণিপুর টেরিটোবিযেল কংগ্রেস কমিটিগী তিন্নবা (সেসন) খুদিংগী সভাপতি ওইনি।

(ছ) করিগুম্বা টি সি সিগী প্রেসিডেন্টনা শিরবা নত্রগা থবক থাদোকখিবা অসিগুম্বা অথুবা থৌদোক অসি **থোক্লক্লবদি এ** আই সি সিগী য়াথং মতুংইন্না টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ **প্রে**সিডেন্টগী **অ**নৌবা মীখলগীদমক্তা তারিখ লেপকনি।

# মীহুৎ (ডিলগেটস)

**ধারা-১৬**

মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী সদস্য পুম্নমক ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী মীহুৎশিং (ডেলিগেটস) ওইগনি।

# ফণ্ডস

**ধারা-১৭**

(ক) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী ফণ্ডশিং অদু টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী একজিক্যুটীভ কমিটিনা য়ারবা মত্তা মতকী মতুং ইন্না অমা নত্রগা অমদগী হেনবা বেঙ্কশিংদা থমজিনগনি।

(খ) মণিপুর টেরিটোরিয়েল একজিক্যুটীভ কমিটিনা শেল পীদুনা (দোনেসন) অমসুং মতেঙশিংনা (কন্ট্রিবুসন) ফণ্ড লৈনবা থবক পায়খৎপগী শক্তি লৈগদবনি।

(গ) বেঙ্কতগী শেল লৌথোকপা পুম্নমক জেনেরেল সেক্রেটবিদগী অয়াবা অমগা **লোয়নদ**বনি। জেনেরেল সেক্রেটরী অমসুং ত্রেজরর অনিমক পুন্না হায়রিবা দরকার ওইবা শেলফমশিং অদু লৌথোকমিন্নগনি।

# জেনেরেল সেক্রেটরিশিং অমসুং সেক্রেটরিশিং

**ধারা-১৮**

(ক) প্রেসিডেন্টনা লাকপা ওম্বা (কন্ট্রোল) গী মখাদা জেনেরেল সেক্রেটরিশিংনা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী লোয়শঙগী থবক পুগনি।

(খ) প্রেসিডেন্টনা খনবা জেনেরেল সেক্রেটরিশিংগী মরক্তগী অমনা নত্রগা সেক্রেটরিশিংগী মরক্তগী অমনা চাগা অমদি চাদিং অমসুং ভোকচরশিংনা শৌগৎলবা লুপা ২ দগী **হেনবা পীথো**কখিবা শেনফমশিংগী হিসাবশিং থমগনি।

বঙবিগদবা : জেনেরেল সেক্রেটরি নত্রগা সেক্রেটরি অমনা লুপা ২ নত্রগা ২ দগী তাবা শেনফম অদু সাটিফাই তৌদুনা পীগনি।

(গ) ধারা নং -১৪ (ঘ) গী মতুংইন্না তৌবা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মিটিংদা জেনেরেল সেক্রেটরিশিংনা টেরিটোরি অদুগী মনুংদা লৈরিবা এম টি সি সি অমসুং মদুগী একজিক্যুটিভনা তৌবা থবক্কী রিপোর্ট শেম-শাগনি অমসুং লানখৎকনি। মদুগা লোইননা অকোনবা রিপোর্ট লানখৎখ্রবা মতুংগী ওদিও তৌরবা হিসাম চে অমসুং চৎলিবা শেন্বা থুম্বা চহিদুগী চাগা অমসুং চাদিং উৎপগী হিসাব (বজেট) লানখৎকনি।

# রিটর্নিং আফিসার

**ধারা নং -১৯**

(ক) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা মাগী অকক্লবা মতম (তর্ম) গী হৌগৎলকপদা. মাগী সদস্যশিংগী শরুক ৩ গী মনুংদা শরুক ২ তিন্দুনা ভোট পীরগা টেরিটোরিয়েল রিটনিং আফিসার অমা খনগনি অমসুং অকক্লবা মতম (তর্ম) দি টি সি সিগী অকক্লবা মতমগা লোইশিনমিন্নগনি।

(খ) টেরিটোরিয়েল রিটনিং আফিসাব অদুনা টেরিটোরিয়েল অদুদা তৌবা কংগ্রেসকী মীখলশিংগী লমজিংবা অমসুং থবক শিনবগী দায়ীত্ব পুগনি। মহাক্না টেরিটোরিয়েল একজিক্যুটীভ কমিটিগা তান্নরগা মীখলশিংগী থবক্কী চাং নাইনা চত্থগদবা থৌশিল পরেং (তাইম-তেবাল) লেপকনি অমসুং মীখলশিংবু মপুংফানা লমজিংনবা নত্রগা শিন্নবগীদমক নিয়মাবলি অমসুং মসিগী মখাদা শেন্বা নিয়মশিংগী মতুংইন্না দরকার ওইবা ব্যারেপশিং লৌখৎকনি। টেরিটোরিয়েল রিটনিং আফিসার অসিন ব্লাকিং কমিটিনা মতম মতমগী ওইনা পীরবা (এলোত) মথৌশিং পাংথোক্কনি।

(গ) টেরিটোরিয়েল রিটনিং আফিসার অসিনা মরি লৈনবা এম টি সি সি অমসুং ডি সি সিগী একজিক্যুটীভকা তান্নরগা ডিষ্ট্রিক্ট রিটনিং আফিসারশিং ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংগী অমমম খনগনি। মখোয় অদু টি আর ও গী য়েংশিন খোৎচিনবা অমসুং লাকপা ঙম্বা (কন্ট্রোল) গী মখাদা লৈগনি অমসুং ডিষ্ট্রিক্ট অদুদা তৌবা মীখলশিংবু লমজিংনবা নত্রগা শিন্নবগীদমক দায়ীত্ব লৌগনি।

(ঘ) ডি আব ও অদুনা ডি সি সিগী একজিক্যুটীভ কমিটিগা তান্নরগা অমসুং টি আর ওগী অয়াবা মত অমগা লোইননা ডিষ্ট্রিক্ট অদুগী মতুংগী ওইবা পোলিং অমসুং মীখল আফিসারশিং খনগনি।

(ঙ) করিগুম্বা লৈথোকপা য়াদ্রবা মথৌ অমগীদমক্তা ডি আর ও লৈত্রবদি (এ সেন) টি আর ও না মহাক লৈত্রিঙৈগী মতমগী ডি আর ও ওইনা থবক পুনবগীদমক মীওই অমা খনগনি (এপোইন্ত)।

(চ) কমিটি অমগী নত্রগা ত্রাইবুনেল অমগী সদস্যশিং নত্রগা লোয়শঙ পুরিবশিংবু রিটনিং আফিসার ওইনা খল্লোইদবনি। রিটনিং আফিসার খুদিংমক কংগ্রেসকী সদস্য ঙাক ওইগদবনি তৌইগুম্বসুং মখোয়না লোয়শঙ পুরিবা অকক্লবা মতম (তর্ম) গী মনুংদা অদুগা মখোয়না মথৌ তৌরিবা এলাকাগী মনুংদা অমসুং অকক্লবা মতমগী মতুং থা তরুক্কী মনুংদসু কংগ্রেসকী মীখলশিংদা মীরেপ ওইবা য়াবোই।

(ছ) রিটর্নিং আফিসাব অমত্তনা মহাক্কী মথকথোংবা আফিসারনা হায়বা নত্রগা করিগুম্ব মহাক্কী মথৌ অমত্তা শক্তি শিন্নথোকপা য়াদে।

(জ) টেরিটোরিয়েল অমসুং ডিষ্ট্রিক্ট রিটনিং আফিসারশিংনা মখোয়গী মপুংফাবা অকক্লব মতমগী লোয়শঙ পুগনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না অনৌবা টি আর ও নত্রগা ডি আর ও খ দ্রবা ফাওবা অমমসুং ব্রাকীং কমিটিনা হিরম অসিগীদমক শেন্না নিয়মগী মতুংইন্ন লোয়শঙদগী লৌথোক্লিবা ফাওবা থবক অদুদা তৌথখিগনি।

## ফম হাংবশিং (ভেকেনসিজ)

ধারা -২০

(ক) সংবিধানগী মতুংইন্না শেমলবা করিগুম্বা কমিটি অমগী সদস্য নত্রগা বোর্ড নত্রগা মীহুৎ (ডিলিগেট) ফম (থবক) তোকখিদুনা (রিজাইন) থবক লৌথোকখিদুনা নত্রগা শিখিদুনা থবক হাংবা (ভেকেন) য়াই। হংলিবা ফমশিং অদু হান্ননা খল্লমলিবা সদস্যশিং অদুগা চপ মান্ননা অমুক খন্দুনা হাপচিনগনি অমসুং খল্লবা সদস্যশিং অদুনা হাংলম্বা সিট অদুগী লোয়দ্রিবা অকক্লবা মতম (তর্ম) অদু ফাওবা লোয়শঙগী থবক পুগনি।

(খ) অমুক্তং নিংথিনা শেমখ্রবা কমিটি নত্রগা বোর্ড অদু মসিগী ওন্না তৈনবদা করিগুম্ব [illegible] (প্রোভিজন) অমা ব্রাংলবা নত্রগা লৈত্রবা অদগা করিগুম্বা [illegible] না মরম ওইদুনা অবানবা থবক [illegible] (ইন্ [illegible]) [illegible]

# ভোটীং

**ধারা-২১**

(ক) করিগুম্বা কংগ্রেস সংবিধাননা য়াবা থোইদোকপা মওং (মেথদ) অমা নত্রগা মদুগী মখাদা শেম্বা নিয়মশিং লৈত্রবদি সংবিধান্দা পল্লিবা মীখলশিং অসি টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিনা শেম্বা মীখলগী নিয়মশিংগী মতুংইন্না বেলোট শিজিন্নদুনা পাংথোক্কনি।

(খ) সংবিধান অসিগী মনুংদা ভোট হায়বা ৱাহৈ অমসুং মসিগী ৱাহৈগী মওং উৎপা (ইন ফ্লক্সন) থেংনরবদি মদুনা চুম্লবা ভোৎ (ভেলিদ ভোৎ) নি হায়না খঙনগনি।

# সংবিধান শেমদোকপা (এমেন্দমেন তৌবা)

**ধারা-২২**

(ক) মণিপুব টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা ভারত জাতীয় কংগ্রেস কমিটিগী সংবিধানগী চান্নলা সংবিধান নত্রগা মসিগী বাই লোশিং শেমদোক্লবগী শক্তি লৈগনি। ৱাকীং কমিটিনা য়ারবা মতুংদা অসিগুম্বা শেম-দোক্লবশিং (এমেন্দমেন তৌরবা) অসি থবক ওইনা চংথগনি।

(খ) করিগুম্বা শেমদোক্লব (প্রোপোজ এমেন্দমেন) অমগীদমক মিটিং তৌগদবা তারিখকী নুমিৎ ১৫ নিগী মমাংদা সদস্যশিংদা নোর্টিশ পীগনি।

(গ) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী মিটিং অমদা তিল্লরিবা সদস্যশিংগী শরুক ৩ থোকপগী শরুক ২ নিনা মেজোরিটি ওইদুনা ভোট পীববদি শেমদোকপা (এমেন্দ) য়াগনি।

(ঘ) টেরিটোরিয়েল সংবিধান অসি কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটিনা [illegible]দাকপা নত্রগা ওস্থোকপা ঙমই। অসুম্না টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিন শেমদোক্লবাশিং (এমেন্দমেন তৌরবা) অদু চে অমদা ইগনি অদুয়া ৱাকিং কমিটিনা য়াবগী মত পীগনি (এগ্রুভ তৌগনি)।

# সদস্য ওইবগী মওং কুপ্না য়েংশিনবা

**ধারা-২৩**

(ক) ডি সি সিগী একজিক্যুটিভ কমিটিনা ডিষ্ট্রিক্ট অদুগী মনুংগী ওইবা প্রাথমিক অমসুং এক্টীভ সদস্যশিংগী মিংচনবগী মরমদা, মসিগীদমক কংগ্রেস ৱাকিং কমিটিনা শেমলবা নিয়মশিংগী মতুংইন্না বেক চত্থরকপা, সদস্য ওইবা যাবা সদস্যশিংগী রেজিষ্টার মিং চিত্থৌবা নত্রগা রেজিষ্টাবদ চনশিনবদা থিংবা (ওবজেকসন) অসিনচিংবগী দাবীশিং

তাগনি। ডিষ্ট্রিক্ট একজিক্যুটিভনা অসিগুম্বা দাবীশিং অসি নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা ৱা লোইনা শিনগনি।

(খ) ডিষ্ট্রিক্ট একজিক্যুটিভ কমিটিনা মতম নাইনা প্রাথমিক অমসুং এক্টীভ সদস্যশিংগী সদস্য ওইবগী ফম অদু কংগ্রেস সংবিধানগী নিয়মশিং অমসুং সর্ত (প্রোভিজন) শিংগী মতুংইন্না সদস্য অমা ওইবগী মথৌ পাংথোকলিবরা নত্রগা পাংথোক্তবরা হায়বা অদু কুপ্না পরিক্ষা তৌদুনা য়েংগনি। ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিনা এক্টীভ সদস্যশিংনা লানখৎলকপা রিপোর্টশিংনা কুপ্না পরিক্ষা তৌদুনা য়েংশিনগনি। মরি লৈনবা মীওইশিংবু শন্দোক্লা তাকউ হায়না পীবা নোটিশ অদুগী তারিখতগী হৌনা নুমিৎ ১৪ নিগী খুদোংচাবা পীরবগী তুংদা মখোযনা ৱারেপ লৌখৎকনি।

(গ) ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস একজিক্যুটিম কমিটিনা মখোয়গী থবক্কী নিয়মশিংগী অশম্বা রেকোর্ড থমগনি। অসিগুম্বা ৱারেপ অদু নুমিৎ ৩ নিগী মনুংদা মরি লৈনবা পার্টিদা পাউ পীদুনা খঙহনগনি।

(ঘ) ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস একজিক্যুভি কমিটিগী ৱারেপকী মায়োক্তা তৌবা দাবী অদু টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিদা লানখৎকদবনি। অসিগুম্বা দাবীশিং অসি অৱাবা তারবা পার্টি অদুনা ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস একজিক্যুটিভনা ৱারেপ লৌববা নুমিৎ ১০ নিগী মনুংদা লানখৎকদবনি অমসুং লানখৎপা তারিকতগী নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা থৌওং অদু লোইশিনগনি।

(ঙ) দাবী তৌবগী মতম লোইরবদা নত্রগা দাবী অমগী থৌওং লোইশিল্লবগী মতুংদা অতোপ্পা দাবী লানখৎলকপা মতমদা ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটীগী ৱারেপ অদু থবক ওইনা চলাইগনি।

# মীখলগী খৎনবশিং

**ধারা-২৪**

(ক) করিগুম্বা কনষ্ট্রিটিউয়েন্সি অমগী মনুংগী মীরেপ অমনা কনষ্ট্রিটিউয়েন্সি অদুদা তৌবা মীখল অমগী মরমদা, মসিগীদমক্তা শেম্বা আইনগী মতুংইন্না, মীখলগী ফল লাউথোকপ্রবা নুমিৎ ৭ নিগী মনুংদ মবি লৈনবা ডি সি সিগী সেক্রেটরি অমসুং প্রেসিডেন্টদা দাবী তৌবা য়াই অমসুং ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিনা লানখৎলক্লবা দাবী (কমপ্লেন্ট) অদু থা : গী মনুংদা ৱারেপ লৌগনি অমসুং ৱারেপ তাকবা নুমিৎ ৩ নিগী

মনুংদা ব্বারেপ অদু মরি লৈনবা প্রার্থিশিংদা খঙহনগনি।

করিগুম্বা ডি সি সিগী একজিক্যুটিভনা লানখৎলবা দাবী অদু থা ১ গী মনুংদা লোইশিনবা ঙমদবা থোক্লবদি টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটিভ কমিটিনা লোইশিন্নবগী থৌওং শিল লাংগনি।

(খ) মতিক চাবা মপু অমনা (অথোরিটি) মীখল অদু অরানবনি হায়না ব্বারেপ তাদ্রিবা ফাওবা খল্লবা মীওই অদু খনফম থোক্তুনা খল্লবা অচুম্বা মীওইনি হায়না লৌগনি নত্রগা নীংগনি। করিগুম্বা কংগ্রেস কমিটি অমত্তনা সদস্য অমবু নত্রগা লোয়শঙ পুরিবা মীওই অমবু দরখাস্ত নত্রগা আপিল অমগী লোইশিনবগী (রাই তাবগী) থবক পন্থহনবগী মরম ওইনা থিংবগী য়াথং পীবা নত্রগা মরক্কী ওইনা থবক লেপহন্নবগী হুকুম পীবগী মতিক চাবা মপু ওইরে।

(গ) হান্নমা দাবীশিং তৌরিবা পাটিনা ডিষ্ট্রিক্ট একজিক্যুটীভ কমিটিগী ব্বারেপ অদু য়ানিংদবগী মবমদা হুকুম থোক্লবা মতুং নুমিৎ ১০ নিগী মনুংদা এম টি সি সিগী সেক্রেটরি নত্রগা প্রেসিডেন্টদা দাবী তৌগনি। অমসুং টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস একজিক্যুটীভ কমিটিনা পীরকপা মতমগী থা ১ গী মনুংদা দাবীশিং অদু লোইশিনগনি। (রাই তাবা)

(ঘ) টেরিটোরিয়েল একজিক্যুটীভ কমিটিগী মশামক্কী হৌদোকব্বা (মোসন) দা নত্রগা ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস একজিক্যুটীভনা ফংলবদা নত্রগা মরি লৈনবা পাটি অমগী হৌদোকব্বা (মোসন) দা, করিগুম্বা মীখল অমগী মরিদা কনাগুম্বা মীশক অমনা নত্ত-শাজৎ চৎপগী অরানবা দাবী তৌবগী, নত্রগা অখঙবা ওবজেক্সন অমগী মরিদা মরাল লৈবগী হুকুম লাউথোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈগনি। মীখলগী মীরেপ অমবু মতিক চাদ্রে (দিস ক্বালিফাই) হায়না লাউথোক্কনি নত্রগা অকক্লবা মতম অমগী মমিং পন্দুনা কংগ্রেসতগী তানথোক্কনি।

(ঙ) মীখলগী দরখাষ্টশিং নত্রগা দাবীশিং (আপিল) মরি লৈনবা মপু (অথোরিটি) শিংদা মশানা পীরবা নত্রগা রেজিষ্টার তৌদুনা পোষ্ট আফিস্তা থারকপা য়াই।

(চ) এম টি সি সি অমসুং ডি সি সিশিংগী একজিক্যুটিভনা ধারা অসিগী মতুংইন্না পীবা মপু ওইবগী শক্তি অদু অমা নত্রগা অমদগী হেনবা কমিটি মচা-মচাশিংগী নত্রগা তোঙান-তোঙানবা নাইতোম মীওইশিংদা পীথোকপা ঙম্নবগী মতিক চাবা ফিভমদা লৈগনি।

# মীখল কমিটি

**ধারা-২৫**

(ক) মণিপুর টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা, টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী প্রেসিডেন্ট অমসুং মশিং তরাদগীদি হেন্দবা অদুগা ৪ দগী তাদবা অতোপ্পা সদস্যশিং য়াওরবা জেনেরেল মিটিং অমদা টেরিটোরিয়েল ইলেক্সন কমিটি অমা মীখল তৌদুনা খনগনি। টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিনা টেরিটোরিয়েল কংগ্রেস কমিটিগী প্রেসিডেন্ট নত্তনা অতোপ্পা তিল্লরিবা সদস্যশিংগী শরুক ৩ গী শরুক ২ না মেজোরিটি ওইদুনা অমসুং ভোৎ পীদুনা খল্লবা সদস্যশিং (ইলেক্সন কমিটিগী) অদু মীখল তৌদুনা খল্লবনি হায়না লাউথোক্কনি।

অসিগুম্বা মীখলগী ভোৎ অসি বেলোটনা পঙথোক্কনি অমসুং হায়রিবা বেলোটশিং অদুনা ভোটর অদু[illegible] অদু রেকোর্ড তৌগনি। সদস্যশিং খনগদবা অদু শরুক ৩ গী শরুক অনিনা মেজোরিটি ওইদুনা খনবা ঙমদ্রবাদ সিংগল ট্রান্সফরেবল ভোটকী নিযম মতুং ইন্না অনৌবা মীখল অমুক তৌগনি।

টেরিটোরিয়ল কংগ্রেস কমিটিগী প্রেসিডেন্টনা টেরিটোরিয়েল ইলেক্সন কমিটিগী এক্স ওফিসিও চিয়ারমেন ওইগনি।

(খ) মথক্তা হায়রিবা থৌওং অসি তৌদুনা শেমখ্রবা টেরিটোরিয়েল ইলেক্সন কমিটি অসিনা সেন্ট্রেল অমসুং ষ্টেট লেজিসলেচরশিংগী মীরেপশিং অদু সেন্ট্রেল ইলেক্সন কমিটিদা থাগৎকনি। (বিকোমেন্দ তৌবা)

(গ) সেন্ট্রেল ইলেক্সন কমিটিনা টেরিটোরিয়েল ইলেক্সন কমিটিদা কেণ্ডিডেন্ট খনবা মীখল শিনবগী থৌওংদা লমজিং পীনবগীদম দরকার ওইবা নিয়মশিং শেমগনি।

(ঘ) এম টি সি সিগী অহানবা মিটিংদা টেবিটোরিয়েল ইলেক্সন কমিটি শেমগনি অমসুং শেল্লবা মতুংদা কমিটি অসিনা অনৌবা কমিটি অমা শেমদ্রিফাওবা লোয়শঙ পুবগী থবক চৎথগনি।

# মখল মখা অয়াম্বা

**ধারা-২৬**

(ক) করিগুম্বা সর্ত (প্রোভিজন) অদুনা এসোসিয়েত সদস্যশিং ওইবগী মওং লৈত্রবদি মীওই অমত্তনা চপমান্নবা কংগ্রেস কমিটি অনিগী সদস্য ওইবা য়ারোই।

(খ) কংগ্রেস কমিটি হেন্না পিকপা কমিটিদা নত্রগা নাই তোম মীওই অমদা মসিগী শক্তিশিংগী মরক্তগী শক্তি অমা শিন্নবা নত্রগা পীখিবা য়াই।

(গ) কংগ্রেসসকী থৌওং খুদিংমক ইকোন কোনবা মীকোক থীবা (সেন্সস) গী অফংবা মীশিংদগী লৌদুনা কংগ্রেসকী থৌওংশিংগী থবক চলাইগনি।

(ঘ) মচেৎ মকাইগী ৱাফম লাক্লবদি, মপু অমগী তংখাই অমা নত্রগা তংখাইদগী হেনব মচেৎ অমবু মপুম অমা ওইনা লৌগনি অমসুং মপুম অমগী তংখাইদগী হন্থবা অদু শুন্য ওইনা লৌগনি।

(ঙ) কবিগুম্বা সংবিধান অসিগী প্রোভিজনশিংগী মবিদা, অর্থ লৌবা (ইন্তরপ্রিতেসন) নত্রগা ইরবা নিয়মশিং (প্রোসিদুআর) গী মরমদা, কবিগুম্বা কমিটিগী সদস্য অমাগা সদস্য অমগাগী মরক্তা নত্রগা কমিটি অমগা কমিটি অমগাগী মরক্তা খৎনবা, যেৎনবা থোক্লবদি মতিক চাবা মপু (অথোবিতি) নত্রগা সংবিধান অসিদা পল্লিবা অথোরিতিশিংনা লেপকনি। অসিগুম্বা মপুগী ৱারেপ অদুনা অরোইবনি। অমসুং ভারত জাতীয় কংগ্রেস কমিটিশিংগী সদস্যশিংগীসু ওইনা ৱারেপ অদুনা চৎনগনি অমসুং মসিগী মরমদা বিচার লোয়শঙ অমদা আইনগী ওইনা হংবা য়াদে।

## প্রথমিক সদস্য ওইবগী ফোর্ম (ক)
## সংবিধানগী ধারা ৪ (ক) গী মতুং ইন্না

**SDCC**

**Form No..................................**

ঐহাক্না ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী সদস্য ওইনা মিং চনবা পাম্মী ঐনা মখাদা ইরিবা জাতীয় কংগ্রেসকী নিয়মাবলিগী অহানবা ধারা অসি য়াজরে। “ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী পান্দমদি ভারত প্রজাগী য়াইফবা, চাওখৎপা অমসুং শান্তী পুর্ণ ওইবা অমসুং সংবিধান কায়দবা পান্বৈনা পালিয়ামেন্টরি গরতন্ত্রদা য়ুম্ফম ওইবা সমজবদিক ষ্টেট অমা লিংখৎপনি, ষ্টেট অসিদা মী পুম্ন মক্কী সুবিধা মান্নগনি, রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক অমসুং সমাজিক অধিকার চপ মান্ননা ফংগনি অমদি ষ্টেট অসিনা পৃথিবীগী শান্তি অমসুং মচিন-মনাও ওইবগী পান্দমলোমদা চংশিনগনি”।

সম্প্রদায়িক ওইবা নত্রগা কবিগুম্বা অতোপ্পা মেম্বরসিপ, সংবিধান অমসুং প্রোগ্রাম লৈবা রাজনিতিক দল অমগী মেম্বর ওইজদে। ঐনা সদস্য ওইবগী চান্দা পৈশা ২৫ পীজরি।

মিং ............................ মপাগী নত্রগা মপুরোইবগী মিং ....................

চান্নবা লৈফম .................... নত্রগা কারবা তৌফম ...............................

চহি............................ শিনফম .................. তাং ....................

খুবী সিংহ ওইরবদি চুম্মী হায়বগী মীগী সহি-

দরখাস্তকারীদা সহি নত্রগা খূবী সহি-

মিং চল্লরিবা মীগী সহি-

তাং ........................ তাং ...........................

**খঙগদবা:-লৈফম, মপুং ফানা থিবা খঙনবা থাগদবনি।**

## সংবিধানগী ধারা ৪ (ক) গী মতুং ইন্না

শ্রী ............................................... মথক্কী দরখাষ্ট অসি মিং চল্লুরিবা

শ্রী .............................................. পীরিবা সদস্য চান্দা পৈশা ২৫ গা

লোয়ননা পীরদুনা ওফিস অসিনা ফংলে। ব্লোক, ডি সি সি রেজিষ্টার ক্রামিক সংখ্যা ...

.................................................. নি।

তারিক : ব্লোক, ডি সি সি সেক্রেটরী

১৯৬৭-৬৮ সহি

## ১৯৬৭-৬৮ দরখাষ্টকারীদা পীগদবা রসিদ

**Receipt No. ....................**

ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী প্রাথমিক সদস্য ওইবগী দরখাষ্ট অমা সদস্য চান্দা পৈশা ২৫ গা লোয়ননা সাং ................................ সা লৈবদগী শ্রী ........................ দগী ফংলে।

**মিং চল্লরিবা মীগী সহি** **সহি**

**তাং** **সেক্রেটরি**

**ব্লোক ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটি**

# এক্তিভ মেম্বর নৌহন্নবা ফোর্ম

ফোর্ম নং ...........

মখাদা গুগায়না পীরিবা অসিগী মতুং ইন্না ঐগী এক্তিভ মেম্বরসিপ নৌহন্নবগীদমক ঐনা লুপা ............... খক পীজরি।

লুপা ১ এক্তিভ মেম্বর ওইবগী চান্দা।

ঐনা প্রাইমারি মেম্বর ৫০ মিং চল্লকপগী।

মিং ................................ মপা নত্রগা মপুরোইবগী মিং ........................

চান্নবা লৈফম নত্রগা কারবার তৌফম ..................................................

চান্নবা লৈফম ......................................................................

চহি ........................................ কারবার ......................................

দরখাষ্টকারীনা মেম্বর ওইরিবা ব্লোক কমিটিগী মমিং ....................................

প্রাইমারি মেম্বরসিপ রেজিষ্টারদা লৈবা সেরিয়েল নং ....................................

এক্তিভ মেম্বরসিপ রেজিষ্টারদা লৈবা সেরিয়েল নং ......................তারিক............

খুবী সহি ওইরগদি — দরখাষ্ট থারিবা মীগী

চুম্মী হাযবা মীগী সহি — খুবী সহি নত্রগা সহি

অফংবা মীগী সহি — তাং

**নোটি-থিবদা খঙননবা মপুঙ ফাবা ঠিকানা পীগদবনি**

## ব্লোক/ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিনা ইগদবা

মথক্কী শ্রী ............................................................গী নৌহন্নবা ফোর্ম অসি

শ্রী ........................................................... না ডিপো: তৌরকপা লুপাগা

.............. লোয়ননা অফিস অসিনা ফংলে।

ফংলরিবা লুপা অসিগী অকুপ্পা মরোল মখাদ পীরি:-

লুপা ১ এক্তিভ মেম্বর ওইবগী চান্দা।

লুপা ১২.৫০ পৈশা প্রাইমারী মেম্বর ৫০ গী মিংজেল শেল।

তাং ......................

**ব্লোক/ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিগী**

**সেক্রেটরিগী সহি**

# দরখাষ্টকারীদা পীগদবা রসিদ

রসিদ নং: .........

শ্রী ........................................................ দগী কংগ্রেসকী এক্তিভ মেম্বরসিপ নৌহন্নবা ফোর্ম অসি এক্তিভ মেম্বর ওইবগী চান্দা লুপা ১ অমসুং প্রাইমারী মেম্বব ৫০ মিং চল্লকপগী লুপা ১২.৫০ পৈ: গা লোয়ননা তাং ................ দাং ফংলে।

ব্লোক/ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিগী
সেক্রেটরিগী সহি

# এক্তিভ মেম্বর ওইবগী ফোর্ম (বি)

আর্টিকল ৪ (বি) ফোর্ম নং ............

ঐনা ভাবত জাতিয কংগ্রেসকী এক্তিভ মেম্বব অমা ওইনা মীং চনজানিংই। ঐনা হাযদোকচরি মর্দুদি,

(১) ঐ চহি ২১ শুরে নত্রগা হেল্লে।

(২) ঐ অভাস ওইনা খুৎনা শাবা খদ্দর শেৎলি।

(৩) ঐ ময়াই কাবা মহি থকচদে।

(৪) ঐনা শোক্ক-শম্নবা য়াদবা হায়বদু কবিগুপ্পা মওংদা লৈ হাযনা থাজদে।

(৫) ঐ সম্প্রদায় ময়ামগী একতাদা থাজজৈ অমসুং অতোপ্পগী লাইনিঙবু সম্মান তৌজে।

(৬) ব্রাকিং কমিটিনা মতম-মতমগী হায়বা মতুং ইন্না অসিমখৈদি তৌদবা য়াদে তমদবা য়াদে হায়বদু ইনজগনি হায়না য়াজরি। ঐনা চহিগী ওইনা লুপা ১২ খোর্মাজিনগনি অমসুং কংগ্রেস ফণ্ডগীদক পীশিনগনি।

(৭) ঐনা প্রাইমারী মেম্বর ৫০ মিং চঞ্জরে।

ঐনা মেম্বর অমগী চাং ওইনা লুপা ১ অমসুং প্রাইমারি মেম্বর ৫০ চনবগী লুপা ১২.৫০ পৈশাগা পীশিনজরি:-

মিং ..............................................................................

মপাগী নত্রগা মপুরোইবগী মিং ..................................................

লেঙদ্রবা লৈফম নত্রগা কারবারগী মফম ........................................

লেঙদ্রবা ঠিকানা ........................................

চহি ........................................ শিনফম ........................................

মহাক্না মেম্বর ওইবা ব্লোক কমিটি ........................................

প্রাইমারি মেম্বরসিপ দরখাস্ত পীবা তারিক ........................................

| | |
|---|---|
| খুবী সহি ওইরগদি | দরখাস্ত থারিবা মীগী |
| চুম্মী হায়বা মীগী সহি | সহি নত্রগা খুবী সহি |
| তাং .................... | তাং .................... |

নোট :- ঠিকানা মপুং ফানা পীবিদুনা থিবা খঙননবা তৌবিগনি।

## ব্লোক/জীলা কংগ্রেস কমিটিগী সেক্রেটরিনা ইগদবা

[illegible]বা তারিক :

[illegible] মেম্বরগী রেজিষ্টারদা যাওবা নম্বর :

**ব্লোক/ডিষ্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটিগী**

তৌবিটোবিয়েল মতমগী চৎনা পথাপ অসিগী মতুংদা শেমদোক শেমজিন খরা তৌরবা মতুংদা ই ১৯৭৭ কী ওক্তোবর ২৫ দা দিল্লী সেসনদা সংবীধান অসি নৌনা শেমদোক্লুনা Constitution অমসুং Rule হায়দুনা অনিথোক্না খায়দোকখি। মতুংদা ইং ১৯৮৮ গী ডিসেম্বর ১৮ দা অমুক নৌহৌননা শেমদোক্লুনা মীওই অমনা য়ামদ্রবদা চহি অনিদগী তাদনা Primary মেম্বরদা লৈত্রগদি Active Member ওইবা যাদে। অদুগা Active Member ওইদ্রগদি Party Tiket থাবসু য়ারমদে। অদুগী তুংদা ইং ২০০২ দা অমুক দিল্লী সেসনদা হান্নগী সংবীধান অদু অমুক শেমদোক- শেমজিন তৌখি। মেম্বর অসি কেতোগরী অহুম থোক্না হায়বদি (a) Primary "A" (b) Active Member "B" অদুগা অরিবা "B" দগী রিনীউরেল তৌববশিং অদুনা "C" হায়দুনা খংনবমই। অদুগী মতুংদ ২০০৭ দা অমুক শেমদোক্লুনা Primary Member অমদি Active Member ওইবা মফম লৈখিদ্রে। শুপ্নগী মেম্বর হাযবা রাহৈ হায়বা অসিমক খংনদুনা লৈবগনী।

অদুবু Member হায়বা মীওই অসিনা য়ামদ্রবদা চহি অহুমদি কংগ্রেস দলগী মেম্বর ওইনা লেংদনা লৈরগনি Organisational ইলেক্সন অমসুং পারতীগী Ticket থাবা য়াগনী হায়বা ব্রাফম য়াওরী। অসিগী মতুংদা ইং ২০১১ দা দিল্লী সেসন্দা নৌহৌনা শেমদোকতুনা চহি ৩ (অহুম) ওইরম্বদগী চহি ৫ দা কমীতী অমগী মতম অসি শাংদোকখ্রে। মসিনী হৌজিক ফাওবগী ওইনা লৈরীবা সংবীধানগী ওইবা চৎনা পৎথাপ অসিনী।

চৎনা কয়াৎ কয়া অসি কংগ্রেস কর্ম্মী খুদিংনা ইনবা তাবনী। চৈরক অসিদা কংগ্রেস দলনা তুংগী খল্লগা মীখল কয়াদা প্রজাশিংগীদমক ব্রাফম কয়া লাওথোকখি।ইং ১৯৭২ দা পংথোকখিবা ইম্ফাল মীউনীসিপাল মীখলদা কংগ্রেস দলনা য়াৎখিবা কয়াৎশিং -

# ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল ইলেক্সন- জুন, ১৯৭২

## মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিগী মীখলগী চেফোঙ (ইলেক্সন মেনিফিষ্টো)

শোক ১৯৫৬ তা অহানবা ওইনা মীখলদা কারকপা প্রজাগী মীহুৎনা ইম্ফাল সহরগী ম্যুনিসিপাল শাসন তৌবা হৌখি। মতম অদুদগীনা শোক ১৯৭০ গী ময়ায় চল্লকপা ফাওবা প্রজাগী য়াথাংগা লোয়ননা কংগ্রেস পারর্টিনা ম্যুনিসিপালিটিগী শাসন পুখি। চহি ১৪ গী মমাংদা ইম্ফাল অসি মশক থোকপা সহর ওইরমদে। ইম্ফাল এরিয়াবু হৌজিক্কী মতমগী সহর অমগী শক্তমদা শেমগৎলকলিবসি কংগ্রেস শাসন মতমদনি।

(ক) খ্বাইরম্বন্দ বাজার অসি হান্না লৈরম্বা শরুক্তগী ফনা য়ামনা চাওথোকহনখি। ম্যুনিসিপালিটিগী ওইবা দুকান কয়া শাগৎতুনা মদুদগী ম্যুনিসিপালিটিগী আয় হেঙ্গৎনবা অমশুং সহরগী প্রজাশিংদা লল্লোন ইতিক্কী হেন্না খুদোং চাবা পিননবা হোৎনখি। য়াম্না মরাং কায়দ্রবসু কৈথেল ফন্বী ইমা ইবেলশিংগী খোঙহামফম অমসুং মপাল ইপাল থোকফম শাগৎখি। গ্রেটর ইম্ফালগী মনুংদা লৈরিবা লোকেল বাজারশিং শেমগৎনবা থৌরাং লৌখৎখি। অহানবা খোংথাংদা লুপা লাক্ষ ৯ লোম চংবা স্কিম অমগী মখাদা ব্বাকৈথেল বাজার শেমগৎপা হৌখি।

পুরানা বাজার অসি পাক্কা শঙ শারগা ইমা ইবেল লিশিং অহুম হেন্না লল্লোন ইতিক তৌজবা ওমননবগী স্কিম লৌখৎলমলে।

(খ) ম্যুনিসিপালিটি ৱার্দ খুদিংমক্তা চিলদ্রেন পার্ক থমবা হৌখি। লৈকায়গী ওইবা পুখ্রি কয়া লু-হেন্না থমননবা থবক লৌখৎখি।

(গ) ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিগী মনুংদা লৈবা ইরম খোঙলম পুম্নম ওভর গ্রাউন্দ পকা দ্রেনেজ সিষ্টেম লৈহন্নবগী অকুপ্পা স্কিম মণিপুর সরকার অমসুং ভারত সরকারদা লানখৎখি। প্রাইভেট এনকোচমেন্ট লৌথোকপগী মরমদা অরুব আইনগী ৱাফম লাকপদগী থবক হৌগৎপদা অপনবা ওইহনখি। সহরগী মনুংদা লৈবা লন্নাই য়ুম খুদিংদা সেনিটরি লেত্রিন শাবদা ম্যুনিসিপালিটিনা মতেং পাংবগী স্কিম লৈখ্রে।

(ঘ) ম্যুনিসিপাল এরিয়াদা লৈরিবা লৈরক, লম্বী পুম্নমক য়ামনা ফত্তনা লৈবস্বদগী কংগ্রেসকী মতমদা ফেজ প্রোগ্রাম অমগী মখাদা লম্বী পুম্নমক মেতাল্লিং তৌবা (নুং থাবা) লোইরে হায়বা য়াবে অদুগা মরু ওইবা লম্বী কয়ামরুমসু কোলাস থাবা লোইরমলে।

(ঙ) ম্যুনিসিপালিটিগী মরু ওইবা খ্বাইরম্বন্দ বাজার এরিয়াদা ষ্ট্রীট লাইটিংগী থবক হৌগৎপা লোযননা সহর অসিগী লৈরক পুম্নমক্তা ইলেকত্রিক থাঙমৈ থান্নবগী স্কিম পায়খৎখি। ষ্ট্রীট লাইটিংগী মপোৎ মচৈ কয়া লৈশিন্দুনা থবক লৌখৎনবা থৌরাং তৌখৎলকপদা পরার মতীক চানা ফংদবদগী থবক পাঙথোকপা ঙমখিদে।

(চ) মণিপুরদা ইহান হানবা ওইনা ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিনা গান্ধী মেমোরিয়েল হোল শাবা লোইশিনখি।

(ছ) মণিপুরদা চৎনরিবা আসাম ম্যুনিসিপাল এক্ট অসি মীখলদা কারকপা মেম্বরশিংনা শারীবা বোর্দতা শক্তি য়াম্না পীদবদগী শাসনদা খুদোং চাদে। অয়াম্বা থবক্তা মণিপুর সরকারনা খুৎ থিংজিন্নবা লবমী লৈ। বোর্দনা ফৈ হায়না খনবা থবক মতম চানা পাঙথোকপা ঙমদে। অদুনা মণিপুরগী ওইবা তোঙানবা এক্ট অমা শেমনবা প্রস্তাব তৌরমলে।

মথক্তা পনখ্রিবা থৌবম ময়াম অসি নত্তবা থবক কয়ামরুমসু কংগ্রেস পারটিনা ম্যুনিসিপাল শাসন পুরিঙৈদা পাঙথোকখি।

হৌজিক মণিপুর মপুং ফাবা রাজ্য ওইরে ষ্টেট অমগী রাজধানী ওইরিবা ইম্ফাল সহর হৌজিক্কী মতমগী সহর অমগী হৌনবী শক্তম অমসুং সিভিক এমেনিটিজ পুম্নমক লৈফম থোকই। মরম অসিনা মখাগী থৌরম পরেং অসি কংগ্রেস পার্টিনা পাঙথোক্কে হায়না লেপচরি।

## সহরগী লম্বী অমসুং নালা

ম্যুনিসিপাল এরিয়াগী লম্বী পুম্নমক কোয়লাস থাবা লোইশিনবগা লোয়ননা য়ারিমখৈ হান্নদগী পাঙথোক্লবা হোৎনগনি।

ম্যুনিসিপালিটিগী ঈরম, খোংবান, নালা পুম্নমক ওভর গ্রাউণ্ড পকা দ্রেনেজ তৌগনি অমসুং সুয়েজসিষ্টেম হৌগৎনবা থৌরাং তৌগনি।

## মৈ অমসুং ঈশিং সপ্লাই

কংগ্রেস সরকারনা লৌখৎলগা লোক্তাক প্রোজেক্ট লোইশিল্লকপদা মণিপুরদা মতিক চানা পরাব সপ্লাই ফংলগনি। অদু ওইবনদি ম্যুনিসিপাল এরিয়াগী লম্বী অমসুং লৈবক পুম্নমক থাওমৈ পীবা ঙম্লগনি। হৌরম অসিদা কংগ্রেসনা মাপুম্নবা হোৎনগনি।

ইম্ফাল রাটর সপ্লাই স্কিম শোক ১৯৬৫ ... লোয়নন দিষ্ট্রিবুসন সিষ্টেম অমসুং এদিসনেল রাটর সোর্স থিদুনা ঈশিং মতিক চানা ... থৌরাং কংগ্রেস সরকারনা লৌখৎলমলে। ইম্ফাল সহরদা মীয়াম তিনফম, এডুকেশনেল ইনষ্টিট্যুসন, হৈস্পেল অমসুং লম্নাই যুম-যুমদা থক্লবা কোলগী ঈশিং মবাং কায়না ফংননবা ...।

## বাজার শেমগৎপা

কংগ্রেস এডমিনিষ্ট্রেসনগী মতমদা থবক লৌখৎননবা থৌরাং তৌবমলবা মদু ওইনা বাজার শেমগৎপবগী রাফম মপুং ওইনা পাঙথোক্লনি। খ্বাইবক্লন্দ বাজারদা নত্তনা সহরগী মনুংদা লৈরিবা শিংজমৈ, কোংবা, লমলোং মোইবাংখোম, তেরা, হৈবাঙ্গোইথোং, নাওরেমথোংনাচিংবা কৈথেল মচা পুম্নমক শেমগৎকনি।

## ষ্টেডিয়ম অমসুং রিক্রিয়েসন সেন্টর

শান্নকম অমসুং রিক্রিয়েসন সেন্টরগী মতাংদা ষ্টেডিয়ম শাননবা অমসুং ফজনা মেনতিনেন্স তৌবা পার্ক কয়া মকম থমননবা হোৎনগনি। কংলা পার্ক অসিসু হেন্না ফজনা শেমগৎনবা হোৎনগনি।

## পোৎলোইফম

ইম্ফাল সহরদা মী কুণ্ডশিল্লকপগা লোযননা লমহাং লৈরক্তবদগী পোৎলোইফম মতিক চানা লৈত্রে। অদুনা পোৎলোইফমগীদমক খুদোংথীবা থোক্লদনবা মরম শীনগনি।

## বালৱাদী শিক্ষা

কংগ্রেস এডমিনিষ্ট্রেসনগী মতমদা অরবান দেভেলোপমেন্ট প্রোজেক্ট অসিগী মখাদা বাড কয়াদা প্রি প্রাইমারী শিক্ষা পীনবা বালবাদী সেন্টর কয়া হাংদোকপা তৌখ্রে। মসিগী মখা মথৎকপা ওইনা ৱার্ড খুদিংমক্তা বালবাদী সেন্টর থমগনি। অদুগা হায়া পীরম্বা চাংদা হেনা মতেং পাননবসু হোৎনগনি।

## কোর্পোরেসন ওইননবা থৌরাং

গ্রেটর ইম্ফাল এরিয়া পুম্নমক ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিগী মনুং চন্নবা হোৎনগনি অমসুং ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটি অসি কোপোরেসন ওস্নোক্লবা হোৎনগনি।

## এডল্টরেসন থিংবা অমসুং সুপর মার্কেট

চান থক্লবা চিজ্তা মস্তরা পোৎচৈ পানশিনবা থিংননবগী হেন্না চাওবা থৌরাং পায়খৎকনি। মালগা লোয়ননা প্রজাশিংনা মরম চাবা মমলদা পোৎ-চৈ ফংননবা সুপর মার্কেট থমগনি। হান্নগী কংগ্রেস সরকারগী মতমদসু সুপর মার্কেট শাননবগী মফম ফাওবা খল্লমবনি।

## টুরিষ্টশিংগী খুদোংচাননবা

মতমগী খুদোংচাবা পুম্নমক ফংলবা টুরিষ্টশিংগী লৈফম থমননবা, লম্নীগী নাকলদা ফজবা উ থাননবা, সুয়েজ সিষ্টেম লৌখৎননবা, টেক্সি অমসুং অতো রিক্সো সার্ভিস মরাং কায়না লৈননবা স্কিম পায়খৎকনি। ম্যুনিসিপাল এরিয়াদা মিনি-সিটিবস সার্ভিস লৈননবা রাকমসু খন্নগনি।

সহরগী মনুংদা লৈবিবা রেস্তুরেন্ট হোটেল পুম্নমক নিংথিনা কন্ট্রোল তৌদুনা প্রজাশিংগী খুদোংথিদনবা হোৎনগনি।

## সমজবাদকী মায়কৈদা চংশিন্নবা অমসুং অতৈ অতৈ

সমাজবাদকী খোংথাং খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনবদা চঙলিবা থৌরম মরু ওইনা সহরগী লমদা থবক ফংদবগী সমশ্যা কোক্লবা, থবক শুফম-নোমফম নিংথিজনা পীননবা, পোৎথোক্কী অচাবা মমলদা লেপ্পনবা কাববাররালশিংনা হেন্না শেন্দোং তানশিনবা থিংননবা অমসুং অচা অথক লোত্তনা থমজিনবা থিংননবা হোৎনগনি।

সহরদা লৈরিবা মজদুর অমসুং লেবরশিংগীদমক মরম চাবা খুৎশুমল পিননবা, থবক শুবগী পুংশিং লেপননবা অমসুং ছুটি মরমচানা ফংননবা হোৎনগনি।

দুকান মপুশিংনা করবার মচা তৌরিবা কাংবুদগী কা হেন্না ভাডা লৌবা থিংননবা হোৎনগনি।

আই য়াম্না পিকপা কাংবুগী হাউসিং স্কিম পাযখৎকিনি।

ইম্ফাল সহর অসি হেন্না মপুংফ না ফজনা শেমগৎনবগী মরিদা অতৈ সহর শেমগৎপদা তৌবগুম সেন্টবদগী দাইরেক্ট শেল থুমগী মতেং লৌনবা হোৎনগনি।

## এক্ট শেমদোকপা

মীখলদা কারকপা মীশিংনা প্রজানা পান্না মতুং ইন্না সহর শেমগৎলকপদা অপনবা লৈতনানবা মণিপুরগা চানবা ম্যুনিসিপাল এক্ট অমা শেম্লবা প্রস্তাব তৌগনি।

চহি অসিমক্তদা ভাবতনা নিংতম্ল। ফংবগী সিলভর জুবীলী পাংথোকখি। সিলভর জুবীলী অদুদা পাংথোকখিবা থৌরমশিং--

**ওল ইণ্ডিয়া কংগ্রেস কমিটিনা নীংতম্বা ভারতকী সিলভর জুবীলী চহিদা পাঙথোক্কদবা থৌরম পরেং (ইংশোক ১৯৭২)**

| | |
|---|---|
| আগষ্ট - ৯ দগী ১৫ | সিলভর জুবীলী অহৌবা চয়োল। |
| আগষ্ট - ৯ | নহারোলশিংগী নুমিৎ (Youth Day) -নুমিৎ অসি পালন তৌবদা ভারতকী ওইনা দিল্লীদা, ষ্টেট ষ্টেটকী, ডিষ্ট্রিক্টশিংগী অমসুং ব্লোকশিংগী মকওইবা মফমশিংদা নহারোলশিংগী রেলী চৎকনি। |
| আগষ্ট - ১০ | ডিষ্ট্রিক্ট অমসুং ব্লোক এরিয়াদা লৈবা নীংতম আন্দোলনদা অৱাবা তাখিবা মশক নাইরবা মীওইশিংগী (ফ্রিদম ফাইটরশিংগী) মরমদা মরি-মখোং থিবা হৌবা অদুগা মখোয়গী পুন্সিগী অশন্না রারোল ইবা হৌবা। |

| | |
|---|---|
| আগষ্ট - ১১ | মহিলাশিংগী নুমিৎ (Women's Day) |
| আগষ্ট - ১২ | (ক) কলচরেল প্রোগ্রাম<br>(খ) নীংতম আন্দোলন্দা শক্লখিবা ঈশৈশিং ইবিখিবশিং অদুবু ইকাই খুম্নবা উৎপা। খুদম ওইনা - "ঝন্দা উচা রহে হমারা" গুম্না ঈশৈশিং।<br>খঙজিনবিগদবা - মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক্ট অমসুং ব্লোক কংগ্রেস কমিটিশিংনা মাগী-মাগী মবোলদা (Regional Language) ইবা শৈরেং অমসুং শক্লখিবশিংদু খোর্মজিল্লগা কংগ্রেস ভবন ইম্ফালদা পীবিরকউ। শৈবেংশিং পুল্লপ্পা এ আই সি সিদা থাখিনবনি। |
| আগষ্ট ১৩ দগী ১৪ | নীংতম লানফমগী থৌদোক কয়াগী মরমদা সেমিনার, সিম্পোজিয়ম তৌবা। |
| আগষ্ট ১৪ (নুমিদাং) | মৈরা পাযদুনা প্রোসেসন চৎপা, পব্লিক মিটিং তৌবা। জুবীলী অসি মীযামদা লাওথোকপা। এ আই আরদা লাওথোক্লবা শিন্দোকপা। |
| আগষ্ট ১৫ | সহিদাশিংবু (ফ্রিদম ফাইটরশিংবু) ইকাই খুম্নবা উৎননবগীদমক সভব অমসুং ডিষ্ট্রিক্ট হেড ক্বার্টরশিংদা কংগ্রেস কর্মীশিংনা শীন্দুনা মীযামগী অপুনবা মীটিং তৌবা।<br>খঙবীগদব :- থৌরম অসিগা চানবা পোষ্টর, পামপ্লেৎনচিংবা পোৎলম কযামুক মীয়ামদা য়েন্থোক্লবা অমসুং মফম চানা চাবদা ফজনা থেৎনবা মখাদা উৎলিবা পোৎশিং অসি মতম চানা পীবক্কনি।<br>(ক) পোষ্টব কয়ামুক ওল ইণ্ডিযা কংগ্রেস কমিটিনা প্রদেশ, ডিষ্ট্রিক্ট অমসুং ব্লোক কংগ্রেস কমিটিশিংদা পীবক্কনি।<br>(খ) "কংগ্রেস কর্মীশিংগী মাংদ লৈরিবা থৌরম অমসুং থৌদাং" হায়বসিদা কংগ্রেস সভাপতি অমসুং প্রধান মন্ত্রিনা পীবা পাওজেল।<br>(গ) লেঙ্গু াবিফোমগী পামপ্লেটবিফোর্ম অসিগী মরমদা কাংগ্রেসকী |

ঐতিহাসিক সমালোচনা, থৌরম অসিদা ষ্টেট ষ্টেটশিংনা চৎথনখিবা থবক অদুগী ফল করি করি ওইরবগে হায়বদু খন্নবা, কংগ্রেস কর্ম্মীশিংনা ময়েক শেংনা থৌরম অসি পায়খৎপদা খঙবীফম থোকপা ৱারোল খরা-অৱাৎপা অমসুং খুদোংথিবা লৈবশিংদু মুন্না খঙবীহৌনবা।

(ঘ) ভারত সরকারনা পীরকপা ৱাশক চেশিং পাঙথোকপা।

সেপ্তেম্বর ১১ — লেণ্ড রিফোর্ম পালন নুমিৎ-বিষয় অসিদা সেমিনার অমসুং সিম্পোসিয়া তৌবা। হিরম অসিদা ওল ইণ্ডিয়া কংগ্রেস কমিটিনা শেম্না বুকলেট অমসুং পামপ্লেট য়েন্থোকপা।

ওক্টোবর ২ দগী ৯ — "শোক্ল-পন্নবা যাদবা"-হায়রা লায়না অসি মুৎথনবগী থৌরমশিং পাংথোকপা। ৱাৎত-পাদবা অমসুং ইশা-ইশানা থোকহঞ্জনা পোৎ শীজিন্নবা। লু-হেনবগী থবক অমসুং হরিজন সম্মেলন।

**খঙবীগদবা :-** প্রোগ্রাম অসি পাঙথোকপগী লোয়ননা গান্ধীজীনা তাকপিরম্বা ৱারোল কয়া যাওবরা লাইরিকশিংদু য়েন্থোকবা শীনগনি।

নবেম্বর ১৪ দগী ১৯ — অঙাংগী নুমিৎ পালন তৌবা। নুমিৎশিং অসিদা সোসিয়েলিজম অমসুং ইণ্ডিয়াগী ফোরেন পোলিসিগী মবমদা খন্নবা সেমিনার তৌবা

নবেম্বর ১৯ — "ইণ্ডিয়া জয়ন্তী ডে" - নুমিৎ অসিদা নাংতম লানফমগী সভিদশিংদু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা মীয়ামগা রেলী চৎকনি। রেলী চৎকদবা মফমশিংদি- ভারতকী রাজধানী, প্রদেশকী মরু ওইবা সহরশিং।

ডিসেম্বর ৩-১৭ — (ক) ভারতকী লান্মীশিংগী মরক্তা থৌনা ফনবা মীওইশিং অমসুং লানফমদা ইরৈবাক্কীদমক মথবাই কৎথোকখিবশিংগী মফমদা শদ্ধাঞ্জলী কৎপা।

(খ) নেসনেল সোলিডিযারিটি ডে পালন তৌবা।

(গ) মিটিং কয়ামুক তৌগনি। মিটিংশিং অদুদা ভারত-বাংলা দেশকী মরূপ ওইবা অদুগা ভারতকা অতোপ্পা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা নুংশিননা অদু খন্না-নৈনগনি।

| | |
|---|---|
| ডিসেম্বর ২৪-৩০ | ওল ইণ্ডিয়া কংগ্রেসকী প্লেনরী সেসন। |
| ডিসেম্বর ৩১ | কংগ্রেস সেবাদল ডে। |

## ইংশোক ১৯৭৩

| | |
|---|---|
| জানুয়ারী ২৩ | (ক) নেতাজী সুভাসচন্দ্রবসু ডে। নুমিৎ অসিদা লৈবাক অসিগী মফম কয়া-কয়াদা নেতাজীগী নুমিৎ পালন তৌগনি।<br>(খ) আই এম এগী অথৌবশিংবু ঈকাই খুম্নবা। |
| জানুয়ারী ২৪ দগী ২৯ | রিপব্লিক ডে পালন তৌবা চয়োল। চয়োল অসিদা মখাগী থৌরমশিং অসি পাংথোক্কনি -<br>(ক) এশিয়া-আফ্রিকা অমসুং লেটিন আমেরিকাগা লৈনবা মবী খন্ন-নৈনবা।<br>(খ) গনতন্ত্র অমসুং ধর্ম্মদা মীচং-মীখায় নাযদবদগী মবমদা সেমিনার তৌবা।<br>(গ) মিউজিক কনফরেন্স (যন্ত্র অমসুং কোক সোং য়াওনা) কয়া সরকারনা শিন্দুনা পাংথোকপা।<br>(ঘ) সিলভর জুবিলীগী উপলক্ষগা মরি লৈননবা স্বরাজ আন্দোলনগী মবাদা ফোঙবা অহানবা চেকোঙ যেন্থোকপা। |
| [illegible] ১২ | দান্দিগী খোংচং নুমিৎ ডিষ্ট্রিক্ট, ব্লোক অমসুং পঞ্চায়েট তেদ কাটবশিংদা কংগ্রেস কর্ম্মীশিংনা লৈবাক শিন্থংনা পদ যাত্রা। |
| মার্চ ২৩ | ভগত সিংহগী নুমিৎ - রাজধানীদা, ষ্টেট অমসুং ডিষ্ট্রিক্ট তেদ কাটবশিংদা হৌজিক হিংদুনা লৈরিবা অকন-অথৌশিং অমসুং লৈখিদ্রবা মতৈবাক নিংবাশিংগী মবমদা ইকাই খুম্নবা উৎপা। |
| মে ১ | কর্ম্মীশিংগী নুমিৎ - প্রোসেসন, রেল্লী অমসুং মীযামগী মিটিং। |
| মে ৮ | ভারতকী রাজধানীদা অখন্নবা মীওইশিংগী মবমদা মাগী ২ লমগী লো[illegible] দা [illegible]নকরেন্স তৌবা ওম্লবদি ষ্টেটশিংগী কেপিটেলদসু পাঙথোকপা। |
| [illegible] | [illegible] ৯৪২ দা কংগ্রে[illegible] বার্কিং কমিটিনা "কুইট ইণ্ডিয়া রিজোলুসন" [illegible]বগী পালন। লৌমী শিন্মীশিংনা নিং তম্নবা হোৎনবগী লানকমদা শান্নখিবা [illegible]ল য়াম্লবা লাল লোং অমসুং স্বরাজ ফংলকপদগী তৌনা |

হৌজিক ফাওবদা লৈবাক অসিগী শেমগৎ-শাগৎনবা হোৎনবদা লৌরিবা থৌদাংশিং অসিগী মরমদা খন্ন-নৈননবা, লৌমী-শিন্মীশিংগী মিটিং তৌবা।

আগষ্ট ১ — টিলক নুমিৎ - স্বরাজগী আন্দোলন্দা জাতিগী লমজীংবশিংবু ইকাই খুম্নবা ওইনা সেমিনার অমসুং কনফরেন্স পাঙথোকপা।

আগষ্ট ৯-১৫ — (ক) সিলভর জুবীলীগী পালন চহি মপুং ফারকগী চেফোং পুথোকপা।

(খ) ভারত স্ববাজ ফংলকপা চহি কুনমঙা শুরকপগী মবমদা সেমিনার অমসুং কনফরেন্স-ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী থৌদাং।

রাবমশিং অসি ঐনা কবীগীদমক মতাং অসিদা ঐগী খোমগৎলীবা শরুকশিংদা য়াওহল্লীবনো হাযবদা কংগ্রেস দলনা অঙনবা শরুক্তগী হৌদুনা লমদম অসিগী চাওখৎ থৌবাংদা মায ওনশিন্দুনা লাকলী। চিনগা থবক্কা মান্নদুনা মীয়ামগী সাইফনবা তৌদুনা লাকলী অদুগা বীরোধী দলশিংনা কংগ্রেসনা তৌরীবসি সমালোচনা তৌদুনা লৈবনা মথৌদাং ওইরী।

## ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী ওইবা মখল মখা কয়াগী সদস্যা কয়া লৈ, লৈরিবা মওংশিং অদু অসুম্না খ্বায়দোকপা য়াই।

All India Congress Committee অসিগী খ্বায়দগী থাক ৱাংবা কমীতী অসি Working Committee অসিনি। মতম অসিদা Working President হায়বা ফম অমা AICC দা লৈরমই অদুবু মদু হৌজিক্তী লৈখিদ্রে। AICC গী মখাদা Pradesh নত্রগা Teritorial Congress Committee লৈগনী।

North Estern Zone দদি Regional Congress Committee অমা কনভেন্সন ওইনা লৈরে।

Pradesh নত্রগা Teritorial কমীতীশিং অসিগী মখাদা District Congress Committee লৈগনী। মাগী-মাগী State/Taritory গী মতুং ইন্না AICC না District Congress Committee অমদি Block Congress Committee অসিগী মশিং লেপ্পী।

Manipur State অসিগী ওইনা হৌজিক্কী ওইবা ফীবমদা হাযরগদি Political District অসি ১৪ নি অদুগা Block Congress Committee না ৬০ নী।

Pradesh Congress Committee গী মখাদা Frontal অমদি হান্নদি Cell হায়রমই অদুগা হৌজীক্সা Department হায়না তোঙান-তোঙানবা সস্যা কয়া লৈ। মদুগী মনুংদা

**Frontal :-** (1) Youth Congress
(2) Mahila Congress
(3) NSUI (National Students Union of India)
(4) Congress Seval Dal
(5) INTUC (Indian National Trade Union Congress)

হায়রিবা অসিনি। হায়বীবা Frontal শিং অসিগী Function তোঙানলী অমদি মশা-মশাগী ওইবা সংবীধান লৈরগসু Congress Party গী Boundary ৱাংমদদি লৈবা য়ারোই।

**(1) Youth Congress :-** চহি ১৮ শুরবা অদুগা মশাগী চহি ৩৫ দগী হেন্দ্রীবা ভারতকী নাগরীক অমনা য়ুথ কংগ্রেসতা য়াওবা য়াগনী। সমাজ অসিদা য়েংনরীবা নহারোলশিংগী সমস্য কয়া নৈনবতা নৎতনা কংগ্রেস দলনা ভারতকী লাইরীক-লাইশু হৈরবা অমদি তোঙান-তোঙানবা থাক্তা লৈরিবা নহা ওইরিবা কয়াগীদমক পায়খৎলী। যোজনা কয়া অসি খংমীন্নবা অমসুং প্রচাব তৌবগী থৌদাং লৌবনী।

মতম অমদদি য়ুথ কংগ্রেস অসি হৌগৎলকপদা President হায়বা ফাম অসি হায়নরমদে। State কী থাক্তা Convenor হায়বসিনা মকোক ওইনা পুদুনা লৈরমই। অদুবু হৌজীক্তী Convenor

গী মহুৎতা President হায়বা ৱাহৈ অসিনা শিল্লে। ইং ১৯৫২ দা AICC না Youth Wing অসি ইষ্টাব্লীস তৌখিবগী ৱারোল লৈ। মতম অমদদি য়ুথ কংগ্রেসতা Anti-Dowry Cell, Young Women Cell অমদি Greivances Cell নচিংবসু লৈরমই। অদুবু হৌজীক্কী মদু লৈখিদ্রে। অদুবু ১৯৫৭ দগীদি মপুং ফাবা Congress Party গী Frontal Organisation ওইনা লৈবে। মতমদুদা Youth কী মেম্বর ২,৫০,০০ মীং চনখি। অদুগা Youth Organisation কৌবা চেফোং অমসু ফোংখি।

**(2) Mahila Congress :-** State গী থাক্তা Pradesh Level Mahila Congress লৈরে। All India Mahila Congress কী ওইনা প্রসিডেন্ট কয়া মকম লৈখ্রবসু মণিপুরগী ওইনদি মশিং য়ামদ্রী হায়বা য়াই। অদুবু মণিপুরগী ওইনদি রাজকুমারী মুত্রাসনা অমসুং ৱাহেংবম জয়মতী শিংথাবা য়াই। নুপীশিংগী ওইবা সমস্য কয়া খন্না নৈনবদা নৎতনা থবক ওইনা নুপী ওইবীশিংগী পাংথোক্লবা হোৎনবনী।

মণিপুরগী ওইবা নুপিগী শক্তি অমদি ভারতকী ওইবা নুপীগী অধিকার অমসুং রাজনিতিদা ঐখোয়না শুপ্পা য়েংবা য়াই অসুম্না- ভারতনা ইং ১৯৪৭ কী আগষ্ট থাদা নিংথা তম্বা ফংলবা মতুংদা ইং ১৯৫০ দা ভারতকী গন্নতন্ত্রীক ওইবা সংবীধান লৈখি। ধর্ম্ম পুন্নমপু মান্নবা মীৎযেংনা য়েংবা হায়বা কংগ্রেস দলগী চৎনবী অসিগী মীৎয়েংখাদা নুপা অমদি নুপীগী থেৎনবা লৈতনবা মীৎযেং অমা কংগ্রেস দলনা য়েংবা হৌরকখি। নুপীশিংবু য়াম্না খুবা মীৎযেং অমনা যেংদুনা যুমগী থবক ইঙ্খাং শুনবগী থাক্তা অশুস্মাক লৈবসি কংগ্রেস দলনা য়ানিংদে অদুনা মরম ওইরগা লৈবাক্কী ৱায়েল থৌদাদা য়াওহন্নবা ৱাফম খন্না নৈনদুন্না রাজ শক্তিগী খুদোং চাবা পীনবা হোৎনরকলী। ভারত সংবীধান্না পিরিবা Right to equality হাযবা ৱাফমসিনা জেন্দব অনিগী অধিকার মান্নহল্লী। ৱাফম অসি সংবীধান্দা ইদুনা লৈরগশু কষ্টমরী লো অমা ওইনা ভারতকী মফম কয়াদদি ইমুং খরাদদি নুপীশিং অসিগী ফীবমসি য়াম্না হন্থবা মওংদা লৈবগী মওং উদবদি নত্তে। অদুবু ইতিহাস অমদি লৈতবা য়াদবনা নুপীগী য়াওন অসি ভারতকী ওইনদি ইং ১৯৯০ দা ইহান হান্না কলকাত্তাগী কংগ্রেস সেসন্দা নুপী ডিলিগেৎ য়াওখি। মতমদুগী Mrs Annei Besant গী হোম রুল মুভমেন্ট অদুদা ইং ১৯১৭ নুপীশিংনা মশাগী অহানবা রাজনীতিক দাবী তৌখি "Women to be recognised as people".

ইং ১৯১৯ দা Mrs. Annei Basant অমদি সোরোজিনি নাইডুনা লুচিংদুনা South Borough Commission দা ডিলিগেৎ ওইনা ভাবতকী নুপীশিংগী শক্তম তাকখি। চহি অসিমক্তদা নুপীশিং

ডিলিগেসন টিম অমা লন্দনদা চত্তুনা ভারত সবকারগী বিলগী মতাংদা Joint Parliamentary Committee দা চংবা য়াদ্রগশু Bill দু শৌগৎপগী শরুক ওইরুখি। ইং ১৯২৬ তা Indian Provincial legislature গী মখাদা Kamla Devi Chattopadhya অমসুং Haman Angelo না Madras দা মীখল থেংনখি। নুপীবুশু নোমিনেৎ তৌদুনা Dr. Mathulakshmi Reddy না ইহান হানবা Madras গী Provincial Legislative তা য়াওখি। মতমদুদা নুপীশিংবু ভোৎটিং রাইত পীগদবনি হায়বা ৱাফম Simon Commission দা পুখৎলকখি। অদুবু কম্মিসন অদুনা যাবা ঙমখিদে। ইং ১৯২৯ দা অহানবা Round table conference তা All India Women Conference কী দাবীদা মতমদু সবকারনা Radhabhari অমদি Begum Shah Nawas বু ডিলিগেৎ ওইনা খনখি। তুংদা ইং ১৯৩০ দা অনিশুবা Round Table conference অদুদা Sorojini Naidu না লুচিংবা মীওই ৮ না মেমোবেন্দম ড্রাফ তৌদুনা নুপীগী সিট থাকুবা অমদি বোট ওফ তৌনবা দাবী তৌখি। অসুম্না থাংখাং কয়া যানরক্তবদগী কায়নথাংদা ৱাফম খরদি যাবকখি মদুদি লাইরিক হৈবী অমদি লুহোংলবী নুপী চহি ২১ শুরবী নুপীশিং ভোৎ থাদনা থাখি। অদুবু মতমগী খোংলোই মতুং ইন্না ভারতনা নিংতম্লবা মতুংদগীদি নুপীগী সমস্য অসি খরম খোঁদ ফগৎলকলে। গন্নতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী অধিকার অদু ভাবতকী নুপীশিংগীশু যাওবে। নুপা নুপীগী অধিকার মান্নবকপা হায়বসিদা রাজনীতী দল কযাগী মৎ খেন্নবা লৈখিদবা নত্তে। অদুবু ভারত জাতিয় কংগ্রেসকীদি ৱাফম অসিদা মশাগী চপ চাবা কীবেপ লৈখি। হৌজিক হৌজিকশু গ্রাম সভা/বার্ড সভা কয়াদা নুপীশিংনা শরুক য়াবগী ফিবম থম্মোয় শোক্লাংঙাই অদুম ওইদবদি নত্তে। অদুনা ইং ১৯৯৬ তা ৮১ শুবা এমেমেন্ট বিল অদুনা নুপীশিংবু চাদা ৩৩% গী চাংদা লোক সভা অমদি বীধান সভাদা সিৎ থম্নবা পুখৎলকপা বীরোধী দলশিংগী চয়েৎনবা কযা লৈবনা হৌজিকফাওবগীদি মং অদু মংফাওন্দ্রী।

অদুমকপু নগর পঞ্চায়েৎ অমদি ম্যুনিসিপাল কাওনসিলদা নুপীশিংগী সিৎ তোঙান্না থমদুনা মশানা মশাবু কঞ্জনবগী থাক ফাওবদি ঙসি ফংলে। মসি কংগ্রেস দলনা হোৎনজমলগী মহৈনী। চুম্নগী নুপীনা ভোৎ লেপ্পা অমদি কাবগী থবক্তগী হেন্দোক্তুনা নুপীনা চিয়ারপার্সন ওইবগী হক ঙসিদি ফংলে। মণিপুরদসু লৈখীদ্রবী রা:কু: মুখ্যসনা নোমীনী এম এল এ ওইখি মতম অমদা।

অদুমকপু নুপীশিংদা ওৎ-নৈবা কয়াগী ৱাফম লৈতবদি নত্তে। ভারত সংবীধানগ এক্টশিংনা ঙাকথোক্লা নুপীগী হক খোংগাওনবা তোকপা লৈত্রি। মালেমগী নুপী কয়ানা নুপীদা ওৎ-নৈবা তোক্লবা ৱাফম কয়া থমলকলী। মণিপুরদদি নুপীশিংগী ইকাই খুম্নবা ফজনা ফংলী হায়বগশু

ইশানা ইশাবু চিংথজবগী ফিবম কয়া উদবদি নত্তে। মসি ঐখোয় পুম্বনা চেকশিনবা অমদি শেমদোকমীন্নবগী হক লৈ। ইতিহাসকা শাগোন্নরবা নুপী- লাল ইকাই খুম্নগদবনী। ঙসিশু সমাজ সংস্কার ওইনা লৈরিবা মৈরা পায়বী কয়াগী লিংজেল থৌনা ঐখোয়না ইজ্জৎকী মীৎয়েংগা লোয়ননা থম্বা দরকার লৈরী। মালেমসিদা থেংনরীবা অৱাবা নুংঙাইবা কয়াদা নুপীশিংগী দায়ত্ব য়াম্না চাওই। নুপীগী ইজ্জৎ নুপাতনা কনগদবনি হায়বা ৱাফমসি নাথৈরগা নুপীগী ইজ্জৎতি নুপীনা কনগদবনি হায়বা ৱাফমসি ঐখোয় চৎসি। নুপীদা নুপানা ওৎপদগীদি নুপীদা নুপীনা ওৎপনা চাং ৱাংলী। মণিপুরদসু মঙাই মনেম্না মমৌ ওৎপা, মমৌনা মনেম মচল ওৎপা কয়া লৈরী। অউনপোৎকীদমক মমৌ হাৎপগী ৱায়েল কয়া চৎথবা ঙমদনা লৈবসু য়াওরীবনী। অসিগুম্বা কয়াসি মহিলা কংগ্রেসনা সমাজ সংস্কাব তৌবা দবকার লৈরে। Mahila Congress অসিবু ১৯৫৭ দগীদি AICC গী মপুং ফাবা Frontal ওইখি। ১৯৪০ দা Women Department হায়দুনা লৈরম্বা ১৯৫৩ দা Working Committee না Recomend তৌদুনা AICC গী "Women Wing" লিংনবা পান্দম থমখি। "Women on the March" হায়বা চেফোংসু ফোংখি।

**(3) National Student Union of India (NSUI) :-** অহানবা ছাত্র পরিষদ হায়রম্বদগী কোন্না National Student Union of India (Manipur) হায়না State অসিদা AICC গী Instruction মতুং ইন্না হংদোকখি। ইং ১৯৭৫-৭৭ ফাওবদি NSUI গী Wing অসি য়াম্না শক্তি লৈনা রাজ্য অসিদা থবক তৌখি। মতম অমদা মণিপুরদা লৈরম্না ছাত্র সংস্থানশিংগী মনুংদা য়াম্ন া চাওবা সংস্থান অমা ওইরমই। অদুবু হৌজিক মখল মখা অয়াম্বগী ওইবা ছাত্রগী সংস্থান কয়াসু লৈরকপনা বজনীতীগী কাংলোন য়াওবা সংস্থান অমা ওইনা সমাজ অসিনা লৌবীবদগী ওর্গানাইজ তৌবদা অপনবা খরদি লৈরে। অদুম ওইনম সংস্থান অসিনা মণিপুব বাজ্য অসিগী ছাত্র খুন্নাইগী যাইফনবা থবক তৌবদি লেপত্রী হায়বা য়াই। মখল মখা অযাম্বগী ওইনা খুন্নাই অসিদা থেংনরীবা ছাত্রশিংগী অফবা হিরম কয়াদা য়াওশিন্নবা হোৎনবা লেপত্রি।

**(4) Congress Seva Dal :-** ইং ১৯২৩ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ১৬ তা "রাষ্ট্রীয় সেবা মন্দল" শেমলবা মতুংদা চহি অসিমক্কী ডিসেম্বর ২৫ অমদি ২৬ তা মীফম অমা ফম্লবা মতুংদা "হিন্দুস্থানী সেবাদল" হাযনা ওন্থোকতুনা Congress Working Committee গী মখাদা থবক তৌবা হৌখী। মরু ওইনা Belgium Session গী Dr. Hardikar না All India Hindusthani Sevadal গী J O C ওইরম্বা মতমদা Hidusthani Seval Dal অসি Congress কী য়াম্না নকশিন্নবা তৎনা থানবা য়াদ্রবা Decipline Force অমা ওইবা হৌরকলে। মতমদুদগী হৌদুনা ঙসিদি Seva

Dal অসি Congress Party গী য়াম্না মরু ওইবা Frontal অমা ওইরে। লোয়না-লোয়ননা কৎথোকপনা মাং থাদুনা Congress Seva Dal না Congress Party গীদমক অমসুং লৈবাক্কীদমক কৎথোকতুনা লাকলী। ১৯৫৭ AICC গী মপুং ফাবা Frontal ওইদুনা ৬০,০০০ মেম্বর থমখি অমদি Dal Pratika হায়বা চেফোং অমসু ফোংলমই। কংগ্রেস সেবা দল AICC না ইং ১৯২০ দগী কংগ্রেস পার্টিগী ভোলুন্টীয়ার অমা লিংখৎনবা খন্না-নৈনবা হৌখি। ইং ১৯২৩ দা Hindusthani Sevadal হায়দুনা মীং থোললগা নেহরুনা প্রসিডেন্ট ওইনা শেমখি। ইং ১৯২৮ দা থাগী অরোইবা নোংমাইজিং খুদিংগী অয়ুক পুং ৮ দা Flag Salutation তৌবগী ৱারেপ লৌখি। ইং ১৯৩১ দা ইহান হান্না All India Officer Training Camp পাংথোকখি।

চহি অসিগী July থাদা Hindusthani Seva Dal অসি Congress Party গী Centre Voluntary Organisation নি হায়না শকখংখী। Pt. Nehru না Member-in-charge অদুগা Dr Hadikar না Organisation Secretary ওইখি।

**(5) Indian National Trade Union Congress (INTUC) :-** অসি অহানবদদি Frontal অমা ওইনা লৈরমদ্রগসু হৌজিক্কী INTUC অসি Congress Party গী Frontal বীভাগ অমা ওইরে। মরু ওইনা ভারত শীনমীনা মশিং য়াম্বা লৈবাক্কী। মরকসিদা Labour Class কী মীওইশিংবু শেঞ্জাও পায়বশিংনা নম্বনবা হোৎনবকপা অমসুং মখোয়বু ওৎপা-নৈবা কয়াসিদগী কন্নবা INTUC না কন্না হোৎনরী। সরকারগী বীভাগ য়াওনা লন্নাই INTUC শিংদা থবক শুরগা খুৎশুমল কয়া অদুনা হিংলীবশিংগী যাইফনবা অমসুং মখোয়বু হেন্না ফগৎপা পুন্সি মরেল অমদা লাকনবা INTUC হোৎনরী।

AICC গী থাক্তা হৌজিক হৌজিক লৈরিবা Department অমসুং Cell শিং অদুদি

| | | | |
|---|---|---|---|
| 1 | Ex-Servicemen Department | 2. | Foreign Affairs Department |
| 3 | Grievance Cell | 4. | Kishan Khet Mazdoor Congress |
| 5. | Legal & Human Right Department | 6. | Media Department |
| 7 | Minority Department | 8. | Other Backward Class Department (OBC) |
| 9 | Research & Reference Department | 10. | S C Department |
| 11 | Panchayati Raj Sangarthan | 12 | Vichar Vibhag |

অসিনাচিংবনি। অদুবু রাজ্য রাজ্যগী PCC শিংনা দবকার লৈবা Cell নত্রগা Department হাংবগী খুদোংচাবদু AICC না ইঙ্গিৎ পিদবদি নত্তে।

হায়রীবা কংগ্রেস দলগী Frontal অমসুং Cell শিং Department শিং মশা-মশাগী ওইবা চৎনা পথাপ লৈরগসু Congress Party গী Rule & Regulation Violet তৌবা সুকয়া য়াদে হায়বসি Frontal অমসুং Cell শিং Department কী মরু ওইবা মেম্বরশিংনা খংবা দরকার লৈ। Pradesh Congress Committee সু Frontal অমসুং Cell শিং Department শিংদা মাগী মাগী মথৌ নিংথিনা Congress কী চৎনা পথাপ মনুংদা থবক তৌনাবা হোৎনবা তায়। PCC না ফ্রন্টল হায়দুনা তুম্মীনা য়েংদুনা লৈবা য়ারকত্রবা মতমনী।

1. ***Ex-Servicemen Department :*** My. Kipgen অমদি সু য়াম্না কন্না থৌদাং লৌবীরমই। হৌজীক্কী Cell অসি পুবীনবা মীওই চোংথোকরকত্রী। অদুনা Freedom Fighter দা মোইরাংদগী ঐস. নিলামানিনা অচৌবা দাযত্ব লৌদুনা থৌদাং কয়া লৌরমই।
2. ***Foreign Affairs Department:*** মসিদি মণিপুর বাজ্যদা চৎন্দ্রী।
3. ***Greevance Cell:*** মরু ওইনা কর্মী অমসুং লৈবাক প্রজাশিংগী অবা-অনা য়েংশিনবনী।
4. ***Kishan Khet Mazdoor Congress:*** মতম অমদা NDA সরকারনা ভারতা লৈরিবৈদা লৌমী কয়াদা তোল্লীবা শেনফম থৌজিল্লুবদগী UP, Bihar, Orisa, Hydrabad অমাদ অতৈ মফম কয়াদা লৈরীবা লাইববা লৌমী কযানা লোন শিংবা ভমদবনা মরম ওইরগা অত্মঘাট তৌদুনা শিখি। রাফম অসি UPA সরকারনা মুন্না খল্লে হায়রগা লাইববা লৌমী কয়াগী য়েংলগা অককনবা চাং অমা লেপতুনা লৌমীদা তোনবা শেনফম কোর্কাপিখি। মণিপুর রাজ্যগী লৌমী কয়াসু কান্নবা অসি ফংদবা নত্তে। লোন কোকপা হাযবা বাফম অসিগী মথক্তা অপিকপা শেন্দোযদা লোন অমুক পিথবা হৌখি। মতম অমদা Kishan Cell হায়নরম্বা হৌজীক্কা Kishan Khet Majdoor হায়বা Department অসিনা লৌমী কয়াগী অৱাবদা তেংবাংবা মখোযগীদমক যাইফ থৌরাং য়াৎপনী। কংগ্রেস দল লাইরবা লৌমীগী দলনী, ইনাক খুনবা জামীন্দারী খুজোক খরগী মখুত্তা অৱাবা তারীবা লৌমীশিংবু কনবনী। মসি খংনা Kishan Khet Majdoor গী লুচিংবশিংনসু থবক থৌরম য়াৎপা চুমগনী, Kishan Khet Majdoor য়াওরগা ভোৎ লেপ্পগী ভোৎ অশা থাদোকপা চুমগনী। মতম অমগী Kishan Cell হায়রীঙৈগী লুচিংবা হরিনাম শর্ম্মা কাওবা চুমলোই।
5. ***Legal & Human Right Department:*** মীপুম তিংনা আইনগী তেংবাং অমসুং মীওইবগী অধিকারগী মরমদা য়েংশিনবনী।
6. ***Media Department:*** দলগী রোলশিং মেডিয়াগী খুৎথাংদা মীপুম খুদিংদা খংহন্নবা তৌবা সখ্য অমনি।

7. ***Minority Department:*** **Minority** গীদমক National for Minority Educational Instiuue (NCMEI) লৈহন্দুনা Minority প্রজাশিংনা অপাম্বা মওংদা শীক্ষাগী লমদা চৎথনবা অমদি অপাম্বা ইউনিভবসিটিদা এফেলিএসন তৌজনবগী খুদোংচাবা পীরী।

Minority শিংগীদমক হীরম ১৫ গী চাউখৎ থৌরাংগী মথক্তা National Minorities Development Finance Co-operation (NMDFC) মপাঙ্গল লৈহন্দুনা প্রজাশিংদা শেন্থং কয়া পীথরী।

Haj চৎপা মীওই কয়া খুদোংচাবা পীদুনা ইকাই খুম্নরী। মণিপুরদসু Minority & OBC গী বীভাগ লৈদুনা Minority অমসুং OBC প্রজা কয়াদা লাইরবা কোক্লরী। হৌজীক্তী Minority কম্মীসন লিংখৎতুনা থোয়না হেন্না খুদোংচাবা ফংলনি। মসি পুম্নমক কংগ্রেস পারতিনা Minority প্রজাশিংদা তমজবা খুদোলনি।

8. ***Other Backward Class Department (OBC) :*** OBC গী থাক্তা লৈবীবা মীওইশিংবু শৌগৎতুনা অৱাৎ অপা

9. ***Research & Reference Department:*** State অসিদা লৈত্রী।

10. ***S.C. Department:*** ভাবত্তা লৈরিবা SC/ST নচিংবা Weaker Section কয়াবু ঙাক শেন্নবা থৌরাং কয়া মপুং ফানা লৈবে।

SC/ST গী অঙাংশিংবু মহৈ মশিং তম্বগী খুদোংচাবা পীনবা হোৎনবদা মখোয়গীদমক বির্জাবেসন Education Institution শিংদা থমলী। মদুদা নত্তনা থবক পীনবা হোৎনবদসু বীভাগ কয়াদা রীর্জাবেসনগী চাং ৱাংনা থমলী।

মক ওইনা চিংগী লমদা তাবিবা SC/ST প্রজাশিংগী খুঞ্জা অমগা খুঞ্জা অমগা লম্বেল ফাওনবগী থৌবাং থমলে। থৌবাং অসিদা SC/ST প্রজাশিংগা অতোপ্পা খুঙ্গং কয়াগা কম্মুনীকেসন হেন্না ফগৎলগনী হাযবা মযেক শেংলে।

রাজ্য অসিদা SC/ST গী বীভাগ লৈদুনা SC/ST গী প্রজাশিংদা পাংবা য়াবা তেংবাং পীরী। মসিগী মথক্তা SC/ST গী মীওইনা গন্নতন্ত্রীক অধিকার মযেক শেংনা ফংনবা SC/ST গী ওইবা তোপ-তোপ্পা কেন্দ্র লৈহন্দুনা ভোৎ লেপ্পগী খুদোংচাবা ফংলী। ভারত সরকাবন অসুম্ন SC/ST গী প্রজাশিংবু চাওখৎহন্নবা হোৎনবদা পাযখৎলীবা থৌবাং NREG Programme C দোকপদা মণিপুরগী জিল্লা Tamenglong য়াওবীবকপা কংগ্রেস দলগী খুদোংলনি।

মসিদা নত্তনা কংগ্রেস দলনা Minority, OBC, SC/ST প্রজাশিংদা মতম অমদি মফমগা চান্নবা খুদোং চাবা কয়া অমসু পীনবা হোৎনজরীবনি। চিংগী লমদা ST ছাত্রশিংগীদমক্তা SC/Ashram School লিংখৎলী, অনৌবা মতমগা চুনবা শিক্ষাগী মঙাল ফংনবা থৌরাং য়াৎলী।

মসিবু কংগ্রেস দলনা Minority, OBC, SC/ST প্রজাশিংদা নুংশি মীৎয়েং চংদে হায়খিগদ্র? মসি পুন্নমক অসি কংগ্রেস কর্ম্মী পুন্নমক্না প্রজাশিংদা খংহনবা দরকার ওইরে।

মসিদা নত্তনা অফবা ঈশিং পীথক্নবা, বীজলীগী মঙাল ফংহন্নবা, নুপী অমসুং অহল ওইরবশিংদা হিংনবা লমবেলদা তেংবাংনবা মখল মখা কয়াগী থৌরাং য়াৎলীবনি।

মসিগা লোয়ননা খুৎশেম্না নুমীৎতগী লৌবা মঙালনা মৈ থান্নবা স্কীম, শান্নখোৎনবগী মচাক -মথুম, সাইন্স এন্ড তেক্নোলোজীগী তেংবাং পোৎলম কয়া পীরীবশিং অসি ঐখোয়না প্রজা সেকসন খুদিংদা খংহনবা মথৌ তাবি।

মসিগীদমক কংগ্রেস কর্ম্মী খুদিংনা প্রজা খুদিমংকপু কংগ্রেসকী থৌরমগা লোয়ননা কোনশিনবা মথৌ তারী। মদু নত্রগদি কংগ্রেস পারতীনা অমদি কংগ্রেস সরকারনা তৌজবীবা থৌরাং কয়া অসি প্রজাশিংনা খংবা ব্রাৎপগী মথক্তা বীরোধী দলশিংনা লান্না শন্দোরকপা অসি ঐখোয়না থৌনা ফনা শেংদোকপা দরকার লৈবী।

11. ***Panchayati Raj Sangarthan:*** Panchayat কী মবমদা অচৌবা দায়ত্ব লৌবনী।

12. ***Vichar Vibhag:*** বীভগ অসিগী মরু ওইবা থৌদাংদি কংগ্রেস দলনা ঙসি ঙসি তৌরিবা থবকশিং ইথোক্তুনা মীয়ামদা খংহনবগী মথক্তা মীয়াম তিনফম অমদি কৈথেল কয়াদা বীভাগ অসিগী মীওই থাদোক্তুনা দলগী ওইবা ব্রাফম লাওথোকপনী। তশেংনমক হায়রগদি য়াম্না দায়ত্ব লৈবা বীভাগ অমনি, পারতীগী ফীরেপ মীয়ামবু ভার্ব তাহনবা অমসুং খংহনবা হায়বসি তরাই তরাইবা থবক নত্তে। All India Congress Committee দা Tom Vikadan না য়াম্না কন্না থবক তৌরমই। অদুগা মণিপুরদা ইং ১৯৮৫ দা Shri G. Chandrakumar Sharma মতুংদা Elangbam Dorendro Singh অমসুং Okram Muhindro না বীভাগ অসিগী থৌ পুবীরমই।

# ভারতনা নিংতম্লবা মতুংদা ওইরকখিবা শক্তমশিং

তশেংনা ভারতনা নিংতম্লবা মতুংদা ইন্দিরা গান্ধিনা প্রধান মন্ত্রি ওইরবা মতমদা ভারতবর্ষগী রাজনীতীগী চরাংনবা কয়া থোকখি। মতমদুদা Indira is India and India is Indira হায়বা রাফমসিমক হায়বা য়াই। মতমদুগী রাজনীতীগী কীবমনা মরম ওইরগা ভারতা Imergency চলাইখি। Imergency মতমদা অচৌবা দায়ত্ব লৌখীবা নহাপোল্লশিংগী মনুংদা Sanjoy Gandhi সু অমনী মগাক্কী পুন্সিগী চরিত্র খব নৈনবসু দবকার লৈ।

## সঞ্জয় গান্ধিগী শম্লপ্পা পুন্সি ৱারি

সঞ্জয় গান্ধি শক ১৯৪৬ ডিসেম্বর ১৪ তা শ্রীমতি গান্ধিগী ২ শুবা মচানপা ওইনা ডাঃ রাম মনোহর লোহিয়া হোসপিতাল, নাই দিল্লিদা পোকই। শিক্ষাগী লমদা ইগ্রান হানবা ওইনা নাই দিল্লিগী গৌবাস কে জি স্কুলদা লাইরিক তম্না হৌবকই। মফম অসিদা চহি ২ তমলল্লগা মসূরিগী বালহৌস স্কুল অমদি দেরাদুনদা লৈবা স্কুল অমদা মথং-মথং তমথখি। মতুংদা টেক্নিকেল তম্নবগীদমক ওা লন্দন্দা চৎতুনা রোলস রোইস প্লান্ট কৌবা টেক্নিকেল ইন্সটিট্যুটসন অমদা ওটোমোবাইল ইঞ্জিনিয়ারিং তমলুই। তম্বা লোযরগা ফার্ম অমদি ৱার্কশোপ লিংখৎনিংবগী আশাগা লোয়ননা শক ১৯৭০ দা দিল্লিগী গবগাও কৌবা মফম অমদা ৱার্কশোপ অমা লিংখৎলগা মারুটি কার প্রোজেক্ট অসি পুথোকখি।

## সঞ্জয়না রাজনিটিদা খোঙদারকপা

রাজনিটিগী লমদা অহানবা ওইনা সঞ্জয় গান্ধি শক ১৯৭১ গী লোক সভাগী মীখলদ দিল্লিদা কংগ্রেস দলগী পাব্লিসিটি, প্রোপেগন্দা কমীটিগী ইনচার্জ ওইনা থবক পুবা হৌদ্রি। শ্রীমতি গান্ধিনা লুচিংবা মতম অদুগী সরকার অদুনা জাতি অসি শেমগৎনবা, অতৈ চাওখৎপ্রবা লৈবাক কয়াগা চাংদম্নবা ঙম্নবা লৌখৎলকপা থবক থৌরম কযাদা বীরোধি দলশিংদগী অপনবা কয়া পীনবা হোৎনরকখি। বীবোধী লুচিংবা খরনা মখোয়-মখোয়গী ওইবা মীংচৎ শাগৎনবগীদমক্তা খুৎলাই থিবা হৌরক্লে। জাতি অসিগী অমদি লৈবাক অসিগী চাওখৎনবগী য়াংলেন শরু ওইরিবা লৌমী-শিন্মী কয়াবু লান্না লমজিংনবা হোৎনবদা নৎতনা ছাত্র সমাজদা লাইরিক লাইশু তমদুনা লৈগদবা ৱাখল অদু থৈদোকহনদুনা অন্দোলনগী ৱাখলরোমদা পুশিন্নবা হোৎনবকখি। মসিনা সমাজ অসি নে-তাবা পুন্সি ফংহন্দ্রে, চাওখৎপগী লম্বীদা অপনবা তৎতনা পীররে। অসিগুম্বা ফৎচিল্লকত্রবা ফিভমশিং অসি উরকপদগী সঞ্জয়না মদুবু চুমথোক্লনবা অমদি

লৈবাক অসিগী নহারোল কজয়াবু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংনবগীদমক্তা রাজনিতিগী মপুংফাবা খোঙথাংদা চংশিনবা হৌখি। মহাক্না করিগুম্বা ফম অমতগী মীহৌবা তৌদনা ইচম চম্বা যুঠ কংগ্রেস কর্মী ওইনা নহারোলশিংগী অপুনবা শক্তম থন্নবা অমদি চালখৎপগী লমজেন্দা চৎমীনন্নবা কন্না হোৎনখি। অদুম ওইনমক থোক্লিবা চরাংনবা কয়াশিং অদু মপুংফানা নমথদবা য়াদবগী তঙাই ফদবা লৈবনা রাষ্ট্রপতিনা ১৯৭৫ জুন ২৫ দা ইমার্জেন্সি লাওথোকখিবগা লোয়ননা প্রধান মন্ত্রিনা তিরম ২০ গী থৌরম পবেং পুথোক্লুনা, অপনবা কয়ানা তপথহল্লুরবা শেমগৎ -শাগৎপগী লম্বী অদুদা অমুক চংশিনবা হৌখি। মসিগা ঈরোইননা সঞ্জয়না হীরম ৫গী থৌবম পুথোক্লুনা শেমগৎ শাগৎপা কয়া অদুদা মতেং পাংনবা হোৎনখি। ভারত সংবীধান্না পীরিবা গনতন্ত্রগী চৎনবী কায়হন্দনবা শক ১৯৭৭ কী মার্চ থাদা ৬ শুবা লোকসভাগী মীখল পাঙথোক্লে। মীখল অসিদা সঞ্জয় কংগ্রেস দলগী মীপেন্স ওইনা হৌ পী গী অমোথি কেন্দ্রদা লেপখি। অদুম [illegible] লাম্না উইনাখিবনা মবম ওওন্দনা সঞ্জয় [illegible] প্রতাপ সিংগা মখুতা মাই [illegible] মসিদগী হৌবদুনা কংগ্রেস পার্টিনা [illegible] লৌদসু হৌখি।

## THE NEW 20-POINT PROGRAMME

***Announced by* The Prime Minister, Smt. INDIRA GANDHI**

*on the 15th January 1982*

1. Increase irrigation potential, develop and disseminate technologies and inputs for dry land agriculture
2. Take special effort to increase production of pulses and vegetable oil seeds
3. Strengthen and expand coverage integrated rural development and national rural employment programmes
4. Implement agricultural land ceilings, distribute surplus land and complete compilation on land records by removing all administrative and legal obstacles
5. Review and effectively enforce minimum wages for agricultural labour
6. Rehabilitate bonded labour
7. Accelerate programmes for the development of Scheduled Castes and Tribes,
8. Supply drinking water to all problem villages.
9. Allot house sites to rural families who are without them and expand programmes for construction assistance to them

10 Improve the environment of slums, implement programmes of house building for economically weaker sections, and take measures to arrest unwarranted increase in land prices.

11. Maximise power generation, improve the functioning of electricity authorities and electrify all villages.

12 Pursue vigorously programmes of afforestation, social and farm forestry and the development of bio-gas and other alternative energy sources

13 Promote family planning on a voluntary basis as a people's movement

14. Substantially augment universal primary health care facilities, and control of leprosy, T.B and blindness

15 Accelerate programmes of welfare for women and children and nutrition programmes for pregnant women, nursing mothers and children, specially in tribal, hill and backward areas

16 Spread universal elementary education for the age -group 6 – 15 with special emphasis on girls and simultaneously involve students and voluntary agencies in programmes for removal of adult literacy.

17 Expand the public distribution system through more fair price shops, including mobile shops in far-flung areas and shops to cater to industrial workers, students hostels and make available to students text books and exercise books on a priority basis and to promote a strong consumer protection movement

18. Liberalise investment procedures and streamline industrial policies to ensure timely completion of projects Give handi-crafts, hand-looms, small and village industries all facilities to grow and to update their technology

19 Continue strict action against smugglers, hoarders and tax evaders and check black money

20. Improve the working of the public enterprises by increasing efficiency, capacity utilisation and the generation of internal resources

# SANJAY'S FIVE POINT PROGRAMME

1 FAMILY PLANNING for a prosperous future

2. EACH ONE TEACH ONE to achieve complete literacy

3. PLANTING OF TREES for ecological balance and forest wealth

4. ANTI DOWRY CAMPAIGN to eradicate social evil

5 ERADICATING CASTEISM to destroy social prejudice & SLUM CLEARANCE to beautifully the countr

# জাতি অসি নৌনা শেমগৎলকপদা সঞ্জয় গান্ধী

মহাক্না পুথোকখিবা [illegible] গী [illegible] অদুনা জাতি অসিগী শেমগৎ শাগৎলপ (National Reconstruction) দা অসুক্কী [illegible] ওইররে। মীশিং যামদবা অপিকপা ইমুং মনুং ওইনা লৈমীন্নবা পামখিবা মহাক্কী য়াইফ যুম্নালগী থৌশিল অদুনা [illegible] চাকথুং কিথুংননা হিংমীন্নবা ভারতবর্ষ অসি। ওইহনবা [illegible] তেংবাংখি। [illegible] লৈবাক ওইবনা মীশিং হেন্না য়ামখৎলক্লগা থেংনগদবা সমস্যা কয়াগী [illegible] মহাক্না উবা কংখি। মসিমক্না মহাক্না য়াইফ যুম্নালগী তঙাইফদবা অদু তৎ তনা মীয়ামদা [illegible]।

নুপী ওইবীশিংগী সমাজদা উন্দবা যাদবা [illegible] নুপীশিংগী নিংতম্না হিংজনবগী অধিকারদা অযেৎপা ওইহল্লিবা, বাখোক (Crime) কয়া থোকহল্লিবা অসি কোকহনবা মহাক্ন পামখি। লাববা-ইনাকখনবগী [illegible] অমা নিংবা কাইনিংঙাই ওইহল্লিবা, আইনগী অমদি সমাজগী মীযেংদা [illegible] অসিবু মুখ[illegible] কয়া হোৎনখি। মীশিং য়াম্না ভারত ওইবনা, লৈবাক অসিগী ঈশিং নুংশিংকী কিভম কায়রক্তনবা, ইনভাইরোনমেন্ট (Environment) তা খুদোংথীবা অহোংবা লাক্তনবা উমংগী পোত্থোক হেনগৎনবা উ-ন্না থাবগী লম্বীদসু চংশিনবা হৌরম্মী। মসিনা লৈবাক অসিগী ফজবা শক্তম অমসু ওইবকনি হন্দুনা ভারতকী মীয়ামবু উ-বা তৎতনা থাহন্নিংবগী অপাম্না মহাক্না কোদোক্লম্মী। অমোৎ অকাই লৈবনা লাযনা কয়া পোকহল্লিবা, হায়জনিক (Hygienic) ওইদনা মীওইবগী হকচাংদা শোকহল্লিবা অসি ঙাকথোক্নবা অমোৎ অকায় শেংদোকপা (Clearence) প্রোগ্রামসু পায়খৎলম্মী লোয়নননা লু-নানবা ফজবা শক্তমগী অনৌবা খুদোল অমা তমহনখি।

তোঙান-তোঙানবা জাতি লৈবা, তোঙান-তোঙানবা লোল লোনবা লৈবাক অসিগী অপুনবা শক্তম মহাক্না হোৎনরম্মী। কাঙলুপকী ওইবা অমদি জাৎ খাযবগী মীৎযেংনা জাতি

পুম্নমক অসিগী মথক্তা চানা থক্লবা পোৎলম হেন্না পুথোকপগী পান্দমদা মীৎয়েং হেন্না থমখি। কংগ্রেসনা পানবা রাজ্যশিং অমদি অতোপ্পা রাজ্যগী মুখ্য মন্ত্রিশিং কৌদুনা উন্নরগা BPL অমদি BPL গী মখাদা লৈবা ইমুংশিংদা নোংমগী দরকার চানা থক্লবা পোৎলম মতম চানা মপুং ফানা য়ৌনবা হোৎনখি। চাথোক হেন্না পুথোক্লবগীদমক National Food Security Mission অমসুং Rastriya Krishi Vikas Yojana মপুং ফানবা UPA সাসন্না কন্না মীৎয়েং চংলি। Bharat Nirmal গী মখাদা খুঙ্গংশিংবু চাওখৎপগী লমবেনন্দা অওনবা অমা পুরক্লবা হোৎনবদা কংগ্রেস দলনা মীৎয়েং শান্না চংলি।

চাওখৎ কয়াৎ কয়াসিগী মনুংদা তশেং-তশেংনা Human Resource তা মীৎয়েং অমা চংলকলি। ইং ১৯৭৭ বাপুজিগী লোয়নবী কস্তুরাবাই দেবীগী মীংদা কস্তুরাবাই শিক্ষা যোজনা হায়না মীং থোন্দুনা ভারতকী মীপুম খুদিং লাইরিক ময়েক চৎনবা হোৎনখিবদু ঙসিদি ইউ পি এ সাসন লাকপদা অমুক্তা হেন্না মায় পাকলে। পিক্লীবা চহি ৬ কী অঙাংশিংদগী হৌরগা চহি ১৪ ফাওবদা লৈরীবা অঙাংশিংবু Free Education ফংহনবা পান্দমদা Right to Education Act লৈরে। 11th Five Year Plan না ইতিহাসীক ওইবা মওংদা ভারতকী মীয়াম পুম্নমক চং থোক্লা হিংহন্নবা পান্দম থমলী। মরুওইনা ST,SC,OBC অমদি Minority শিংদা পান্দম মিৎয়েং হেন্না থমলী। Primary Level দগীনা Post Graduate ফাওবগী মনুংদা Scholarship পিবগী পান্দমদা মীৎয়েং চাওনা UPA সরকারনা থমলি।

**Right to Education Act** অসি ইং ২০০৯ দা হৌদোক্লগসু মপুং ফানা effect তৌবদি 1st April 2010 দনি। অঙাংশিংবু লাইরিক তমহনবদা নৎতনা চরা ৱানবগী থৌরাং, স্কুল শং শাগৎপগী অমদি ওজা হাপ্পগী থৌরাং পুম্নমক থবক্তা ওন্থোকরকলী। থৌরাং অসিবু মায় পাক্ল বা Sarva Siksha Abhiyan (SSA) লৈবাকশিনবা থুংনা পায়খৎলি। পান্দম অসিগী মখাদা ইং ২০০৯-১০ ফাওবদা Primary অমদি Upper Primary ওজা পুন্না ৫০,০০০ হেন্না হাপখ্রে। ওজাশিংবু ট্রেনিং পিনবা লুপা: কোর কয়া খচর তৌরী। চাওরাক্লা ২৭.৬২ লাখ ওজাশিং ট্রেনিং পীখ্রে। অদুগা ১০,০০০ মথক্তা স্কুলশং শাখ্রে। অসিগুম্বা কয়া অসি মায় পাক্লবা হোৎনবদা চরা-ৱালহনবগী ৱাফমদা Mid-Day Meal হৌদোকলী অমদি চাকথোংবী কয়াবু থা/থাগী তলব পিদুনা থমলি।

থাক খরা ৱাংখৎপা Rastriya Madyamik Shiksha Abhiyan (RMSA) ইং ২০০৯ দা হৌদোকখ্রবনী। RMSA অসিগী মখাদা রাজ্য ৩১ দা অমদি Union Territory শিংদা পান্দম

অসি মায় পাক্লবা হোৎনরী। লোয়না-লোয়ন্না নুপীশিংতগী ওইবা Girls Hostel শারী। নুপিশিংবু লাইরিক ময়েক চৎনবা থৌরাংদা SAAKSHAR BHARAT MISSION হৌদোকতুনা non-formal education গী মওংদা ভারতকী নুপীশিংবু ইবা-পাবা ঙম্নবা অঙন্বা থাক্তা হোৎনরী। State খরদদি Indian Institutes of Management (IIMs) অসি লিংখৎনবা UPA সরকারনা Approve তৌখ্রে। Indian Institutes of Technology (IITs) অমদি National Institute of Technology (NITs) মণিপুর য়াওনা অৱাং নেংপোক্কী রাজ্যশিংদা লিংখৎপা য়াহনখ্রে। মদুদা নৎতনা লাইরবা ছাত্রশিংদা Educational Loan পিবা য়াওনা National Mission for Information & Communication Technology (ICT) গী মখাদা College অমদি University দা Internet কী খুদোংচাবা পিরে। মসিদা Laptok অমদি Computer ফংহনবগী খুদোংচাবা য়াওরিবনী।

ইং ১৯৯১ দা পাংথোকখিবা লোক সভাগী মীখলদা কংগ্রেস দলনা মপুংফাবা মেজোরীতী ফংবা ঙমদে মীয়াম্না ঙক্লখিবদি Stable ওইদবা সরকারনা চহি ৫ মপুং ফানা পুখিবদুনী। মদু সাসনগী মরিক চুম্বা সাসন থৌওংগী মখা য়াম্না পোল্লী।

পি. ভি. নরসীমহ রাওগী সাসন্দা মরু ওইবা মীওইদি ফাইনাসকী থৌ পুরিবা ডা: মনমোহন সিংহনী।

- মহাত্মা গান্ধিগী মতমদগী কংগ্রেস দলনা মং মংলকলবা Panchayatiraj অমসুং Nagar Palika গী মপুং ফাবা চৎনরোল চৎনবা হৌহনখি। ST/SC অমসুং Minority না খুঙ্গং চাওখৎপদা অচৌবা দাত্ব লৌবগী শক্তি ফংবা ঙমহল্লে। Chairperson কয়া নুপী অমদি ST/SC/Minority না ওইবা ঙমলে।
- Punjab অমসুং Assam দা শান্তি হঞ্জিহনবা ঙমখি।
- National Human Right Commission লিংবা হৌরে।
- Mandal Commission চৎনহন্দুনা OBC শিংবু 27% থবক পীবদা রিজার্ব তৌহল্লে।
- মমাংদা পাল্লম্বা BJP অমদি অতৈ চুংশিন্নবা রাজনীতী দলশিংগী সাসননা ভারতকী লৈজবা সনা মেট্রিক টোন ১৮.৩৬ লু: ২,২০০ কোরমুক্কী শেনফমদা Switzerland গী Union Bank অমদা য়োম্থোকলুবদু নরসীমহরাও সাসন মতমদা অমুক হন্দুনা ভারতকী ওইবা ঙমখ্রে। অদুগা অতোপ্পা অমনা ভাতরকী লুরবা মতমদা শিজিন্নগদবা RBI দা চেকশিন্না থম্বা সনা তোন ৪৬.৯১ অসি ফোরেন বেঙ্কতা বন্ধোপ থমদোকলম্বদু কংগ্রেসকী সাসন মতমদা হন্দোকতুনা ভাতরকী ঈজ্জৎ কনবা ঙমখি।

- খুঙ্গংগী লাইরবা ইমুংশিংগীদমক য়ুম শাবগী শেনফম হেনগৎখি।
- Jawahar Rozgar Yojana হৌদোকতুনা মশানা থবক থীজরীবা মহৈ হৈরবা নহারোল কয়াবু মরোমদোম হিংজনবা লম্বী পিরে।
- নৌনা Introduce তৌরবা Bill শিং অদুদি-
    - (a) National Commission for Higher Education & Research (NCHER)
    - (b) Protibition of unfair practices in educational institutions অসিনচিংবনি।
- National Commission for Protection of Child Right লিংখৎতুনা Child Labour থীংনবা অমসুং অঙাং ফারগা লল্লোনবশিং দন্দী পীনবা হোৎনরি।
- Integrated Child Protection Scheme রাজ্য কয়াদা চৎনহল্লে।
- Women Reservation Bill পুথোক্তুনা নুপিশিংবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনরী।
- National Mission for Empowerment of Women হৌদোক্তুনা UPA সরকারনা Panchayeti Raj Institution শিংদা চৎনহল্লে।
- সরকারগী লোয়শংশিংদা নুপিশিংবু চাং হেন্না খুদোংচাবা পীরদুনা নুপীশিংবু থবক পিবগী চাং হেনগৎহল্লী, মসিগী মথক্তা Child Care Leave হৌদোক্তুনা অঙাং য়েংশীন্নবগীদমক ছুটি পীথোকপদা থাগী তলব চাং নাইহনবগী ৱাফম য়াওরী।
- প্রধান মন্ত্রি স্বাষ্টা সুরাক্ষা য়োযনা মেডিকেল কলেজ কয়া শেমগৎ-শাগৎখ্রে।
- Ayurveda, Yoga, Sidha অমদি Homeopathy কী ওইবা লায়েংশং লিংখৎপা শেমগৎপগী মথক্তা 5135 Integrated Counselling & Testing Centre কয়া AIDs Control অমদি Care গীদমক শেমগৎ শাগৎখ্রে।
- Pradhan Mantri Adarsh Gram Yajana (PMAGY) গী খুৎথাংদা SC/ST গী খুঙ্গং কয়াদা অনৌবা মীৎয়েং চংদুনা শেমগৎ শাগৎহন্নবা শেন্থং থাদরী।
- Land Rights is ST and others Traditional forest devellers মপুং ফানা চৎনবা awarness অমদি হেন্না খুৎমাং চাওশিনবা থবক চৎথরী।
- Prime Minister Manmohan Singh গী মীৎয়েংদা শোয়নাইরবশিংবু হেন্না চেকশিন্না য়েংবীনবগী থৌরাং য়াৎতুনা National Handicapped Finance & Development Corporation গী খুৎথাংদা তেংবাং কয়া পীরী।
- অহল ওইরবশিংদা অশা অমা থম্লদুনা Indira Gandhi National Old Age Pension Scheme মায় পাক্লা চৎথরী।

- Welfare of Defence Service Personal & Ex-Servicement Scheme গী থৌরাং মখাদা অনৌবা মীৎয়েং থমদুনা Security Personal কয়াবু কান্নবা ফংহল্লী।
- National Defance Fund গী মখাদা Prime Minister Scholarship Scheme পিবী।
- Rastriya Swasthya Bima Yojana গী খুৎথাংদা State & Teritory শিংদা Health Scheme কয়াগী খুদোংচাবা পীরী।
- Bharat Nirman গী মখাদা খুঙ্গং কয়াদা মৈ থানবা, লম্বী শেম্বা, Telephone গী খুদোংচাবা পীবা, Rural Housing Scheme কয়া হৌদোকলী। অফবা ঈশিং পীথক্লবা হোৎনরী।
- Rajiv Gandhi Grammen Vidyatikaran Yojana গী মখাদা খুঙ্গং ১৮,৫০০ হেনবদা মৈ থানখ্রে।
- National Calamety Contigency Fund গী খুৎথাংদা ইকং থোকলবা মফমশিং লৌউশিংউগী লমদা তেংবাং পীথরী।
- National Watershed Development Programme পায়খৎলে ঙসিদি।
- National Food Security Mission লিংখৎলে ।
- Rastriya Krishi Vikas Yojana পায়খৎতুনা লৌমীশিংগী য়াইফনবা হোৎনরী।
- National Horticultur Mission লৈবাক শিনবা থুংনা খুৎমাং চাওশিল্লী।
- Backward Region Grant Fund পিদুনা Local Bodies শিংগী খুদোংচাবা পীরে।
- Mass Transport প্রোগ্রাম হৌদোক্নুনা JNNURM গী মখাদা Bus অমদি Metro Train চেলহনবগী খুদোংচাবা লৈরে।
- সহরগী লাইরবা ইমুং কয়াগী য়ুম শাবীরী।
- Turism চাওখৎনবা অমদি Culture চাওখৎনবা থৌরাং কয়া লৈরে।
- National Youth Corps Scheme হৌদোক্নুনা জাতী অসি কন্নবা রাজ্য কয়াদা থৌরাং পায়খৎলে।
- National Disaster Response Force লিংখৎতুনা Natural Climaty দা শোকহল্লবা শাফনবা হোৎনরী।
- ভারতকী Border Check Post কয়া শেমগৎপদা মণিপুরগী Moreh য়াওরী।
- Gram Nyayalay Act লিংখৎতুনা Village Court কী শক্তী হেনগৎহন্দুনা খুঙ্গংগী চমলবা মীওই কয়াগী পন্দুনা লৈবা আইনগী চয়েৎনবা কোক্লবা ভারতকী খুঙ্গং ৫০০০ হেনবদা আইন অসিনা তেংবাংবা হৌখ্রে।

৬ প্রধান মন্ত্রি হিরম ১৫ গী থৌরাংদা ভারতকী শোংথরবা অমসুং লাইরবা মীওই কয়াবু হিংনবা লমবেল পীরে -

1 Equitable availability of ICDS Services.
2. Improving access to School Education-Sarva Shiksha Abhiyan, Kasturba Gandhi Balika Vidyalaya Scheme.
3. Greater Resources for teaching Urdu.
4. Modernizing Madarsa Education.
5. Scholarship for meritorious students from minority communities - Pre-metric scholarship, Post-metric scholarships.
6. Improving educational infrastructure through the Maulana Azad Education Foundation.
7. Self-Employment and Waga Employment for the poor -Swarnjayanti Gram Swarojgar Yojana (SGSY), Swarn Jayanti Shahri Rojgar Yojana (SJSRY), Sampurna Graman Rozgar Yojana (SGRY).
8. Upgradation of skills through technical training.
9. Enhanced credit support for economic activities.
10. Recruitment to State and Central Services.
11. Equitable share in rural housing scheme.
12. Improvement in condition of slums inhabited by minority communities.
13. Prevention of communal incidents.
14. Prosecution for communal offences.
15. Rehabilitation of victims of communal riots.

পুম্নমক UPA সাসন মখাদা অমদি মমাংদা কংগ্রেস সরকারনা পাল্লীঙৈ মতমদা পাংথোকখ্রবা অমসুং পাংথোরকলীবা থবক খুদিংমক RTI (Right to information) কী মখাদা প্রজা মীয়ামদা খংহন্নবা পান্দম থল্লী। RTI Act অসিগী মখাদা মীয়ামগী চমম্লবা কোকহন্নবা পান্দম মখাদা চৎথরকলিবনী। অদুনা ঙসিগী সাসন অসিনা করীগুম্বা পোৎশক অমা ফাওবা শেৎশিনবা য়াদ্রবনী। পুম্নমক অসি ভারতকী প্রজাশিংগীদমক পায়খৎপা অনৌবা থৌরাংগী মনুংদা খ্বায়দগী ফবা থৌরাং অমনী হায়বা য়াই।

অসিগী মথক্তা Lok Pal Bill সংসদতা পুথোক্নুনা শেঞ্জা থুমজাগী মায়োক্তা মীয়াম হুপ্লা থিগৎমীন্নবা য়াবাগী হক হন্দক্কী UPA সাসন অসিদা উবা ফংলে। অসিগুম্বা য়াইফ থৌরাং অসি মমাংগী সাসন কয়াদা অমুক্তা উবা ফংখিদ্রীবনী। মীয়াম্না খন্নবীগদবদি নিতম্লবা মতুংদা কংগ্রেসকী সাসন অমদি তোঙান-তোঙানবা দলশিংগী থবক থৌওং উবা ফংখ্রে। নিংতম্লবা মতুং চহি ৬৫

শুরবা মতমসিদা কংগ্রেসকী প্রধান মন্ত্রি ৬ খকতমক (চহি ৪৭ কী সাসন্দা) ঙাইরী। অদুগা তোঙান তোঙানবা রাজনীতী দলগীনা প্রধান মন্ত্রি ৬ চহি ১৭ কী সাসন্দ শুরে। মসিনা তাকপদি সাসন হৈবা অমসুং হৈতবগী খুদমনী। মসি ঐখোয় নৈনবা খংমীন্নবা দরকার য়াম্না লৈ। মদু নৎত্রগদি মরা চেৎপা সাসন অমা লৈহনবদা করম্বা রাজনীতী দলনা হেন্না চুনবগে হায়বদু য়েংবা তাবনী।

অসুম্না ভারতবর্ষগী রাজনীতীগী কাংলোন মতেক অমা মহাও তংলবা মতুংদা মণিপুরগী মরমদা অখং-অহৈশিংনা পীবা মৎকী মতুং ইন্না মণিপুরদা নুংতিগী ফোংবা-চেফোং অমদা অসুম্না মণিপুরগী ইতিহাসপু হঙ্গৎনা য়েংবীরকখি।

## মণিপুরদা দোমিনিয়ন এজেন্ট লৈরকপা (১৯৪৭-৪৯)

ডা: কৈশাম ভৈগ্যচন্দ্র সিংহ

মসিগী মখা তাবদা মণিপুরদা রাজনীতী দল অমা ওইনা কংগ্রেস দলগী থৌ পুবীখীবশিংগী মীশকশিং নিংশীংজরী।

# OFFICE BEARERS OF THE CONGRESS PARTY (1946-1997)

**1. Oct. 4, 1946 to Aug., 1947**

| | |
|---|---|
| President | Shri R K Bhubonsana Singh |
| Gen Secretary | Shri Y Khoimacha Singh |
| Asst Secretaries | 1 Shri L Jugeshwar Singh |
| | 2. Shri I Chandrahas Singh |

**2. July 1947 to April 1949 :**

| | |
|---|---|
| President | Shri E Tompok Singh |
| Gen Secretary | Shri I Chandrahas Singh |
| Asst. Secretary | . Shri Ksh Nawang Singh |

**3. Aug. 1947 to April 1949 :**

| | |
|---|---|
| President | Shri P Tomal Singh |
| Vice-President | Shri K. Kirtichand Singh |
| Gen Secretaries | 1 Shri R.K Roton Singh |
| | 2 Shri L Jugeshwar Singh |
| Asst Secretary | Shri Th Iboyaima Singh |

**4. April 1949 to Dec. 1950**

| | |
|---|---|
| President | Shri S Krishnamohan Singh |
| Gen Secretary | Shri L. Jugeshwar Singh |
| Secretary | : Shri Ng. Tompok Singh |

**Jan. 1951 to June 1955**

| | |
|---|---|
| President | Shri L Lalitamadhob Sharma |
| Vice-President | Shri R K Roton Singh |
| Gen. Secretaries | 1 Shri Ng Tombok Singh |
| | 2 Shri S Angouba Singh |
| | 3 Shri R.K. Jhalajit Singh |

**6 July 1955 to Oct. 1957**

| | |
|---|---|
| President | Shri M. Koireng Singh |
| Treasurer | Shri S Gambhir Singh |
| Gen Secretary | Shri S Angouba Singh |

**7. Nov. 1957 to Aug. 1959**

| | |
|---|---|
| President | Shri L Jugeshwar Singh |
| Treasurer | Shri H Baruni Singh |
| Gen Secretary | Shri R K Jhalajit Singh |

**Sept. 1959 to Sept. 1963**

| | |
|---|---|
| President | Shri Salam Tombi Singh |
| Vice-President | Shri Waikhom Mani Singh |
| Treasurer | Shri N Shajou Singh |
| Gen Secretaries | 1 Shri Seram Angouba Singh |
| | 2 Shri Salam Gambhir Singh |
| | 3 Shri R K Jhalajit Singh |

**9. Oct. 1963 to Nov. 1967**

| | |
|---|---|
| President | Shri Huidrom Baruni Singh |
| Treasurer | Shri Sibo Lorho |
| Gen Secretaries | 1 Shri N. Tombi Singh |
| | 2 Shri R K Ranbir Singh |

**10. Dec. 1967 to May 1972**

| | |
|---|---|
| President | Shri R.K. Birachandra Singh |
| Treasurer | Shri S. Bijoy Singh |
| Gen Secretaries | 1. Shri R.K. Jhalajit Singh |
| | 2 Shri R.K Ranbir Singh |
| | 3 Shri Goukhenpao |
| | 4. Shri N Tombi Singh |
| | 5 Shri Th Tomba Singh |
| Secrtary | Shri R.K. Udoy Singh |

**. May to Dec. 1972 (ADHOC):**

| | |
|---|---|
| President | Shri H Nilamani Singh |
| Vice-President | 1 Shri S Bijoy Singh |
| | 2 Shri Kakhangai |
| Treasurer | Shri N Tombi Singh |
| Gen Secretaries | 1 Shri L Soloman |
| | 2 Shri M Amutombi Singh |
| | 3. Shri R K Ranbir Singh |

**'. Dec. 1972 to Feb. 1975 (Normal Period):**

| | |
|---|---|
| President | Shri H Nilamani Singh |
| Vice-Presidents | 1 Shri Haobam Baruni Singh |
| | 2 Shri Stephen Angkang |
| Treasurer | Shri Habibur Rahaman |
| Gen Secretaries | 1 Shri Habibur Rahaman |
| | 2. Shri Selkai Hrangchal |
| | 3 Shri S Lorho |

**l. Feb. 1975 to Dec. 1981 (ADHOC):**

| | |
|---|---|
| President | Shri H Nilamani Singh |
| Vice-Presidents | 1. Shri Kh Envey |
| | 2. Shri S Bijoy Singh |
| Treasurer | Shri Selkai Hrangchal |
| Gen Secretaries | 1. Shri Kh Pulinkanta Singh |
| | 2 Shri S L Paokhosei |
| | 3. Shri I Tompok Singh |
| | 4 Shri S Tombinou Singh |

**l. Feb. 1978 to Oct. 1978 :**
**(After Congress Split)**

| | |
|---|---|
| President | Shri M Amutombi Singh |
| Vice-Presidents | 1 Shri R K Roton Singh |
| | 2 Shri S. Ibomcha Singh |
| Gen Secretaries | 1. Shri L Ibobi Singh |
| | 2. Shri T Gunadhwaja Singh |
| | 3 Shri S. Kunjeshore Singh |
| | 4 Shri Th Udhop Singh |
| Secretaries | 1. Shri L Iboyaima Singh |
| | 2 Shri Th Raghunath Singh |
| | 3 Shri S Ango Singh |

**15. 5th Oct. 1978 to 18th Oct. 1978:**

| | |
|---|---|
| President | Shri Rishang Keishing |
| Vice-President | 1 Shri M Meghachandra |
| | 2 Shri N Gouzagin |
| | 3 Shri L Lorho |
| Secretaries | 1 Shri L Iboyaima Singh |
| | 2 Shri L. Shangam |
| Treasurer | Shri Ng. Bira Singh |

**16. Oct. 1978 to Dec. 1980**

| | |
|---|---|
| President | Shri R K Dorendra Singh |
| Vice-President | Shri Rishang Keishing |
| Treasurer | Shri Ng Bira Singh |
| Gen Secretaries | 1 Shri T Gunadhwaja Singh |
| | 2 Shri L Lalit Singh |
| | 3 Shri Th Udhop Singh |
| | 4. Shri N Gouzagin |
| | 5 Shri S Lorho |
| Secretaries | 1 Shri S Brajagopal Singh |
| | 2 Shri L Iboyaima Singh |

**17. Dec. 1980 to Dec. 1981:**

| | |
|---|---|
| President | : Shri L Lalit Singh |
| Vice-President | . Shri S Zingthan |
| Treasurer | . Shri Ng Bira Singh |
| Gen. Secretaries | 1 Shri T Gunadhwaja Singh |
| | 2. Shri K Bira Singh |
| | 3 Shri R.K Jaichandra Singh |
| | 4 Shri Lalkhopao Kom |

**18. Dec. 1981 to Aug. 1985**
**(After amalgamatin of Congress (U) & (I))**

| | |
|---|---|
| President | Shri L. Lalit Singh |
| Vice-Presidents | 1. Shri N Tombi Singh |
| | 2 Shri S. Zingthan |
| Treasurer | Shri Ng. Bira Singh |
| Gen Secretaries | 1 Shri T. Gunadhwaja Singh |
| | 2. Shri R K. Jaichandra Singh |
| | 3 Shri S Tombinou Singh |
| | 4 Shri S L Paokhosei |
| | 5 Shri L Lalkhopao Kom |
| | 6 Shri Th Chaoba Singh |
| | 7 Shri Kh Pulinkanta Singh |
| | 8 Shri K. Bira Singh |
| | 9 Smt M. Punyabati Devi |

**19. Aug. 1985 to Feb. 1989:**

President . Shri H. Nilamani Singh
Vice-Presidents 1. Shri S. Zingthan
3. Smt. R K Mukhara Devi
Treasurer Shri M Ibotombi Singh
Gen Secretaries 1 Shri S. Tombinou Singh
2 Shri Kh Pulinkanta Singh
3 Shri Ng Bira Singh
4 Shri Th Gogonbihari Singh
5 Smt M Punyabati Devi
Jt Secretary Shri N Nimai Singh

**20. Feb. 1989 to July 1991:**

President . Shri R K Dorendra Singh
Vice-Presidents 1. Shri Rishang Keishing
2. Smt Mukhara Devi
Treasurer Shri N Gouzagin
Gen Secretaries . 1 Shri S Tombinou Singh
2 Shri Radhabinod Koijam
3 Dr L. Chandramani Singh
4 Shri Holkhomang Haokip
6 Smt M. Punyabati Devi
Secretaries 1. Smt M Punyabati Devi
2 Shri N. Nimai Singh
3. Shri H Heramot Singh
4 Shri N. Heramot Singh
5 Md Hellaluddin Khan
Jt. Secretaires · 1 Shri N Radhakanta Singh
2 Shri Morung Makunga
3 Shri Kh Goura Singh

**21. Aug. 1991 to July 1992 :**

President Shri Rishang Keishing
Vice-President : 1. Shri Radhabinod Koijam
2 Shri W Angou Singh
Treasurer . Shri L. Lalit Singh
Gen. Secretaries 1 Shri S Tombinou Singh
2. Dr. L Chandramani Singh
3. Shri A.S. Arthur
4. Shri Ngulkhohao Lungdim
5 Shri N Nimai Singh
Secretaries 1. Shri N. Nimai Singh
2 Shri H Sanayaima Singh
3 Shri M Thohrii
4 Shri H T. Thungam
5 Shri H. Heramot Singh
Jt Secretaries 1 Shri N Radhakanta Singh
2 Shri Kh. Goura Singh
3 Km Mirabai Devi
4 Md M.A Sattar
5. Shri Achun Kamei

**22. Feb. 1992 to April 1995 (Elected) :**

President Shri Radhabinod Koijam
Vice-President · 1 Shri S. Tombinou Singh
2. Shri A S. Arthur
Treasurer Shri H Lokhon Singh
Gen Secretaries . 1 Shri Kh. Ibomcha Singh
2 Shri L Iboyaima Singh
3 Shri Kh Goura Singh
4. Shri Achun Kamei
5 Shri Lalhmingthanga

**23. April 1995 to June 1996 :**

President Shri Phungzathang Tonsing
Vice-Presidents 1 Smt S Tombinou Singh
2 Shri O Ibobi Singh
Treasurer · Shri T Gunadhwaja Singh
Gen Secretaries : 1 Shri Kh. Ibomcha Singh
2 Shri M Manihar Singh
3. Shri S L. Paokhosei
4 Shri Holkhomang Haokip
5 Shri K S. Benjamin Banee

**24. June 1996 to 8 June 1997 :**

President . Shri Phungzathang Tonsing
Vice-Presidents · 1 Shri O Ibobi Singh
2 Shri Gaikhangam
3 Shri N Benoy Singh
4 Smt. K. Apabi Devi
Gen. Secretaries 1 Shri K S. Benjamin Banee
2 Shri T. Gunadhwaja Singh
3. Shri L. Amujao Singh
4. Shri Mahmmuddin Shah
5. Shri N. Nimai Singh
Secretaries · 1. Shri Kh. Goura Singh
2 Km. A.K Mirabai Devi
3. Shri Kh. Jadumani Singh
4. Shri K. Saratkumar Singh
5. Shri N Rabei Singh

**25. June 9, 1997 to 1998 (Elected):**

| | |
|---|---|
| President | Shri Phungzathang Tonsing |
| Vice-President | 1 Shri O Ibobi Singh |
| | 2 Shri N Benoy Singh |
| | 3 Shri Gaikhangam |
| Treasurer | Shri M Kunjo Singh |
| Gen Secretaries | 1 Shri K S Benjamin Banee |
| | 2 Dr Y Jiten Singh |
| | 3 Shri K Saratkumar Singh |
| | 4 Shri S. Brajagopal Singh |
| | 5 Shri N Rabei Singh |
| | 6 Smt P Damayanti Devi |

**25. 1998 to 1999 :**

| | |
|---|---|
| President | Shri Phungzathang Tonsing |
| Vice-President | 1 Shri O Ibobi Singh |
| | 2 Ahei Gaikhangam |
| Gen Secretaries | 1 Ak Mirabai Devi |
| | 2 N Radhakanta Singh |
| | 3 K Sharatkumar Singh |
| | 4 S. Radhapyan Devi |
| | 5 N Rabei Singh |

27. ইং ১৯৯৯ দা কংগ্রেস দলগী লাইবক থিবা থৌদোক অমনা মতমদুগী PCC অদুগী মহুৎ শিন্নবা PCC Steering Committee অমা AICC না শেমখি। হায়রিবা Committee অসিনা ২০০০ গী Organisation Election তৌত্রীফাওবা থৌপুখি।

**PCC Steering Committee From Manipur:**

1. Shri O Ibobi Singh, Chairman
2. Shri Rishang Keishing, MLA
3. Shri Radhabinod Koijam, MLA
4. Shri W Angou Singh, MP (R S)
5. Shri N Tombi Singh, Ex-M P
6. Shri Phungzgathang Tonsing
7. Smt R K. Mukhra Devi
8. Shri Okendra Singh, MLA
9. Shri A.S. Arthur, MLA
10. Shri Y. Irabot, MLA
11. Shri Donkai Kipgen
12. Shri Devendra Singh, MLA
13. Md Nazir Uddin Shah
14. Shri Nem Chand Luwang [illegible]
15. Shri M Manihar Singh
16. Shri R K Theko
17. Shri Meinam Mithai
18. Shri Nimai Singh
19. Mr Gaikhangam
20. S Kunjabihari Singh
21. Miss L Tilotamai Devi
22. Km Ak. Mirabai Devi

All frontal chiefts to be special invitees

Following will be the Secretaries to the Steering Committee

1. Shri Naorem Rabei Singh
2. Shri Vidyapati Senjam
3. Shri N. Radhakanta Singh
4. Shri P Shyamkishore Singh

Steering Committee অসি শেমখ্রিবৈঙ AICC দা চে কযা থাদুনা লৈবীবৈঙদা কমিতি মচা অমা লৈখি।

মদুগী Committee অদুগী President Y Erabot Singh না ওইখি। ব্রাফম অসি AICC দা কুপ্না খন্নখি। অমসুং AICC গী ২০০০ দা যেংবা Congress March Ahead তা record ওইনা লৈ।

মদুদা থৌ পুখিবশিং:

| | |
|---|---|
| Vice-Presidents | 1 Shri Meinam Mithai |
| | 2 Shri Kh Jadumani Singh |
| Treasurer | Shri S Kunjbihari Singh |
| Gen Secretaries | 1 Shri Kh Ibomcha Singh |
| | 2 Shri Vidyapati Senjam |
| | 3 Abdulhei Shah |

**27. 2000 to 2002:**

| | |
|---|---|
| President | Shri O Ibobi Singh |
| Vice-Presidents | 1 Shri Gaikhangam |
| | 2 Shri Meinam Mithai |
| Treasurer | Shri S Kunjabihari Singh |
| Gen Secretaries | 1 Shri P. Shyamkishore Singh |
| | 2 Shri Vidyapati Senjam |
| | 3 Km AK. Mirabai Devi |
| | 4 Smt S. Radhapyari Devi |
| | 5. Shri Francis Ngajokpa |
| | 6. Shri T Mangibabu Singh |
| | 7 Shri Dr Chaltonlian Amo |

**28. 2002 to2003 :**

| | |
|---|---|
| President | Shri O Ibobi Singh |
| Vice-Presidents | Shri Gaikhangam |
| Treasurer | |

Gen Secretaries
1 Shri Vidyapati Senjam
2 Shri T Mangibabu Singh
3 Km A K Mirabai Devi
4 Dr Chaltolien Amo
5 Shri Francis Ngajokpa
6 Dr. S Budhichandra Singh
7 Shri E Dwijamani Singh
8 Md Abdul Hei Shah

**29. 2003 to2004:**

President — Shri O Ibobi Singh

Vice President
1 Shri Gaikhangam
2 Shri T Gunadhwaja Singh

Treasurer
1 Shri S Achouba Singh

Gen Secretaries
1 Vidyapati Senjam
2 Shri T Mangibabu Singh
3 Km Ak Mirabai Devi
4 Shri Francis Ngajokpa
5 Dr S Budhichandra Singh
6 Shri E Dwijamani Singh
7 Dr. Chalton Lien Amo
8 Md Abdul Hei Shah
9 Shri M Okendro Singh

Secretaries
1 Shri L Jayantakumar Singh
2. Dr Kh Loken Singh
3. Shri D D Thaissi
4 Shri Khangthuanang Panmei

**30. 2004 to 2005. :**

President — Shri O Ibobi Singh

Vice President
1 Shri T Mangibabu Singh
2 Dr Chalton Lein Amo
3. Dr Maniruddin Sheikh (when he was elected as Speaker of Assembly Abdul Salam was appointed of V P of MPCC in place of Maniruddin Sheikh
4 Km. Ak Mirabai Devi

Treasurer — Shri S Achouba Singh

Gen Secretaries
1 Vidyapati Senjam
2. Shri M Okendro
3 Md. Abdul Hei
4 Dr Kh Loken Singh
5. Shri L Jayentakumar Singh
6 Shri E. Dwijamani Singh
7 Shri Victor Keishing

**31 2005 to 2010 ·**

President · Shri Gaikhangam

Vice President
1 Shri T Mangibabu Singh
2 Dr Chalton Lien Amo
3 Dr Maniruddin Sheikh
4 Km Ak Mirabai Devi

Treasurer
1 Shri A Achouba Singh

Gen Secretaires
1 Shri Vidyapati Senjam
2 Shri M Okendro
3 Md Abdul Hei
4 Shri E Dwijamani Singh
5 Dr Kh Loken Singh
6 Shri L Jayentakumar Singh
7 Shri Victor Keishing

**32. 2010 to upto till :**

President — Shri Gaikhangam

Vice President
1 Shri E Dwijamani Singh
2 Shri T. Mangibabu Singh
3 Shri S Achoba Singh
4 Dr Maniruddin Shaikh
5. Dr. Chalton Lien Amo
6 Km Ak Mirabai Singh
7 Dr Kh. Loken Singh
8 Shri Ngamthang Haokip

Treasurer . Dr Kh Ratan Singh

Gen Secretaries
1 Shri Vidyapati Senjam
2 Shri M Okendro Singh
3 Shri L Jayanta Kumar Singh
4 Shri Govindas Konthoujam
6 Shri Manga Vaiphei
7 Shri Francis Ngajokpa
8 Shri D K Korungthang
9 Shri K Meghachandra Singh
10 Shri E. Suraj Singh
11 Km L Tilotama Devi

Secretaries
. 1. Smt. A. Pramodini Devi
2 Shri Radhakishore Singh
3 Shri W Jyotin Singh
4 Md Amin Shah
5 Shri P Shashikanta Singh
6 Shri S Jeeten Singh
7 Shri L Manglem Singh
8. Shri M. Ranjit Singh

কংগ্রেস দল অসিগী নুংতিগী ফোংবা চেফোং অমা লৈরমই। মতম অমদি মমীং য়াম্না চৎপা অমসুং মশিং য়াম্না চৎপা চেফোং অমা ওইরম্বনী অদুবু ঙসিদী মদু ওইদ্রে।

## কংগ্রেস দলগী চেফোং অমা ওইরিবা চেফোং "সিমান্ত প্রত্রিকা"

ইং ১৯৫৭ মেগী তাং ৮ দা শ্রী এম. কোইরেং সিংহনা সভাপতী ওইদুনা ফমখিবা ইজিকুউতীব মেম্বরশিংগী ওইবা দলগী চেফোং অমা ফোংনবা ৱারেপ লৌখি। অহানবদা চেফোং কংগ্রেসকী চে অমা থুনা ফোংদোক্লবা খন্নখি। চেফোং অদুগী মমীং "মণিপুর" হায়না থোনখি। অদুবু মথংগী ৱারেপ্তা "কর্ম্মী" হায়না ওন্থোক্লবা য়ানখি। অহুমশুবা ওইনা খন্নবদা "সিমান্ত প্রত্রিকা" হায়না থোন্দুনা ইং ১৯৫৭ গী জুলাই তাং ১ দা ইহান হান্না পুথোকখি। হৌজিক ফাওবদা চেফোং অসিগী ইডিটর ৯ শুরে।

**ইডিটরশিং অদু মখাগী মীওইশিং অসিনি:-**

| | | | |
|---|---|---|---|
| 1 | Naorem Birendrakumar<br>Nagamapal, Imphal | - | 1957 |
| 2. | R.K. Ranbir Singh<br>Keishamthong, Imphal | - | 1960 |
| 3. | Th. Tomba Singh<br>Keishampat, Imphal | - | 1975 |
| 4. | Kh. Punilkanta Singh<br>Bishnupur, Bishnupur District | - | 1978 |
| 5. | Senjam Tombinou Singh<br>Kangabam Leikai, Imphal | - | 1982 |
| 6. | Kh. Ibomcha Singh<br>Lamlai | - | 1992 |
| 7. | T. Gunadhwaja Singh<br>Uripok Imphal | - | 1996 |
| 8. | P. Shyamkishore Singh, Dec.<br>Keishamthong, Imphal | - | 1999 |
| 9. | Vidyapati Senjam, 5th Feb.<br>Kangabam Leikai, Imphal | - | 2001 |

## LIST OF THE STAFFS-2001

| | | | |
|---|---|---|---|
| 1. | Vidyapati Senjam | - | Editor |
| 2. | Sanahal Rajkumar | - | Joint Editor |
| 3. | H. Netaji (Nata) | - | Joint Editor |

| | | | |
|---|---|---|---|
| 4. | Kirankumar Ph. | - | Chief of Bureau |
| 5. | Yaikhom Kiran Singh | - | Sub-Editor |
| 6. | Oinam Bondhu Singh | - | Reporter |
| 7. | Sh. Sanatombi Sharma | - | Reporter |
| 8. | T. Ibosana Singh | - | Reporter |
| 9. | Y. Surchandra Singh | - | Manager |
| 10. | Thongam Suraj Singh | - | DTP Operator |
| 11. | Bob Tonsing | - | DTP Operator |
| 12. | Nabachandra Singh | - | Machineman |
| 13. | Romee Singh | - | Machineman |
| 14. | Thokchom Dinesh Singh | - | Machineman |
| 15. | Kangujam Lemba Singh | - | Machineman |
| 16. | Y. Tony Singh | - | Helper |
| 17. | R.K. Denny | - | Photographer |
| 18. | Thounaojam Anand Singh | - | Correspondence |

চেফোং অসিগী ইডিটর অমা ওইনা ঐনা থবক পুজরকপগী ইকোন কোনবা থৌরমগী ফোটো। অমসুং চেফোং অসিগী অহানবা কোপীদা মীৎয়েং তাবীবা দরকারসু ওই।



# মণিপুর রাজ্য সরকারগী অওনবা শক্তম

Secular Progressive Front (SPF) কংগ্রেস দলনা লুচিংবা সরকার অসি ইং ২০০২ গী মার্চ ৩১ দগী সাসন তৌবা হৌখি। মমাংদা পাল্লম্বা কংগ্রেস নৎতবা ময়ান তুয়ানগী সাসন মখাদা মণিপুর রাজ্য লুপা: কোটি ৬৫০ হেন্না পুথদুনা লৈরম্বা থৈংনখি। মদুনা মরম ওইরগা অনৌবা প্লান তৌবদি লাইরদনা মণিপুর সরকারগী কর্ম্মচারী কয়াগী থাগী তলব পিথোকপা ফাওবা ঙমলমদে। মতমদুগী সমাজ অঙকপা মখলগী অৱাবা ফিবমদা লৈখি। মণিপুর রাজ্য কংগ্রেস দলনা সাসন পায়রগসু সেন্টৰ সরকাবদি NDA সরকার বিজেপিনা সাসন পায়দুনা লৈবা মতমনী। পুথরীবা লুপা কোটি ৬৫০ অসি ভারত সরকারদা লোন ওইনা ওন্থোকপীনবা কয়ারক হায়র্জখি। অদুবু মতমদুগী BJP লুচিংবা সাসন্না য়াবা কৌবা লৈখিদে। অদুম ওইনমাক অশা অমদি লাকখি মদুদি মতমদুগী NDA সরকারগী প্রধান মন্ত্রি শ্রীবাজপাজিনা North East State শিংদা Special Visit তৌগনী। মহাক্কী খোংচৎতা অসাম, মিজোরম, মেঘালায়া, নাগালেন্দনচিংবা য়ৌরবা মতমদা লুপা কোটি লিশিং লিশিং প্রধান মন্ত্রিগী খুদোল ওইনা পিখি অদুগা মণিপুর রাজ্যদি য়ৌবকখিদ্রে। মদুনা তাকপদি NDA সরকারনা মণিপুরগী প্রজাশিংদা নুংশিবা ৱাৎপগী থৌওংনি হায়বা তাই। মণিপুরগী প্রজা মীয়াম্না অশা তৌজরম্বা মংলান অদুদি মংফাওনবা ঙমখিদ্রে।

অদুমক ওইদুনসু কংগ্রেস দলনা লুচিংবা SPF সরকার অসিনা মীয়ামগী স্বাঁথদা থবক কয়া অমদি তৌরকখি।

SPF সাসনগী অহানবা খোংথাংদি মণিপুরগী সিমানা কনবনী। UPA সরকারগী প্রধান মন্ত্রি Dr. Manmohon Singh না মণিপুর প্রজা মীয়ামদা থাজবা পীবীখী "The territorial boundaries of the state of the region would not be disturbed without the consent of the people.

লাইবক থীবা থৌদোক হায়বা তায় ইং ২০০১ গী জুন ১৮ দা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মতাংদা ভারতকী সংসদতা কংগ্রেস দলগী লুচিংবা শ্রী মনিশঙ্কর আইয়রনা অসুম্না ৱারোল পীখি -

**শ্রী মণিশঙ্কর আইয়র** : মি: দিপুতী স্পীপর সার, মণিপুরদা হন্দক ৱাহৈনা ফোংদোকপদা ৱারবা থৌদোক অমা থোকখিবসি এক্সিদেন্ট নত্তে। মসি মমাং থা খরদি হন্দক্তা চুখৎতুনা চাকহনখিবা মৈজাও অদুদগী শন্দোরকপনি। থৌদোক অসিগা লোয়ননা নিংঙমদবা অমদি

পেন্নদবদগী হৌরকখিবা মৈজাও অমগা শম্নখিদুনা মণিপুরদা নত্তনা অৱাং-নোংপোক ভারত শিন্নুংনা মৈশা ফংখিবনি। হায়রিবা মৈজাও অহুমসিগা মরি লৈনখিবা মণিপুরগী সামস্যাশিংদি (১) রাজ্য অসিদা হৌখিবা মতম খরদগী চত্থরকলিবা রাজনিতিগী কুটনিতী, (২) কাংলুপ মশেলগী মরক্তা উংখৎনবা ৱাখল্লোন হেঙ্গৎলকপা, অমসুং (৩) থোইদোক হেন্দোক্লা ঐখোই পুম্নদা অকনবা চৈথেং পীরিবদি সিজ-ফয়ারগী লম শন্দোরকপদা মণিপুরগী ঙমখৈ লানশিল্লকপগী ৱাফমশিং অসিনি।

মথক্কী ৱাফমশিং অসি অমমমতা ওইনা খন্নবা তারবদি ফেব্রুৱারী ২০০০ ইংদা পাংথোকখিবা বিধান সভাগী মীখলগী ফলদগী হৌবনা অচুম্বা ওইগনি। অদুদা বি. জে পী. ৬, সমতা ১ কাখিবনি। খ্বাইদগী ঙকপদি মতম খঙদনা তানজা অমদা হেক্তা মুথৎনবগী থৌরাং লোইবদনা থবক তৌবা য়াহন্দনা সসপেন্দ তৌদুনা লৈরিবা বিধান সভাদা বি. জে. পীগী মশিং ২৬ অমসুং সমতা পার্টিগীনা মশিং ১৩ য়ৌখি, মতাং অমদদি হাউসকী মেম্বরশিংগী অপুনবা মশীং ৬০ গী মনুংদা ৫৯ না এন. দি এ. দা চংজফম লৌখ্রবনি। সার, ঐদি জর্জ্জ ফর্নান্দিজগী মীং পনবদা হেক্তা মফম খঙদনা অশাউবগী মৈ হৌবা মীশকনি। অদুনা মহাক্কী মমিং পনবদা হেক্তা মফম খঙদনা অশাউবগী মৈ হৌবা মীশকনি। অদুনা মহাক্কী মমিং পনবগী মহুত্তা পাউমী অমনা য়ানিংদবা ৱাফম অমা অতোপ্পদা করম্না ঙাংগদগে হায়বগী মরমদা খন্নবনা হেন্না পামজৈ হায়বকপদা দিপুটি স্বীকরনা ফজদবা থৌওংদগী থৈদোকপা হায়বসি সভ্যতাগী খুদমনি হায়রকখি। সার, ঐহাক ইশাগী ওইনদি করিমতা হায়জরোই।

ঐনা মতাংসিদা মীয়াম্না নিংথিনা শকখঙলবা পাউমী শ্রীশঙ্কর শন্ ঠাকুরনা Indian Express তা ইখবদু নিংশিংজনিংই। সার, ঐবু ৱারৌবীগনু।

**He Says**

"So, when rumblings struck Manipur's fickle politics again last November, Fernandes grabbed the chance he had long been waiting for. As Defence Minister, he was quick to latch on to the crisis in the Manipur State Congress Party and used his old links to effect enough defections to bring down the Nipamacha Singh Government, Koijam, the old Fernandes ally, led the rebles and with substantial help from New Delhi .............."

**Sir, I underline this sentence**

"................ with substantial help from New Delhi, was able to form a Government in the Sta. . under the Samanta Party nomenclature, Indeed, Fernandes beat his greater ally, the BJP, which too has been keen on securing a foothold in the North-East".

**Further, it says**

As a senior Samata leader put ıt, "We may be jonior allies in New Delhi, but we are the senior Party in Manipur and that has to be recognised"

কেন্দ্র সরকার শেন্নদা য়াওরিবা এন. দি এ. গী মরুপ ওইরিবা দলসিনা অৱাং-নোংপোক্কী ঈরাং লৈরিবা মফম থোইদোক হেন্দোক্লা নেতাজী সুভাস বসুনা আই. এন. এ. গী শক্লাইরবা লুচিংবা অমা ওইনা ভারতকী মচু মহুমগী নীং-তম ফিরাল শ্বাইদগী হান্না চিংখৎখিবা মফমদা নেসনেল পার্টিনি হায়না মখোইদনা খঞ্জবা রাজনিতি দল খরনা থোকহনখিবা ৱাথোক নিংশিংলুরগা ঈরাং থোক্কনবা মফমদা মখোইনা দায়ত্ব য়াওদবা ৱাফম হায়রম্বদা করিসু হায়মনবা নত্তে। মখোইগী গেম মদুনসু লোইদে। জুলাই ৩০, ২০০১ ইংদা Hindu গী চেফোংদা অসুম্না হায়রি।

"It is understood that the party's in charge of the North-East affirs, Mr. Padmanabhacharya, was virtually put down during discussions by the Union Home Minister, Mr. L.K. Advani. The Home Minister reportedly charged him with being totally irresponsible and immature in his articulation of the Manipur situation which had portrayed the BJP as trying to get its Government installed in the State by engineering defectings."

মতমদুদা মণিপুরগী ওইরম্বা ফিভম মথক্তা হায়জরিবা অসিনি। ফিভম অসি মখা তানা লৈরম্মী। National Party খরনা দায়ত্ব য়াওদবা থবকশিংদা খুৎ থিংজিংবদগী মফম ইখঙ-খঙহৌদনা অহানব মৈ হৌখিনি। অনিশুবা মৈজাওনা লমদমসিদা লৈরিবা কাংলুপ মশেল মরক্তা খঙহৌদনা উংখৎনবা অমা থোরকপদগীনি। ঐনা মতাংসিদা নুংঙাইতবদি বি. জে. পী. গী back benchers খরনা মশা-মশাগী ৱা ঙাংলম্লগা অতোপ্পনা ৱা ঙাংলমদাইদা House কী মপান্দা হেক হেক থোকখিবগী হৈনবী অসিদা Chair গী পুকনিং চিংশিঞ্জরি। খুদম ওইনা, খারাবেল স্বাইন অমসুং শ্রী রুদি হাউসতা লৈতে। থৌওং অসিনা হাউসকী চৎনবী অমসুং ইকাই খুম্নববু লৈখা তাহল্লি। মসি হাউসতা তোয়না থোকপা থৌদোকশিংগী মরক্তা নিংশিংবা য়াবা ঙাক্তনি। মশা লৈরসু লৈত্রবসু মখোইনা হায়খিবশিংদি হাউসকী রেকোর্ডতা লৈরবনি। অসিগুম্বা থৌদোকশিংনা মরম ইচা-চাদনা মীয়ামগী মরক্তা পেন্দবা পোক্লরকপদগী কাংলুপ মশেলগী মরক্তা উংখৎনবা পোকহল্লি অমসুং করিসু কান্নদবদা মণিপুরদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবা মীয়ামগী মরক্তা চিংনবা অমসুং পেন্দবা পোকহল্লি। মসিনা মণিপুরদা অনিশুবা মৈজাউ হৌনবগী মরম ওইখিবনি।

সার, ঐগী মাংদা মণিপুরী তোঙান-তোঙানবা সংস্থান কয়ানা ভারত সরকার অমসুং লমদমদুদা চৎলুবা রাজনিতী দলশিংগী মীহুৎশিংদা খুৎশিন্নরকপা ৱাকৎচে কয়াগী কোপীশিং ঐখোইগী খুত্তা পায়রি। অদুনা রাজ্য অদুদা লৈরিবা কাংলুপ মশেলগী মরক্তা লৈরিবা চান্নবগী ৱাখল্লোন নহাক্কী মাংদা থমজগে। ঐনা ৱাফম খরা হায়জগদৌরিবা অসি লোইবা ফাউবদংদি অৱাবা খাংদুনা তাবীয়ু। মণিপুরদা লৈরিবা সেক্যুলরিজমগী ৱাখল্লোন জাম্মু কাশ্মীরদা লৈরিবা মওংদগী হেন্না দর্শনীক ওইবনি। মরম অদুনা House অসিদা তোয়না তাবা ফংদবা মণিপুরগী নুংগী ৱাখল্লোন খরদং ঐনা সভাগী মমাংদা থমজনিংই। অহানবা ওইনা Lilong United Clubs Organisation কৌবা মণিপুরদা লৈবা Muslim Minority শিংগী সংস্থান অমনা অসুম্না হায়রি: -

"Manipur is mini Indian in which all communities belonging to hills and valleys have been living together peacefully for the last two thousand years or more"

তানজাসিদা Shri Swain না মণিপুরদা করম্না কাংলুপ মশেল চান্ননা লৈমিন্নবগে হায়বগী মরমদা ভাষন কয়া পীরি। সার, তানজাসিদা জুন ২৬, ২০০১ ইংদা মীয়ামগী খোল্লাউদা যুম্ফম ওইরগা AMSU না পীরকপা Representation অমদা অসুম্না হায়রি।

"The people of Manipur realise the impreative need of strengthening the emotional and social bonds of all indigenous people of Manipur even stronger by respecting and proteting each other's economic, social and cultural rights and by realising the shared common destiny as one people with one political aspiration."

মথংদা Manipur Political Sufferer's Association না হায়বিরকপা ৱারোল অমা থমজরি:

"Manipur is inhabited by more than 30 ethnic groups who have been living together harmoniously for ages. There can hardly be anything but communities when all this happens leading to very undersirable and tragic conseq :ences."

সার, মণিপুরদা লৈবা মীশক অমদা ঐখোয়না Secular Society অমদা করম্না হিংমিন্নগদগে হায়রুবগী মথৌ তাদে। খুদমদি, ঐনা পায়রিবা চেশিং অসিদা All Manipur College Teacher's Association না মখাগী অসুম্না হায়রি:

"Demographically, the hill district of Manipur are inhabited by different tribes. Since time immemorial, these tribes along with the Meiteis have

had cultural, social and economic bond. Many ethnic groups are intermingled in Manipur like a well-woven fabric."

সার, Manipur University Teacher's Assn. না মখাতানা হায়রি-

"The extension of the cease-fire will definitely disturb the harmony of the pluralistic, multi-ethnic, multi-lingual and multi-religions nature or the Manipur Society".

And, finally I would share these words with you from the lowest forum. "Many non-Nagas are residing in the areas to be covered by the cease-fire. Many groups in Manipur belonging to both the Nagas and the Non-nagas have strongly opposed the extension of the boundary of the cease-fire agreement. But same people to get political mileage and personal gain are trying hard to strike a wedge between people living in the hills and vales of Manipur.

সার, মথক্তা হায়জখ্রিবা ৱাফমশিং অসিদগী হেন্না শক্তি লৈরবা খোঞ্জেল অমদি শীংজমৈ কেন্দ্রদগী বি. জে. পি. গী টিকেত্তা কারকখিবা শক্লাইরবা থবক্তগী পোথারবা অমী ওফিসার কর্নেল ঐচ, ভুবন সিংহগী ৱাহৈশিংদুনি। মহাক্না হায় মদুদি মণিপুরগী নুপীমচা অমা লুহোংবদা তাংখুল নাগানা লৈরুম কৌবা ফি অমা আউনপোত্তা হাপ্পী। অদুগা মৈতৈশিংগী উমংলাই হরাওবদা তাংখুল নাগাগী জাগোইশাবা য়াওই। মেরা থাউমৈ থানবদা অশাংবা ৱা য়ুংলগা মতোন্দা থাউমৈ অমা থান্দুনা তাংখুলশিংগা মৈতৈশিংগা মচিন-মনাওনি খণ্ডনবা খুদম উৎপনি।

অসিগুম্বা রাজ্য অসিনি কাংলুপ মশেলগী মরক্তগী নুংশি চান্নবা মাংখিদুনা কিনিংঙাই ওইরবা য়েংথিনবগী ঈরাং থোরকলিবসি। কর্নেল ভুবোনগী ৱাফম অসিনা ঙসিগী ভারত অসিগী শেৎন-খাইনবা য়াদবা শরুক অমা ওইরিবা মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউথোকনিংঙাই ওইবা চৎনবীনি। সার, মণিপুরগী অপুনবা মীশিংগী শরুক অহুমগী অনিদি মীতৈনি। তাংখুলসিংদি মুস্লিমশিংগী মশীংদগী হন্থবা কাংলুপ অমনি। মণিপুরদা মপুংফানা রাজ্য ওইরকপদগী চহি ২৯ থা ৬ কী মনুংদা মৈতৈনা চহি ৯ থা ১০ চীফ মিনিষ্টর ওইখ্রে, হায়রিবা মতম অসিদি শ্রীরিশাং কৈশিংনা চীফ মিনিষ্টার ওইখিবা মতমদগী হেন্না তেল্লিবনি।

সার, রাজ্য অসিগী লোক-সভা সিট অনিখক্তং লৈ। অমনা ইন্নর মণিপুরগীনি, অদুগা অনিশুবনা আউটর মণিপুর লোক সভা সিটনি। আউটর মণিপুর লোক সভাগী কনষ্টিটুয়েন্সিদা তাংখুল মঙা অমসুং কুকী মরীনা এম. পি. ওইখ্রিবনি। রাজ্য অসিগী ইতিহাস হঙ্গৎনা য়েংলুবদা মশীং য়াম্না কংলুপ্তুনা সাসন তৌবগী ৱাফম লৈতে। অদুগী মথক্তা হৌখিবা চহি ৩০ গী মতম

হঙ্গৎনা য়েংলুবদা রাজ্য অসিদা কাংলুপকী উংখৎনবগী লাইবকথিবা থৌদোক হৌখিবা থা অহুম মখাইগী মনুংদা থোকখিবা থৌদোকশিংদু মমাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রি হায়বা য়াই।

নাগালেণ্ডগা মণিপুরগা তাইনবা লমদা সমস্য খরা লৈরিবদুদি ঙসি ঙরাংগী ৱাফম নত্তে। মদুদি ইং ১৯৬০ গী অহানবা য়ানচে চৎনখিবা মতমদুদগী অদুম লৈরক্লবনি। হৌখিবা চহি কয়াসিদা তোঙান-তোঙানবা ৱাখল্লোন পুথোক্লদুনা সেক্যুলরিজমদা য়ুমফম ওইরগা হৌখিবা মতম কয়াদা মণিপুরদা কাংলুপ মশেল নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরকপগী পান্দম কাইহন্দনা লাকলি। খঙহৌদনা থোরকখিবা অপুনবা শক্তম কাইরকপদগী মরুওইবা মরমদি অনৌবা সার্দার পটেলনা লৈবাকসিগী চরাংনদুনা লৈরিবা লমদমসিদা লৈঙাকলোনগী অনৌবা চৎনরোল পুথোরকপদগী ওইরকপা ফলনি। মদুগী দায়ত্বদি হৌজিক সাসন পুরিবা কেন্দ্রগী সরকার অসিনা পুগদবনি।

লমদমসিদা অহুমশুবা মৈজাও হৌরকখিবগী মরমদি শিজ-ফয়ারবু নাগালেণ্ডগী ঙমখৈ হেন্দোকনা চৎনহনগনি হায়না লৌখৎলুবা থৌরাং অদুগী ফলনি। মতাংসিদা ইতিহাস হঙ্গৎনা য়েংলগা ৱাফম খরাময়েক শেংবা মথৌতারি। মবম অদুনা ইতিহাস হঙ্গৎনা য়েংলগা ৱাফম খরা ময়েক শেংনা থম্বা মথৌ তারি। মতাংসিদা Mr. Dy. Speaker না মেম্বরগী ৱাফম খরা তেনশিন্নবা হায়রকপদা শ্রীমনিশঙ্কর আইয়ারনা ৱাথোক অসিগী মরমদা ময়েক শেংনা হাউসতা পাউদম্নবা মতম খরা হেন্না পীবিনবা হায়জখি।

জুন ১৪, ২০০১ ইংগী বেঙ্কোক এগ্রিমেন্টকী মায়োক্তা অসুম তমথিবা ঈহৌ থোরক্কনি থাজরুদে হায়বা গৃহমন্ত্রিগী ৱারোলদা অঙকপা থৌদোক অমা ওইদনবা খরা শন্দোকনা হায়জনিংই। ফেব্রুৱারী ২৭, ১৯৯৭ ইংদা মতমদুগী প্রধান মন্ত্রি Deve Gowda না Muivah উন্নরুবগী পাউ হাউসতা তমখি। মথংদা জুলাই ২১, ১৯৯৭ ইংদা অমুক প্রধান মন্ত্রি I.K. Gujral না সিজ-ফায়ার আগষ্ট ১, ১৯৯৭ ইংদগী চৎনবা হৌরগনি হায়না হাউসতা খঙহনখি। অদুগা হন্দক অমুক লাউথোকলিবা সিজ-ফয়ার অসি নাগালেন্দ মনুংগীদা ওইগদ্রা নত্রগা নাগা লৈবা অতৈ লমদশু চৎনহনগদ্রা হায়বগী মতাংদা চিংনবা ফোংদোক্লরকখি। মতমদুদা ৱাথোক অসি নিংথিনা শস্তাইনদ্রি হায়বগী প্রমান্দি ইম্ফালদা মীয়ামগী রেল্লিনা লৌখিবা মখাদা পীরিবা ৱারেপ অসিনা ময়েক শেংলবা শাক্ষীনি।

> "The people of Manipur should stand firmly together for safeguarding by all means available with them the existing territorial integrity and boundaries of Manipur State against all odds and take all steps and measures necessary and expedient so as to strengthen the existing inter-community bonds and make ethnic harmony more meaningful and lasting."

ৱারেপ অসি ভারত সরকারনা থারকখিবনি। ৱারোল অসি শ্রী আদভানীগী মরী লৈনবা ফাইলদা য়াওরিবরা হায়না খঙনিংবা ফোংদোকখি। আগষ্ট ৭, ১৯৯৭ ইংদা ঐখোইনা ফংখিবা পাউগী মতুংইন্না ৱারেপ অসি প্রধান মন্ত্রিদা মতমচানা থাখি, অদুনা মরী লৈনবা ফাইলদা য়াওরিবা হায়বা ৱাহংগা লোয়ননা মখা তারি:

> "Five lakh Manipuri people in a mass rally held on 4th August 1997 have urged upon your Government to make an offical and categorical statement on the floor of Parliament that as long as Manipur State remains in the Union of States in India, you are not taking any step whatsoever so as to distub the territorial integrity of Manipur at any point of time".

ৱাফমসিদগী তশেংনা খঙবা ঙম্মী অদুদি আগষ্ট ৭, ১৯৯৭ ইং দগী হৌনা লমগী ঙমখৈ অমসুং সিজ-ফয়ার অনিগী মরক্তা শাথিনা চয়েৎনবা লৈরে। ঐনা হৌজিক খঙনিংবদি মার্চ ১৯৯৮ দগী শ্রীঅতল বিহারি বাজপায়গী সরকার অমসুং NSCN (IM) গী লুচিংবগা উনখিবগী মরমদা শ্রীরাজিব প্রতাব রুদ্রনা পনখিবা ৱাফম অসিনি। অদুগী মখা চথরকপদা সিজ-ফয়ারগা মরি লৈনবা ৱাফম অমসুং NSCN (IM) না পীরিবা স্বত্ত অনিগী মরক্তা শন্থাইনবগীদমক শ্রী স্বরাজ কৌশলবু হাপখি। মদুদগী ইকুই কুইদনা শ্রী স্বরাজ কৌশিলনা ৱারোল খবা তহা-তহানা হায়দোক্লুবদগী খঙহৌদনা ঈরাং থোরকখি। মদুগী ফলনা অন্দোলন অদুবু লুচিংলিবা All Manipur United Clubs Organisation (AMUCO) না মখাদা পীরিবা ৱাহৈ খরসি চিঠি ওইনা প্রধান মন্ত্রিদা ইখিবনি। ৱারোলদি :

> "ভারত সরকার অমসুং শন্তাইনবগী থবক্তা য়াওরিবা অতোপ্পা পার্টি নত্তগা মীশক অমতনা মণিপুরগী ঙমখৈ ওন্থোক-ওনশিন নত্রগা হোংদোক হোংজিন তৌবগী ৱাফম পুথোক্কুনা খন্নবা য়ারোই। সংস্থান অসিনা মখা তানা হায়রি মদুদি ভারত সরকারগী মীহুৎ ওইনা ৱারী শানবা হাপখিবা স্বরাজ কৌশলনা মশাগী মথৌগী ৱাংমদা থবক তৌদুনা মণিপুর মচেৎ তানা থুগাইনবা হোৎনরকপা হায়নিংঙাই লৈতনা লাইবক থিবা অমনি"

ইং ১৯৯৭-৯৮ দগী সরকারগী থৌশিলদা য়ানিংদবা ৱারোল পীরকপগী মহৈ ওইনা সেপ্টেম্বর ২৩, ২০০০ ইং দগী পদ্মনা ভায়ান স্বরাজ কৌশলগী মহুৎ শিনখি। সরকারগী অসিগুম্বা লুজদবা থৌশিল অসি অঙকপনি। সরকারনা করি ৱাখলদগী থৌশিল অসি পুথোরকপনো হায়বসু ইঙান-ঙান্না উবা ঙম্মী। সার, ঙসিদগী চহি অমরোমগী মমাংদা লৈরম্বা ফিভম খরা নিংশিংলুবদা ৱাখল খরদং খন্থবা ঙম্বা মীশিংদি ইরাই-লাইনা খঙবা ঙমগনি।

AMUCO না ভারতকী প্রধান মন্ত্রিদা ইরকখিবা চিঠিগী ৱারোল New Delhi অমসুং কোলকতাদা ফোংবা খবরশিংদা য়াওরকখি। ৱারোলদি পদ্মনাভায়ানা সেক্যুরিটি ফোর্সেস অমসুং NSCM (IM) অনিগী মরক্তা ৱাবী শানরগা মণিপুর রাজ্যগী মনুংদা লৈরিবা নাগানা খুন্দাবা মফমশিংদসু সিজ-ফয়ার চৎনহনগনি হায়বা অসিনি।

পাউ অসি মণিপুর শিন্নুংনা শন্দোরক্লুনা কাংলুপ মশেলগী মরক্তা অমনা অমবু চিংনবা, থাজদবা পোক্লখি। মণিপুরগী কবিগুম্না মফম অমদা সিজ-ফয়ার য়ৌরকপা হাযবসি অচৌবা লাইবক থিবা অমনি। ৱাফম অসিনা মী পুম্নমক্কী ৱাখলদা নুংনাংবা পোকহল্লি। লোযননা সিজ-ফয়ারগী মরমদা ঙাংনবিবা ৱাফম অসি সরকারনা থবক ওইনা পাংথোরক্লবনি মণিপুর কবি ওইবগদগে হায়বসি অরুবা ৱাহং অমনি খল্লুবদা মীপুম খুদিংমক নুংনাংদবা য়াওরিবা মতাংসিদা AMUCO না ৱার্নিং তৌরি মদুদি সবকার অসিনা তৌনিংবতা তৌগনি হায়বগী ৱাখল্লোন অমদগী খুদোংথিবা থোরক্লবদি মদুগী দায়ত্ব কনানা লৌগনি হায়বসি অরায়বা ৱাফম নত্তে। মতম অসি থেংলবনিনা ঐনা খনবদা মিনিষ্ট্রী-ওফ-হোম অফিয়ার্সতি ফমুং চংখিবা ফনা কুইরমলগনি, তুমলম্না য়াবে। ফিভম অসিদা সরকারনা মতৌ করম্না নত্রগা করি পাম্বৈ শিজিন্নদুনা মীয়ামী মাংদা লেপ্লগা খঙহৌদনা থোবকপা খুদোংথিবা মায়োক্লগদগে? ৱাহৈশিংসি তাবদা ঙাইহাক্কী ওইনা হাউসতা চরাংনবা থোকখি। মতাংসিদা Mr. Deputy Speaker না মেম্বরগী মতম লোইরে হায়বকপদা শ্রীমনি শঙ্করনা চিয়ারগী অয়াবা লৌজরগা মখা খবদং হায়রগা লোইজরগে হায়বা ৱাফম থমখি। সার, মকওইবা ৱাহং খরসু লৈহৌরি, অদুগী মথক্তা কংগ্রেস পার্টিগী অৱাং নোংপোক লমদমগী ইন-চার্জ ওইবনিনা মরুওইবা ৱাহং খরা খন্ননিংবা লৈ হায়বসি গৃহ মন্ত্রিজিগী মাংদা থম্লিনবা খঙহঞ্জরি।

সেপ্তেম্বর ২৮, ২০০ ইংদা প্রধান মন্ত্রিনা North East State কী Chief Minister শিংবু পুন্না কৌবগী মহুত্তা মখোই খরদংগা অখন্নবা ৱাফম তান্নবগী মওংদা কবি খন্নখিবগে হায়বদু তারুদ্রবসু ঐখোয়দা খঙহল্লকখি মদুদি মীটিং অদুদা য়াওখিবা চীফ মিনিষ্টার মবিমক্লা নাগালেন্দগী ৱাংমদা সিজ-ফয়ার চৎনহনবগী মায়োক্তা লেপখি। মখোইনা হায়বদু তাদ্রবদি থৌশিল অদুদা য়াওরুবা পুম্নমক অৱাবা নংগনি হায়রম্মী। মদুগী তুংদা থা ৯ লৈরগা জুন ১৪, ২০০১ ইংদা খঙবা ঙমখি মদুদি নাগালেন্দ নত্তনা অৱাং নোংপোক্কী রাজ্য অতৈশিংদি খুমাংদা নেৎশিন দুনা থম্নবা শেমশাবা লোইরে।

**জানুৱারী, ২০০১ ইংদা শ্রী শঙ্করশন ঠাকুরনা জর্জ্জ ফনান্দিজনা মণিপুরগী নিপামচা সরকার চিংথুনা conspire তৌরে হায়না মরাল শিরকপদগী গৃহ মন্ত্রিনা মণিপুরদা রাষ্ট্রপতী সাসন থম্বা য়াবগী ফিভম লৈরে হায়না ফোংদোরকখি। অদুবু কংগ্রেস পার্টিন গৃহ মন্ত্রিজিনা**

ফোংদোকলিবা ৱাফমদুগী দায়ত্ব পুবগী ৱাফম লৈত হায়না ময়েক শেংনা ফোংদোকখি। নখোইনা সরকার পায়রিবা, মরম অদুনা অতোপ্পা পার্টিশিংদা মখোয়গী করি ৱাখল লৈবগে হায়বদু খঙদোক্লগা ঐখোইদা পাউ খঙহনবীরকউ হায়খি। মদুদগী গৃহ মন্ত্রিনা ৱাফম অদু অমুকহন্না কংগ্রেসতা হৌদোরকখিদ্রে। মদুগী মহুত্তা অতোপ্পা লাল্লোং হৌখ্রে। মদুদগী ইকুই-কুইদনা রাধাবিনোদ কোইজম সরকার লৈখ্রে। মদুদা লোয়ননা মেম্বরশিংনা মাইকৈ অমদগী অতোপ্পা মাইকৈদা চোংথোক চোংশিন তৌরকপদগী বি. জে. পি. সু গেম অসিদা য়াওশিল্লকখি। মদুদগী অমত্তা লৈরমদবা সমটা পার্টি অমসুং মেম্বর খুজোক অমখক লৈবা বি. জে. পি. গা লৌতুনরগা অকনবা লাল্লোং তৌরকখি।

থৌদোকশিং অসিগী মখা চত্থরকপা উরুবদগী মীযামগী ৱাখলদা রাজনিতী হায়বসি তশেংনা তমথিরবা গেমস অমগুম চৈনরকপা হৌখি। মে ২৩, ২০০১ ইংদা AMUCO না অমুক হন্না প্রধান মন্ত্রিদা ইরকখি। মতমসিদা জুন ১৪, ২০০১ ইংগী বেঙ্কোক চুক্তি শহি তৌনগদবা চয়োল অহুমগী মতমদা ঙাইরবনি। হৌখিবা চহিগী সেপ্তেম্বর ২৪ দা সিজ-ফয়ার মণিপুরদা চৎনহন্নবা হোৎনরকপদা মী লাক্ষ-লাক্ষনা হায়নরূবা লৈতনা লম্বী শোরোক্তা থোরক্তুনা মণিপুর সিজ-ফিয়ার চৎনহনবা য়ারোই অমসুং লমদম অসিগী অমত্তা ওইবা অপুনবা শক্তমদা অকাইবা পীবা য়ারোই হায়না মীয়ামগী অপুনবা খোঞ্জেলনা লাউখিবনি। মণিপুরগী লেজিস্লেটিভ এসেমব্লীদা মার্চ্চ ২৪, ১৯৯৫; মার্চ্চ ১৪, ১৯৯৭; ডিসেম্বর ১৭, ১৯৯৮ অমসুং মার্চ্চ ২২, ২০০১ ইংদা মণিপুরগী অপুনবা শক্তম কাইহনবা য়াদে হায়না ৱারেপ ৪ রক লৌখ্রবনি। গৃহ মন্ত্রালয়না পুম্নমকসি নিংথিনা খঙবনি। হাউস অসিগী মেম্বর পুম্নমক্তা থৌদোকশিংসি নিংথিনা খঙই, মরমদি মণিপুর অসি য়াম্না তাম্না লৈবা পীক্লবা রাজ্য অমনি। লোয়ননা অতোপ্পা সমস্যা কয়াসু য়েংশিনগদবা লৈবনি। গৃহ মন্ত্রালয়না পুম্নমকসি নিংথিনা খঙবনি, মসি উনা উনা, খঙনা খঙনা শ্রী পাদ্মাভাইয়াবু শিজ-ফয়ারগী ৱাফম তাইশিন্নবা বেঙ্কোক্তা থারগা ওন্ন-তৈনবা থৌওংদা নাগালেন্দ ৱাংমা হেন্দোকনা ঙমখৈ তাইশিন্নবা বেঙ্কোক্তা থারগা ওন্ন-তৈনবা থৌওংদা নাগালেন্দ ৱাংমা হেন্দোকনা ঙমখৈ তাইনবদা লৈরিবা রাজ্য অহুমগী নাগানা খুন্দাবা লম য়াওনা সিজ-ফয়ার চৎনহনবা য়াথোকখি।

ৱাথোকসিগী ফল ওইনা ঐখোয়না সিজ-ফয়ারদগী থোরকপা ৱাহং খরা মখা তানা নৈনবা চুমগনি।

সার, মণিপুর ইন্টরনেসনেল য়ুথ সেন্তরদগী e-mail message অমা সংবিধানগা মরি লৈনবা ৱাফম খরা পুথোক্তুনা থারকখি। মতাংসিদা শ্রীঝানা ৱা ঙাংশিল্লকপদা Dy. Speaker না মাঙোন্দসু মতম পীগনি, অতোপ্পনা ৱা ঙাংলিঙৈদা অয়েৎপা পীগনু হায়খি। তানজাসিদা

শ্রীমনিশঙ্কর আইয়রনা অমুক মখা চত্থগে তৌরকপদসু অয়েৎপা পীরকপদগী চরাংনবা থোকখি। থৌওংদুদা Dy. Speaker না চরাংনবা ৱাবোলশিংদি record তৌরেই হায়রম্মী। অদুগা Dy. Speaker না শ্রী মনিশঙ্কর আইয়রদা মহাক্কী ৱাফম লোইশিন্নবা হায়রকখি।

শ্রীমনিশঙ্কর আইয়রনা গৃহ মন্ত্রিদা য়াম্না মরুওইবা ৱাহং খরগী পাউখুম পীবিনবা তকশিনখি। ৱাহংশিংদুদি:-

১। রাজ্য সরকারশিংগা খন্নদুনা মখোইগী অয়াবা য়াউদনা বেঙ্কোক চুক্তি শহি তৌথোকপগা লোয়ননা সংবিধানগী শক্তি করিগী লান্না শিজিন্নবগে?

২। সংবিধানগী করম্বা Provision না গৃহ মন্ত্রিদা করম্বা শক্তি হেন্না পীদুনা রাজ্যগী ওইবা ৱাফমদা নাকল অমতগী ৱাদমক করিগী লৌরুবগে?

৩। সংবিধানগী আর্টিকল ২৬৩ গী মতেং য়াওদনা delicate ওইরবা Federal Relation দা অকাইবা তৌরুবগী অশোইবদু করম্না শেমদোক্কনি।

Mr Dy Speaker Sir গী অপাম্বদি ঐনা হায়গদবা পুম্নমক লোইশিনবনি। মরম অদুনা লোইশিল্লকপদা ঐনা হায়নিংলিবদি ৱাথোক ওইরবা এগ্রিমেন্ট অদুদা য়াওরিবা য়েৎননিংঙাই ওইরবা ৱাহৈ অহুমদু লৌথোকলে হায়রিবদু চৎনবা য়ারবরা? ঙসিগী Hindu চেফোংদা (৩০/০৯/২০০১ ইং) মণিপুরদা লৈবা NSCN (IM) গী মচিন-চৎপা মীহুৎ অমনা জুন ১৪, ২০০১ ইংগী বেঙ্কোক চুক্তিগী অরোইবদা য়াওরিবা “..........without territorial limits” (ঙমখৈ অকক্নবা থমদবা) হায়বা ৱাহৈ অহুমসি লৌথোকপা য়ারোই হায়রি।

সার, অতোপ্পা থৌরাং অমগী ওইথোকপা লৈত্রবনিনা রাস্ত্রপতী সাসন থম্বা তারে। অদুবু ঐখোইনা মখাতানা তকশিনজরিবা থা ৬ কী মতম হেন্দোকহনবা তৌদনা মণিপুরদা মীখল পাংথোক্লবা হোৎনবীয়ু। অদুগা মণিপুর প্রজাগী সহযোগকা লোয়ননা লমদমসিদা শান্তি হনজিনহনবীয়ু। সিভিল সার্ভেন্দা মপাচাদবা থবক শিন্নবিগনু। কংগ্রেস পার্টিদা লৈজরিবা ঐখোইনা আসাম অমসুং নাগালেন্দগী Chife Minister শিংগা পুন্না দাবী তৌজরিবদি শ্রীপদ্মনাভায়াদা শিন্নরিবা থবকসি লৌথোক্লগা সমস্যা অসি নিংথিনা খঙবা অতোপ্পা মীশক অমদা শিন্নরগা শন্তাইনবগী থবক পায়হনবীয়ু হায়না দাবী তৌজরি। মতাংসিদা ঐনা হায়গদবা লোইজরে।

অসুম্না কংগ্রেস দলগী সংসদকী মেম্বর অমনা সংসদতা মণিপুরগীদমক সিমানাগীদমক হায়বীখীবা মীওই লৈত্রী হায়বা য়াই।

অদুবু ২০০৪ দা পাং’োক’া লোক সভাগী মীখল মতুংদা কংগ্রেসনা লুচিংবা UPA সরকারগী Common Minim um Programme দা অসুম্না হায়রী “হৌজিক লৈরীবা অবাং নোংপোক রাজ্যগী টেরিটোরিয়েল ইন্টিগ্রীতী তেক্তা কায়দনা থমগনী”।

# SPF সরকারগী চাওরাকপা চাওখৎ থৌরাংগী ৱাফম

## ১। লৌউ-শিংউবগী লমদা: -

(ক) ইকং থোকপদগী শাফনবগীদমক লৌমীশিংদা ডিজেল ৱাটর পম্প সেট কয়ামরুম য়েন্থোকখ্রে।

(খ) টেমপোরেরী ডাম মশিং খংদনা শাখে।

(গ) Raising of community nursery to transplant গী মখাদা লম হেক্টর লিশিং কয়া য়েন্থোক্লবগী থৌরাং মখাদা য়েনবা হৌখ্রে।

(ঘ) Integrated Pests Management (IPM) লৌবুক কয়াদা চাংয়েং তৌখ্রে।

(ঙ) Seed Treatment Programme গী মখাদা ফৌ, অলু, হৱাই থবাক্লচিংবা কয়া লৌমীশিংদা য়েন্থোকখি।

(চ) Farmer Field School কয়া ওর্গনাইজেসন তৌদুনা লৌমী কযাবু IPM গী মখাদা ত্রেন তৌরে।

(জ) ত্রেক্টরনচিংবা লৌমীশিংদা দবকার ওইবা পোৎলম পীবগী থবক খুৎমাং চাওশিল্লী।

(ঞ) লৌমীদা তোনবা লোন চাং অমদা কোকহন্দুনা অনৌবা অপিকপা শেন্দোয়দা লোন পিথখ্রে।

## ২। হোর্টিকলচর অমসুং সোইল কঞ্জার্বেসন:-

(ক) NWDPRA গী মখাদা লম হেক্টর ৩১৬৫ তৌনবা পান্দম থল্লি অমদি cultivation গী ওইনা হেক্টর ৩৫০০ কোভব তৌখ্রে। Breeder sheed potato farm (Mao) লোয়শিল্লক্লে। Integrated Pest Management Programme গী মখাদা হেক্টর লিশিং কয়াদা হৌগৎলে অমদি মেডিয়ম কোষ্টতা গ্রীন হাউস কয়া শাখ্রে।

(খ) Horticulture Technology Mission গী মখাদা Orange Festival, Lemon Festival গী মথক্তা Bannana Bestival পাংথোকলি।

(গ) হৈরা, মনা মশিং, শিং য়াইঙংনচিংবা মরাং কয়ানা পুথোক্লবা থবক খুমাং চাওশিল্লী।

(ঘ) Green House কয়া কুম্বী-কালেন নাইদনা মনা-মশিং পুথোক্লবা পান্দম থমলি।

(ঙ) NEC Fund গী মখাদা Mao গী Potato Farm পোৎথোক য়াম্না লৈবা ফার্ম ওইরকলরী।

অসিগুম্বা মনা-মশিং পুথোকপদা খুৎলোয়বা হেন্নবা শীনমী অমসুং লৌমী কয়াদা ত্রেনিং পীরি - (ক) মসিগী মথক্তা Fruit Preservation Factory থমদুনা হৈ-রা লিনবা ব্রাফম য়াৎলে (খ) Micro-watershed Project মপুং ফাহন্দুনা হৈ-রা, মনা মশিং লীবশিংদা খুদোংচাবা পীরগনী।

৩। **Vety & All Service:-**

(ক) শা-ষন অনাবা কয়া লেবোরেটরি টেষ্ট তৌখ্রে।

(খ) প্রজাশিংদা Rabies Awareness Programme পায়খৎপগা লোয়ননা শা ষন হিদাক কাপথোকখ্রে।

(গ) অফবা মখলগী ষন পুথোক্লবা থৌবাং য়াৎখ্রে।

(ঘ) রাজ্য অসিদা ষ্টেটকী থাক্তা State Veterinary Hospital District Veterinary Hospital শিং জিল্লাশিংদা লৈরে অদুগা তোঙানবা Sub-Hospital 49 অমদি 109 Vetirinary Dispensary লোয়ননা 34 Veterinary Cate Centre রাজ্য অসিদা লৈরে।

(ঙ) ইং ২০০৭ তা মীয়াম্না মীপাইনরবা Bird Flue Control নিংথিনা পাংথোকখি।

(চ) Cattle & Buffalo Development, Panltry Development Piggery Development, Pony Development, Diary Development কয়া পায়খৎপা ঙমলে।

৪। **Fisheries:-**

(ক) মণিপুরগী Fishery Rule 1998 কী মতুং ইন্না জুন অমদি আগষ্ট থা অসি Takmu commercial fish farm অমদি Waithou Experimental Fish Farm দা ঙা ফাদনবা অথিংবা থমখে। ঙা মচা লাক কয়া টুকমু ফিস ফার্মদা থাদখ্রে।

(খ) ICAR, Kolkatta দগী খজিং অচৌবা পুরক্লুনা ফিস ফার্ম ২২ দা য়েন্থোকখ্রে অমদি মচিঞ্জাকয়ু য়েনখ্রে।

(গ) চহি খুদিংগী নিঙোল চাক্কৌবগা মরি লৈননা ঙাগী মেলা তৌদুনা হেন্না ঙা পুথোক্লবা ফিস ফার্মশিংদা থৌনা পীরি।

(ঘ) লাইরবা লৌমীশিংগীদমক Low Cost House কয়া শাখ্রে।

(ঙ) State Fish "P, ngb " মরাং কয়ানা পুথোক্লবা হোৎনরী।

৫। **মৈ (Power) :-**

(ক) চীংগী মনুং হুৎচিনবা মফম কয়াদা মৈ কে ভি মেগব্বাট কয়া ফংহনবা ঙম্নবা

থৌরাং কয়া য়াৎখ্রে। অসিদা নত্তনা চীংগী মনুং হুঞ্জিনবা কয়াদা মৈ ফংহন্নবা থৌরাং য়াৎখ্রবা অমদি য়াৎলিবা কয়া Solar Lamp থান্দুনা মৈ ফংহল্লে।

(খ) Accelerated Fower Development and Reaform Programme (APDRP) গীদমক Grater Imphal, Churachandpur, Bishnupur অমদি Thoubal দা মপুং ফানা পায়খৎনবা Sanction তৌরে। Scheme অসিগী মখাদা Greater Imphal দা underground wire ফুম্নগী থবক কন্না চৎথরী। Scheme অসিদা Consumer Metering, Metering at Distribution Sub-Station কয়া থবক ওইনা পাংথোকপগী কয়াৎ য়াওরী। Scheme অসিনা Hills area দা Chandel, Ukhrul, Senapati and Tamenglong দসু পায়খৎনবা ব্রাফম য়াওরী।

(গ) Rurul Electribication: খুঙ্গং ২৩২০ রাজ্য অসিগী খুঙ্গং অয়াম্বা মৈ থানবা ঙমলে। মৈগী খুদোংচাদবা মফমদনা Solar Power Plant গী মতেংনা মৈগী মঙাল পীরী।

(ঘ) RGGVY, APDPR, State Rural Electrification MANIREDA নচিংবা রাজ্য অসিগী মৈগী ফীবম ফগৎহনবদা তেংবাং চাওনা য়াওরী।

৬। **টাউন প্লান্নিং :-**

(ক) ম্যুনিসিপালিটি এক্ট ১৯৯৪ অনৌবা Amendment MAHUD তা থাগৎখ্রে।

(খ) Slum upgradation তৌনবা থৌরাং কয়া য়াৎতুনা থল্লে। কৈশামপাৎ ফ্লাই ওভর হৌনবা থৌরাং অমদি থৌবাল কৈথেল, ব্রাংজিং কৈথেল শাগৎলে। মোরে সিমানাগী সহর শেমগৎলগনি। শামুরৌ, ব্রাঙু লক্ষ্মী বজার নচিংবদা লো কোষ্ট সেনিটেসন প্রোগ্রাম পায়খৎলী। ইম্ফাল সহর মনুংদা নুপী কৈথেল অহুমগী পাক্কা বিল্ডীং শাগৎপগী থবক লোয়রদুনা মীয়ামদা খুৎশিন্নখ্রে। NURM থৌরাং মখাদা ইম্ফাল সহর শেমগৎলী।

(গ) Municipal Administration, Housing & Urban Development না deal তৌদুনা Municpal Council, Nagar Panchayat/Small Town Committee (STC) গী খুৎথাংদা Integrated Low Cost Sanitation (ILCS), Environmental improvement of urban slums (EIUS), Swerna Iyanti Shahari Rojgar Yogana (SJSRY), National Slum Development Programme (NSDP) কয়া মায় পাক্কা চৎথরী।

(ঘ) Urban Development প্রোগ্রামগী মখাদা B T Road, Fly Oever Brige লোয়বদুনা মীয়ামদা খুৎশিন্নখ্রে। মসিদা নৎতনা Drain, Road, Culvert, Crematorium শেমগৎ শাগৎলী। লম্বী ময়াইগী মৈ থানবা, Park শেমগৎপ য়াওরী।

(ঙ) Solid Work Disposal অমদি Water Drain কয়া Municipal অমদি Small Town কয়াদা পায়খৎলী।

৭। **Economic & Statatics :-**

(ক) মণিপুরগী মীকোক মীশিং থিবগী থবক লোয়দুনা অনৌবা চেফোঙ লৈরে। তোঙান তোঙানবা জিলাশিংগী Statics Hand Book ফোঙলে।

(খ) State Statistical Bureau অসি ১৯৫৪ জুলাইদা লিংখৎখি মদুগী মখাদা মণিপুরগী মীকোক থীবা হৌখি। ১৯৬২ - ৬৩ দগী চিং অমসুং তমদা National Sample Survey গী মখাদা য়াম্না কন্না Survey চৎথবা হৌখি।

৮। **Commerce & Industries :**

(ক) ইম্ফাল ট্রেদ সেন্টব অদুগা পোরোম্পাৎতা ফুড প্রেসেশিং ট্রেনিং হৌল শানবা যাত্রা হুনখ্রে। ট্রেদ সেন্টর অসিদা হেন্দলুম, হেন্দিক্রাফটস, এস এস আইগী পোথোকশিংগী মেলা পাংথোকখ্রে।

(খ) বীভাগ অসিনা Village industries অমসুং Small Industries গী খুৎথাংদা Trade কয়াগী Departmental Training পাংথোকলী। অমদি Enterprenership Development Programme (EDP) পাংথোক্তুনা মশানা মশাবু থবক পীজনবা থৌরাংসু য়াৎলীবনী।

(গ) বীভাগ অসিগী মখাদা Handloom Industries খুৎমাং চাওশিন্নবা হোৎনরী।

(ঘ) Handicrafts Industries দা থোইদোক হেন্দোকপা মীৎয়েং চংলী।

(ঙ) District Industries Centre (DIC) গী মখাদা Self Employment Programme PMRY পায়খৎতুনা লাইরিক হৈরবা নহরোল কয়াবু তেংবাংলী।

(চ) Food Processing Industries কয়াবু মীৎয়েং কন্না চংদুনা Food Park থম্নবা, Food Processing Training Centre, Mobile Food Processing-Cum-Training Unit লৈহনবগী মথক্তা Bamboo Based Industries মায় পাক্লা চংশিন্নবা SPF সরকারনা য়াম্না কন্না হোৎনরী।

(ছ) Indo-Myanmar Trade মায় পাক্লবা Look Cost Policy গী মখাদা থৌরাং কয়া য়াৎলী।

৯। **Art & Culture :**

(ক) চুড়াচান্দপুরদা ডিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরি ব্লোক শঙ্গাখ্রে।

(খ) পেলেস কম্পাউন্দদা শুমাং লীলাগী মরমদা সিম্পোজিয়ম পাংথোকখ্রে।

(গ) Integrate Heritage গী মরমদা 3 Days Seminar Imphal দা পাংথোকখ্রে।

(ঘ) মণিপুর ট্রেদিস্নেল ম্যুজিককী মরমদা ফেষ্টিভেল পাংথোকখ্রে।

(ঙ) নুমিৎ ১০ নি ইন্টর কলচরেল থিয়েটর বার্কশোপ ইম্ফালগী কংলা ফোর্টতা পাংথোকখ্রে। অসিদা নত্তনা ব্রিক আর্কিটেকচর, আর্ট এক্সহিবিসনচিংবা কয়াসু পাংথোকখ্রে।

(চ) মতমগা চুন্নবা Cultural Complex লুপা কোটি কয়া চংনা শারে।

১০। **Secricultare :**

(ক) চিঙারেলদা সেরিকলচর প্রোজেক্টকীদমক টেক্নিকেল সার্বিস সেন্টর শাবা হৌরে লোয়ননা অতাংবা অফাবা মখলগী মুগাগী পোত্থোক অমসুং মচাক পুথোক্লবা মেলা মফম কয়াদা পাংথোকখ্রে।

(খ) জাপানগী তেংবাংদা Manipur Secriculture Project মায় পাক্লা চংশিন্নবা পান্দম থমলি।

(গ) Secriculture Development Schemes গী মখাদা থাদরীবা শেন্থুং কয়াসি মুগা তিল য়োকপগী থৌরাং চাওথোক্লুনা মুগা মহুম হেন্না লোকতুনা Silk কী লং পুথোক্লবা পান্দম থমলি।

(ঘ) Muibery Plant পাকশন্না থাবা অমদি মদুবু মায় পাক্লবগীদমক Field Aperation Unit মশিং হেনগৎনা থমদুনা য়েংশিল্লী।

(ঙ) Small Scale Industries দা মায় ওনশিল্লীবা কাংলুপ য়োকখৎপা ওইনা State কী থাক্তা মেলা তৌবগী মথক্তা Delhi দা পাংথোকপা মেলাদা শরুক য়ারুই।

১১। **Social Welfare :**

(ক) Juvenile Justice কী মখাদা Care & Protection of Children Act নিংথিনা চৎনবা ট্রেনিং পাংথোকখ্রে। অদুগা Disability Card কয়া য়েঙ্খোকখ্রে।

(খ) Educated Unemployment Disabled Person শিংদা Unemployment Allowance পিথরী।

(গ) Disabilities শিংদি শেলগী তেংবাং পীরী

(ঘ) Old Age Pension চাং নাইনা পীরী।

(ঙ) National Old Age Pension রাজ্য অসিদসু ফংলী।

(চ) National Family Benefit Scheme পিরী।

(ছ) Annapurna Scheme গীদমক শেল চাং নাইনা কায়থরী।

(জ) Grant-in-aid কী শেন্থুং Destitute Children Home শিংদা পিরী।

(ঝ) Working Ladies Hostel, Vocational Training-Cum-Production Unit For Women, Awarness Generation Programme for women নচিংবগী খুদোংচাবা লৈবতা নৎতনা Manipur State Women Development Corporation অমদি Manipur State Women Commission লিংলে।

(ঞ) Bal Bhawan লৈরে।

(ত) Balika Samridhi Yojana (BSY) গী মখাদা নুপী পোকপী মমাদা অঙাংগী মীংদা শেন্থুং পীরী।

(থ) Kishri Shakti Yojana নীংথীনা চলাইরী।

১২। **Minor Irrigation :**

(ক) NABARD কী মখাদা RIDF vi scheme শেন্থুংনা থবক পায়খৎলি।

(খ) বীভাগ অসিগী মখাদা ঈথৈ লৌখোং নীংথীনা ফগৎহন্দুনা লৌউ শিংউবগী লমদা ফজনা তেংবাং পীবা ঙমলে।

(গ) প্রোজেক ২০০ গী ময়াদা M.I. Scheme না MABARD গী মতেংনা লোয়শনবা ঙমলে।

(ঘ) M.I. Scheme না লম হেক্টর লিশীং কয়াদা কান্নবা থৌরাং তৌবদা লম হেক্টর ৯৫০০ রোমদি কান্নবা পিখ্রে।

১৩। **IFCD :**

(ক) বিভাগ অসিনা Earth Dam Spill Way গী থবকশিং Thoubal Multipurpose Project কী মখাদা খুমাং চাওশিল্লী।

(খ) NEC গী থৌরাং মখাদা Nambul River, Imphal River, Thoubal River, Iril River, Kongba River ঈশিং ঈচাওগী খুদোংথীবা নংদনবা থৌরাং পায়খৎপা হৌরে। মসিদা নৎতনা NECগী মখাদগী রাজ্য অসিনা শেন্থুং কয়া লৌথদুনা Power, Education, Health, PWD, YAD, IFCD, Horticulture, Comm. & Indstries, Forest, Science & Technology গী লমদা চাওখৎ থৌরাং কয়া পায়খৎলি। থৌরাং অসিনা হৌজিক ফাওবদা Regional Potato & Breeding

Farm-Mao, Irang & Tubai Hydro Electric Project Tamei-Tenning Road (21, 20 km) Tamenglong-Haflong Road (81, 96 km) Kakching দা 132 KV গী Sub-Station হাংবা Mantripukhri দা IT Park six Flood Control Scheme, Eco-tourism, C.C. Pur দা দিষ্ট্রিক্ট হোস্পিটাল শেমগৎপা জে এন হোস্পিটাল শেমগৎপা Nursing School & Hostel নচিংবা শাবা-শেন্না Sport Comples, Loktak Lake শেমগৎপা য়াওরি।

(গ) বিভাগ অসিনা 1 Loktak Lift Irrigation Project

2. Khampum Dam Project
3. Sekmai Barrage
4. Imphal Barrage
5. Singda Multipurpose
6. Thoubal Multipurpose
7. Khuga Multipurpose
8. Dolaithabi Multipurpose নচিংবা Project কয়া মায় পাক্ল পাখৎলকলি।

।

**১৪। PWD :**

(ক) লম্বী থোং কয়া শেমগৎপা অমদি দরকার ওইবা মফমদা নৌনা খুঙ্গং অমগা খুঙ্গং অমগা ফাওন্নবা কয়াৎ মপুং ফানা চৎথরী।

(খ) ইং ২০০৯-১০ ফাওবদা ৮০০০ কে এমগী মথক্তা PWD Road শেমগৎখ্রে।

(গ) হান্না লৈরীবসিগী মথক্তা অনৌবা থোং ১২ NLCPR গী মখাদা Donner Ministry দগী শেমগৎ শাগৎলে।

(ঘ) অসিদা নৎতনা বিভাগ অসিনা তোঙান-তোঙানবা লম্বীথোং, বীল্ডীং অমদি মতমগা চুনরবা চাওখৎ থৌরাংগী থবক কয়া মীয়ামদা থবক ওইনা উৎলী।

**১৫। Forest :**

(ক) মণিপুরদা Forest কী লম পীকশিনবা হেল্লকলীবা অসি কোক্লবা থৌরাং সরকারনা য়াৎলে। চিংগী মফম কয়া রিজার্ব ফোরেষ্ট এরিয়ানি হায়না লাওথোক্লুনা থমলে।

(খ) ইং ২০০৮ ফাওবদা চিংগী লম্বী সরকারদা অই ওইনা ১৩২,৯৫,২১৭,০০ কাবা ঙমলে।

(গ) থোইদোক হেন্দোক্লা উ-ব্রাগী পোৎথোক অসিগী মথক্তা রবর পাম্বী থাদুনা রাজ্যগী আই লাক্লবা হোৎনরী।

(খ) Thumia Cultivation চাং হন্থহন্দুনা Horticulture অমদি Forestry গী মাইকৈদা মীৎয়েং হেন্না চংদুনা ঊখং কন্নবা সরকারনা হোৎনরী।

**১৬। Health & Medical :**

(ক) হান্নগী লৈরীবা হোসপিতালশিং হেলথ সেন্টরশিং অসি ফীবম ফগৎহনবগী মথক্তা চিং অমসুং তমগী জিল্লা কয়াদা District Hospital শিং ফমুং ১০০/১০০ চনবা হোসপীতাল শানবা যাত্রা হুনবা হৌখ্রে।

(খ) Community Health Centre কয়া Minority of DONER গী মখাদা শেমগৎলকলী।

(গ) 50 Bedded Hospital চিংগী জিল্লা ৫ দা শাগৎলী।

(ঘ) Jawaharlal Nehru Hospital অৱাংবা থাক্তা পুখৎতুনা JNIMS ওনখৎতুনা Medical Institute ওইবা য়ারে।

(ঙ) RIMS পু AIMS কী থাক্তা পুখৎনবা হোৎনরী।

অসিগী মথক্তা State Health Mission, Rural Health Mission গী খুৎথাংদা লুখ্রা ওইবী কয়াবু অৱাফমদগী কন্নবা হোৎনরী। নুপীশিংনা মীরোল্লীগুঁ মতমদা চিঞ্জাক নীংথিনা পীজনবা থৌরাং য়াৎলে। অমদি অঙাং উন্নরবা মতুংদা চাবোকপীদা শেন্থুং পীরী। ঙসিগী SPF সরকার অসিনা রাজ্য অসিদা লৈরীবা মীয়ামবু তিনজং কায়জংদবা মীওই ওইনবা পান্দমগী মখাদা থৌরাং কয়া য়াৎলী। মসি পুন্নমক অসি ঐখোয় পুন্নমক্লা খংমীন্নবা দরকার ওইরে।

**১৭। PHED:**

বীভাগ অসিনা মণিপুরগী প্রজা মীয়ামদা অফবা ঈশিং থকপা ফংনবা থৌরাং য়াৎলি। থৌরাং অসি Urban Warter Supply অমদি Rural Water Supply Scheme পায়খৎলি।

ইম্ফাল সহর অমদি অতৈ মীউনীসিপালনা কোনবা লমদা Water Supply Scheme কয়া পায়খৎতুনা অফা থক্লবা ঈশিং চাং নাইনা ফংহন্নবা হোৎনরী। হান্না তিংলীবা পাইপ লাইন কয়াগী মথক্তা অনৌবা পাইপ লাইন কয়া Doner গী শেন্থুং মখাদা কন্না শেল চংনা পায়খৎলী। Centre না পুথোকপা Urban Development Ministry দগী শেন্থুং লৌথদুনা Water Supply Scheme পুন্নমক মতম চানা মপুং ফানা লোয়শিন্নবা হোৎনরী।

থক্লবা ঈশিং ফংহনবগী মথক্তা Urban Sanitation and Drainage ফগৎনবা Ministry of Urban Development দগী লুপা করোর কয়া লৌদুনা থবক পায়খলী।

Frence Assistant গী মখাদা Sawarage Project লোয়শিন্নবা কন্না হোৎনরী।

Rural Water Supply Scheme : SPF সরকারনা State Plan অমসুং Central Plan গী খুঙ্গং কয়া চিংগী লমদমদা Pipe Line মায় পাক্লা চংশিল্লী। থৌরাং অসিগী মখাদা Individual House Hold Latrimc (IHHL), Rural Sanitation Mission Mart (RSM) and Production Centre (PC) নচিংবা মায় পাক্লা চংশিল্লী। Scheme শিং অসি মায় পাক্লা ফজনা পাংথোকপা Panchayet তা Nirman Gram Puram পিনবা থৌরাং লৈ।

১৮। **Youth & Sports :**

(ক) হান্নদি বীভাগ অসি Education Department গী মখাদা লৈরম্বনী। অদুবু ১৯৮০ গী এপ্রিল ১৬ দগী তোঙানবা বীভাগ অমা ওইহনখি। Khuman Lampak তা Head Office ওইদুনা District ৯ অমদি অতৈ Sub-Division কয়াদা শন্না-খোৎনবগী লমদা হেন্না চাওখৎনবা পুক্লিং চংনা থবক তৌরি। শান্নবগী লমদা ত্রেনীংগী কোচিং কয়া চাং নাইনা শান্নরোইশিংদা পীদুনা নেসনেল অমসুং মালেমদা ইজ্জৎ পুরকপা শান্নরোই পুথোকখ্রে। অসিগী মথক্তা Youth Welfare Programme কয়াবু পাংথোকখিবগী Anti-Drug Abuse Campaign কয়াসু বীভাগ অসিনা পাংথোকলী। বীভাগ অসিগী National Sports Academy লিংদুনা মালেমদা মণিপুরগী ইজ্জৎ পুরকলী।

# EPILOGUE

মণিপুরী জাতীগী ইতীহাসকা শাগোনরবা কংলা মণিপুরনা বৃটিশকী মখাপোনবা লৈবাক অমা ওইখিবদগী হৌদুনা ভারতকী সিফাইশিংনা লৈতাদুনা লৈখি। খৃ: ৩৩ দা ফম্বাল কাখিবা নোংদা লাইরেন পাখংবদগী হৌরগা নিংথৌরেল কয়ানা নিংথৌ ওইদুনা মথং-মথং পাল্লকই। খা-ব্রাং অমসুং নোংচুপ্তা থাঙ্গপাৎনা ক্বোয়শিল্লী অদুগা নোংপোক থংবদনা ইম্ফাল তুরেলনা ঙাক শেল্লী। অদুবু ঐখোয়গী শেংলবা মফম অসি অসাম রাইফলনা পায়শীন্দুনা থম্বসি প্রজা মীয়াম্না পাম্নখিদে। কংলাগী মনুংদা নুংজেং পুখ্রী, নীংথৌনা ফম্বাল তোংফম শুরুং, লাইশং অমদি নিংথৌনা লৈনবা কোনুংনচিংবা মরুওইবা কয়া লৈরী। মতম অমদা খাগেম্বা মহারাজগী হাকতক্তা শাখি হায়নরীবা কংলা শা ঙসি সরকারগী সিম্বোল ওইনরী। প্রজা মীয়ামগী ইহৌদা কংলা অসি অসাম রাইফলনা পায়শিন্দুনা থম্বদা য়ানীংখিদে অদুনা মরম ওইরগা রাজনীতী দল পুম্নমক্না মীখলগী খোল্লাও ওইদুনা লাকলী "করীগুম্বা ঐখোয়না সাসন পায়বা থোক্কলবদি কংলাদগী সিফাই লৌথোক্কনী অদুগা কংলা মীয়ামদা শীন্নগনী" ব্রাফম অসি চহি কয়া চুম্না রাজনীতী কাংলুপ খুদিংমক্না লাওদুনা লাকখি। ভোৎ খুদিংগী মণিপুরী লোল ৮ শুবা সেদ্যুলদা চলহনবা, অপিকপা মেপ অমা পুথোক্তুনা চিং-তম খৎনবা শিনবা, কংলাদগী সিফাই লৌথোকপা, Arm Forces Special Power Act লৌথোক্কনী হায়দুনা কন্না-কন্না ব্রাশকপা অমদি নুপী অঙাংগী, অহল-লমনগী চাওখৎ থৌরাং অঙক-অঙকপা, অকি-অকিবা, অকন-অকনবা ব্রা কয়া ঙাংদুনা ভোৎকী প্রোপাগন্দা ওইদুনা অসুম লাকখিবনী।

- রনবীর সনাসু মুখ্য মন্ত্রি ওইখ্রে, কৈশামথোংদগী।
- রাধাবীনোডসু মুখ্য মন্ত্রি ওইখ্রে, থাংমৈবন্দগী।
- অলিমুদিনসু মুখ্য মন্ত্রি ওইখ্রে, লিলোং কেন্দ্রদগী।
- নিপামচাসু মুখ্য মন্ত্রি ওইখ্রে, ব্রাঙ্গোয় কেন্দ্রদগী।
- য়াংমাইসো শৈজাসু মুখ্য মন্ত্রি ওইখ্রে, উখ্রুলদগী।
- থৌনাওজম চাওবসু ইউনীয়ন মীনীষ্টর ওইরমলে।
- লাইশোম ইবোমচাসু লো সেক্রেটরী ওইবা নৎতনা MLA ওইখি।
- ও. জয়সু মণিপুর বীধান সভাদা খ্বায়দগী কুইনা কাবা মীশক অমা ওইবদা নৎতনা মহামন্ত্রি কয়ারক ওইখ্রে।

মখোয়না লাওখিবা কয়া মীয়ামগী নাকোংনা তাহৌই। অদুবু বীধান সভাদা মুখ্য মন্ত্রি ওইরীঙৈ, মহামন্ত্রি ওইরীঙৈ মখোয়না হায়খিবা থবকশিং অদুবু করীগী তৌরমদবনো হায়বা ৱাফমদুনী ঙসিগী মীয়ামনা হংলিবদি। মতমদুদা মখোয় খংদব্রা নত্রগনা রাজভুগ চারীঙৈদা কাওব্রা'?

ভারতকী ইতিহাস্তা য়েংলগসু অদু মঙাই, জনাতা দলনা চুংশিন্নবা সাসন, বিজেপিনা লুচিংবা সাসন লৈখ্রে।

মতমদুদা ইং ১৯৭৭ কী তাংকক অদুৱাইনী, সেন্টরদসু কংগ্রেস নংতবা সাসন লৈখিবা মতম অদুগা মণিপুরদসু কংগ্রেস য়াওদবা সাসন লৈখি। মতম অদুস্মক্তদনী কংলাগী অৱাংথংবা থাঙ্গপাংকী ফুমজিল্লগা পাকিং ওইনা থৌরাং তৌখি। কংগ্রেস দল নংথবা রাজনীতী দল খুদিংমক তু স্মীন্না খংশিনন্দনা লৈখি।

মতমদুগী কংগ্রেস দলনা "জেল ভরো" হায়বা অন্দলোন মণিপুবদা শিন্দুনা কংলা কন্নবগীদমক হোৎনখি। য়ুথ কংগ্রেস, এন এস ইউ আই অমসুং মহিলা কংগ্রেসনা শিন্দুনা কংলা থাঙ্গপৎ ফুনবা য়ারোই হায়দুনা "জেলনা ঐখোয়গী মন্দীরনী হায়দুনা লৈবাকশিনবা থুংনা অন্দলোন থা ৪ চৎথখি। কংগ্রেস কর্ম্মী লিশিং কয়ানা ফাহনখি। অদুগা কংগ্রেস কর্ম্মী ৪০০/৫০০ না জেলদা ফাজিন্দুনা থমখি।

য়াইস্কুলদগী শৌগাইজম ইবোমচা সিংহ, হৈঙাংদগী মঙ্গি সিংহ, ডি সি সি প্রসিডেন্ট শিংজমৈদগী সরতনচিংবা কয়া জেলদা চংখি। ঐ ইশামক ওজা তোমপোক শিংজৈম কেন্দ্রদগী মাগা লোয়ননা অহুমলক শুবা ওইনা ফাদুনা জেলদা থমখি। জেল মনুংদা ওজা তোমপোক্না চরা হেনবা হৌরকপদগী মহাক জিরী জেলদা থাখি। ঐ ইশাবুনা নুমিৎ ৪৫ নী চুপ্পা জেলদা লৈখি।

মতমদুদা রাজনীতী দল কয়া লৈদুনসু কংগ্রেস দলনা কংলা কন্নবা হোৎনরীবা থবক অদুদা তেংবাংবীবা তৌখিদে। অসুম্না কংগ্রেস দলনা কন্না হোৎনবদগী অৱাংথংবা কংলাগী শরুণ্ক ফুমজিনবা তৌথোক্কুনা কংলা কনবগী অহানবা খোংজংদা মায় পাকখিবা খুদম অমনী। অদুবু লাইবক থীবদি ঙসি কনানসু কংগ্রেস দলনা তৌখিবশিং অদু নিংশিংবীদে। মসিনা তাকপদি প্রজা মীয়াম্না রাজনীতী দলশিংগী অফ-ফত্ত নৈনদে তাকপনী। প্রজা মীয়াম্না রাজনীতী দল খুদিংমক্কী ইলেক্সন মেনিষ্টফেষ্টো নৈনগদবনী। মীখলদা করী হায়খি। সাসন পায়রগনা করী-করী থবক ওইনা পাংথোকলকই হায়বদু খংনবা হোৎনবসু খরা ফৈ। শুপ্নগী মীখল ময়াদা তৌশিন্নবা য়াম্না কেজুয়েল ওইবা থবক থৌরমদা পংথদুনা ভোৎ পিবগী থবক অসি থোকপা ফারে।

# কংগ্রেস দলনা সাসন পায়বা মতমদা

- মণিপুরদা মপুং ফাবা ইউনীভরসিতী অমা লৈবদা নৎতনা সেন্টর ইউনীভরসিতী ওইরে।
- মণিপুরদা লৌউ-শিংবগী ইউনীভরসিতী লৈরে।
- মণিপুরী লোল ভারতকী ৮ শুবা সেদ্যুলদা চনখ্রে।
- মণিপুরদা ট্রাইবেল ইউনীভরসিতী লৈরে।
- মণিপুরদা সিতী কনভেন্সন লৈরে।
- মণিপুরদা Women Commisson লৈরে।
- মণিপুরদা Minority Commission লৈরে।
- মণিপুরদা ট্রাইবেল কৈথেল তোঙান্না লৈরে।
- ইম্ফাল মীউনীসীপাল এরিয়াদগী Arms Forces Special Power Act লৌথোকখ্রে।
- NI গী লালহৌবা লুচিংবা মুইভা মণিপুরদা নমদুনা লাকহনখিদে।
- RIMS পু AIMS কী থাক্তা পুখৎনবা হোৎনরী।
- ইঞ্জিনীয়ারীং ইন্সতীটুৎ লৈরে।
- চিং-তম অনিমক্তা চাওখৎপগী লমজেল তান্নরী।
- কংলা মীয়ামদা খুৎশিনখ্রে।
- মণিপুরদা রেল-ব্রে য়ৌশীল্লকলগনী।
- মৈতৈ ময়েক চৎনহল্লে। মহৈ লোয়শং কয়াদা তম্বা হৌরে।
- টুরিজমগী অনৌবা খোংথাংদা সঙাই ফেষ্টিবেল মীয়াম্না খোয়দানা মীৎয়েং তাখি।
- ভারত প্রধান মন্ত্রি অমসুং কংগ্রেস দলগী প্রসিডেন্ট অনিনা ফিলম ডিভেলপন্টে কোর্পোরেসন, হাই কোট, ষ্টেট বস টরমীনেল, সিতি কনভেনসন অমসুং কেপিটেল প্রোজেক্ট শংগাবীদুনা রাজ্য অসিগী মীয়ামদা খুৎশিন্নবীখ্রে। মসিদা নৎতনা পিরম্বা চাওখৎ থৌরাং শেনফম অমদি অতৈ কয়াৎশিং

  ১। Supra-State শেম্বগী ব্লাফম লৈতে।

  ২। মণিপুরগী ইন্দ্রীগ্রীতী ঙাক শেনগনী।

  ৩। ১৩ শুবা Finance Commission গী শেনফম লুপা কোটি ১৩,৬০০ ওইবা য়াই।

  ৪। ইং ২০১১-১২ গী প্লানগী শেনফম ইং ২০০৪-০৫ গী শরুক্তগী শরুক ৩ হেনগৎলে।

৫। তুলিহল ইয়ারপোটকী ফীবম ইন্টরনেসনেল ইয়ারপোটকী থাক্তা শেমগৎনবা কন্না হোৎনরী।

৬। জিরী-ইম্ফাল রেলৱে ইং ২০১৬ তা লোয়গনী।

৭। National Highway-53 ইং ২০১৩ দা শেম্বা লোয়রগনী।

৮। Old Casher Road শেমজীনবা ইন-প্রীঙ্গীপাল য়ারে।

৯। Maram -Palen Road মথং চহিগী মার্চ্চ থাদা লোয়গনী।

১০। Malom দা Oil Depot শারগনী।

১১। Sekmai Gas Bottling Plant গী শক্তী Mt 600 তগী 1200 Mt দা হেনগৎলগনী।

১২। Joint Venture দা Tipaimukh Hydro Electric Project পায়খৎলী।

১৩। দিষ্টিক্ট খুদিংদা কস্তুর্ব গান্ধি রেসিডেন্সীয়েল স্কুল লিংখৎকনী।

১৪। Ukhrul অমদি Senapati দা Nabodaya School লিংখৎপা য়ারে।

১৫। RIMS & JNIMS কী থাক ৱাংখৎহনবা য়ারে।

১৬। Imphal Mandaly Bus Service কী ৱাফম Myanbar Govt. দা তকশিল্লগনী।

ইং ২০০২ দা কংগ্রেস দলনা সাসন পায়বা মতমদা ভারত অসি বি জে পীনা লুচিংবা এন দি এ সরকার পায়রী। মতমদুদা মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রি শ্রী ও. ইবোবী সিংহনা লুপা কোটি ৬৫০ পুৎথবগী পোৎলুম পুখি। মমাংদা পাল্লম্বা সাসন অদুনা য়াৎলম্বা কয়াৎ অদুনা মরম ওইরগা রাজ্য অসিগী সরকারগী কর্ম্মচারী কয়ানা চহি অমা হেন্না তলব পীবা ঙমখিদে। অদুবু এস পি এফ সরকারনা এন দি এ সরকারদা পুৎথরীবা শেনফম অদু লোন ওন্থোকপীনবা নত্রগা কোকপীনবা হায়জখি। অদুবু য়ারকখিদে। অদুগী মথক্তা মতমদুগী এন দি এ সরকারগী প্রধান মন্ত্রি বাইজপায়না মহাক্কী অৱাং নোংপোক লমদমগী খোংচৎতসু মণিপুর য়ৌরকখিদে। মতমদুগী প্রধান মন্ত্রিগী খোংচৎতা Assam, Mizoram, Meghalaya অমদি Nagaland দা লুপা কোটি লিশিং লিশিং খুদোল তৌবীরমখি। করীগুম্বা মতমদুগী প্রধান মন্ত্রিনা মণিপুর অসিবু নুংশিবীদুনা য়ৌবীরকলম্বা থোকলবদি লুপা কোটি খরা পীবীরম্বা মতমদা পুথরীবা শেনফম কোটি ৬৫০ অদু শিংদোক্নুনা অৱাবা খরদি কোক্লরমগদবনী। অদুবু লাইবক থিবদি এন দি এ সাসন্না মণিপুর প্রজাগী অৱাবা উবীখিদে।

অদুম ওইনমক ইং ২০০৪ গী লোক সভাগী মীখলদা সিট ৫৪৩ লৈবদা সিট ৫৩৯ গী মীখলদা কংগ্রেস দলনা ১৪৫ অমসুং অলায়েন্স তৌবা দলগা পুন্না ২১৯ কারবা মতুংদা লেফট

পারতী অমদি শৌগৎপা দলগা পুন্না ২৮২ গী শক্তী লৈদুনা সাসন পায়খি। ডা· মনমোহোল সিংহনা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইদুনা অনিরকশুবা ওইনা সাসন তৌরী। সাসনা তাকপদি থবক তৌবগী হৈশিংবা উৎপনী। ভারত্তা গন্নতন্ত্রগী মপুং ফাবা অধিকার পীদুনা সরকার অমসুং নেটাশিংবু সমালোচানা তৌবা য়াহল্লী। অদুবু নিংতম্বা অধিকার অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা হেঞ্জীন্না অমদি অরানবা প্রচার তৌবদি খক চুমলোই।

ঐখোয়না ঙসি কীরীবদি গনতন্ত্রা চৎপা লৈবাক্নী হায়দুনা মশাগী বর্ন, মরোল, মখুনবুদা নীংবা, মশাগী মরোল অমদি থর্ম্মবুদা লুন। তৌজবা কয়ানা লুচিংলগা রাজনীতী দল অমনী হায়দুনা থোরকপদা মীয়াম্না থাজবা থন্নগদি ভারত কায়বা তাবনী, মণিপুর কায়বা তাবনী। অদুবু কন্না হোৎনজবদগী স্বার্থত্যাগ তৌদুনা কংগ্রেস দলনা চহি ১২৬ অসি খাংলকপনা মীংচৎ অমদি কনবা ঙন্নবনী। ঙসি বীরোধী দলশিংনা দায়ত্ব য়াওদবা ৱাজাও ঙাংদুনা লৈঙাক সাসন পুনবা হোৎনরী। কাংবু কাংবু খৎনহন্দুনা অমোৎপা লমবেলদা চৎতুনা অশেংবা লমথুংফম অমদি চাওখৎপা মাং-তাকহল্লে। পৃথীবী অসি হৌজিক্কী অমগা অমগা সহযোগ পীনদা অমসুং শান্তি ওইনা লৈমীন্নবগী লম্বেলদা চংশিন্নরকলবা মতমদা ঙসিগী ভারত অমদি রাজ্যশিং খরদা অমগা অমগা য়ৈখায়নরী। মসি পুম্নমকসি কনানা করিগী থোকহনবনো হায়না মুন্না য়েংলুরবা মতুংদদি প্রজা মীয়াম্না খংলকলী। মদুদি কংগ্রেস বীরোধি ওইবা রাজনীতী দল খরনা শাক্তি পাম্বদগী ধর্ম্মগী মীংদা জাতীগী মীংদা মীচং-মীখায় নায়না থবক তৌরুবদগী ওইরমলে। মাইকৈ অমরোমদা কংগ্রেস দলনা মান্নবা খুন্নাই অমা পুরক্লবা হোৎনবদা মায় ওনশিল্লী। খেন্নবা অনি অসি অমুক্তদা পুন্না ভারতকী প্রজা মীয়ামদা উহন্নবা হোৎনবা হায়বসি কংগ্রেস দলগী লুচিংবশিং অমসুং সার্থীশিংনা হোৎনবগী মথৌ য়াম্না তারী। খন্থদুনা য়েংবীয়ু, ভারতকী সিফাইশিংনা কংলা অসি থাদোক্লুনা চৎখ্রবা মতুংদা এস পি এফ সাসন্না ঙসি কংলা অসিগী অনৌবা শক্তম অমা ওইনবা হোৎনরকলীবা অসিসু খরা য়েংবীবা দরকারদি ওইরিবনী।

কংলা মনুংদা লৈরীবা কোনুংগী শক্তম কায়হন্দনা শেমজিন শাজিল্লকলিবা অসি তশেংনমক তুংগী মীরোলগীদমকনী। নিংখায়দুনা লৈরম্লবা লাইশং কয়াসু সাসন অসিনা উদবা নত্তে। অনৌবা হিদেন তৌদুনা কংলা মনুংগী ইকোলোজী ফগৎনবা থৌরাং তৌরী। উ-ৱা কয়া নৌনা অমুক হন্না থাজিনবগীদমক থবক খুমাং য়াংশিল্লীবনী। মসিদা নৎতনা কংলা উত্রশং হায়দুনা মমাংঙৈ নিংথৌ পাল্লীঙৈ অঙনবা মতমদা লৈরম্বা শক্তম ব্রৃষ্টিশনা উফুল থোক্লা থুগাইখিবদুগী শক্তম নৌনা শেমজিন্নবা সাসন অসিনা য়াম্না কন্না মীৎয়েং চংখি। ঙসিগী এস পি এফ সরকারনা অদুগুম্বা কংলা উত্রা শংশেন নৌনা শেমজিনবগী মথক্তা কংলা শাগী শক্তম ঙসি মীরোলদা

উহনবা ঙমলে। মসিনা তাকপদি কংগ্রেস দলনা কংলা অসিবু কন্নবা অমদি শেমজিন শাজিন্দুনা ভ ঙাক-শেনবা হায়বসি তৌদবা য়াদবা থৌদাং অমনি হায়না লৌই। মদুননী ঙসি কংলাবু শেমগৎলীবা শাগৎলীবসি। ঙসি কংলাবু উরীবা শক্তম কংগ্রেস সরকারগী হোৎনজমলনী। কংগ্রেসস দলনা মীয়ামদা তৎতনা হায়দুনা লাকখিবা তৎতনা ঙাংজখিবা ৱাফম কংলাগী মতাংদা ঙসিদি থবক ওইনা ঙসিগী মীয়ামদা উৎপা ঙমলে। মসিনী কংগ্রেস দলনা মংজরম্বা মং মীয়ামগীদমক। পেনবা অমসুং পেন্দবা হায়বদুদি প্রজাশিংনা লেপ্পীগদবনী। অদুবু বীরোধী দলনা লেপ্পা অদুদি অচুম্বা ওইরোই। তশেংনমক গান্ধিজীগী শান্তি সেনা হায়বদু কংগ্রেস কর্ম্মী ঐখোয়না ওইবা তায়। প্রজাশিংগা মতম পুম্নমক্তা কংগ্রেস দলনা চৎমীন্ননবা হোৎনবা মথৌ তায়। প্রজা সেক্সন কয়ানা করী হায়রী, করী পাল্লী হায়বদু দলগী লুচিংবশিংদা পুকচেল শেংনা তম্বগী মথৌ তায়, ৱাতম লমবেল অদুদা সুবীধা লৌবগী মথৌ তাদে হায়না লৌই।

হৌজিক হৌজিক প্রজা মীয়ামগী [illegible] প্রর্ব তামীন্নবা হোৎনগদবদী ইং ২০০৭ তা পাংথোকপা বীধান সভাগী মীখল দলনা [illegible] খিবা ৱারোল কয়া থবক ওইনা ওহ্লোকপা ঙমলকপা অমসুং ইং ২০০৯ গী লোকসভাগী মীখলদা কংগ্রেস দলনা প্রজা মীয়ামবু করম্না কংগ্রেসকী লম্বীদা পুখিবগে হায়বদু ঐখোয় [illegible]।

সেন্টবদা ঐখোয়না ইং ২০০৪ গী মীখল অমা ইং ২০০৯ গী মীখলদা প্রজা মীয়াম্না থাজবা থম্বীখি। অদুগা রাজ্যদা ২০০২ অমসুং ২০০৭ গী বীধান সভাগী মীখলদসু ঐখোয়বু (কংগ্রেস দল) লৈবাক ঙাকপগী ভার পুন্দুনা লাকলী।

তোঙান তোঙানবা রাজনীতী দলশিংগী নেতা কয়া অমসু মণিপুরদা যৌরক্কুনা নত্তে। অদুবু ঐখোয়গী ৱাফম অদুদি লৈবাক অসিগী প্রজাশিংগী কান্নবা খক ওইদে হায়বসি মীয়াম্না খংনৈ। বি জে পিনা লুচিংবা সাসন্না ভারতকী মনুং চনবা রাজ্য অমা ওইরী হায়বসি কাওথোক্কুনা লেংবীরকখিদ্রে হায়রগা ঙসিনা মীথীনগাই ওইবা ৱা হায়বা লাকপিবসি প্রজা মীয়ামনা স্বাগৎ তৌদে। কংগ্রেস নৎতবা দলনা ভারত অমসুং মণিপুর রাজ্যগী সাসন পায়রীঙৈদনী ইং ২০০১ দা জুন ১৮ গী তমথীবা থৌদোক থোকহন্দুনা মরাল লৈতবা মীওই ১৮ গী পুন্সি পীখম্নখি অমসুং মণিপুর পুম্বা মৈনা চাকখি। মদুপুম্নমকতু মখোয় পুম্নমক কাওখিদুনা বীরোধী দলনা কাওখিবগুম তৌরী। মসিদনী বীরোধী দলশিংনা মখোয়না করি অরানবা তৌখি হায়বা কাওখি, ইকাইবা খংদে। মদুগা ঙসিনা মীয়ামদা থোক নত্রগসু ওইরোইদবা ৱা হায়বা লাকলী। মসিগুম্বা বীরোধী দলগী লীচৎ শাজৎ অসিনা গন্নতন্ত্রগী ৱাহম্লোক লালহন্দুনা মীওই কয়া মখোয়গী লাংদা থুনবা হোৎনরীবসি প্রজা মীয়ামসু খন্থবা মতম ওইরে।

অমবু ওইরে অমবু ওইরে হৌজীক্কী ওইরীবা মণিপুরগী সাসন অসি য়েংলুরগদি অতৈ

দলনা সাসন তৌবন্বা অদুদগী য়াম্না শাফরবনী হায়বদা কবিসু কায়দ্রবনী।

মতম অমদা মীখলগী লাওনরোল ওইরন্বা "কংলা" গী ৱাফম ঙসিদি লৈরোই। ইংশোক ২০০৪ গী নবেম্বর থাগী তাং ২০ অমসুং ২১ অসি কংলাবু থৱায়নী খঞ্জবা জাতী অসিগীদি কাওবা যাদ্রবা নুমিৎ ওইবে।

ভাবতকী প্রধান মন্ত্রি শ্রীমনমোহন সিংহনা মণিপুরদা লেংবীরকতুনা কংলাগী শোজৈ মণিপুবগী মুখ্য মন্ত্রিদা শিন্নবীদুনা কংলা প্রজা মীয়ামগীনি হায়দুনা লাওথোকপীখি। নবেম্বর থাগী তাং ২০ অসিবু ঙসি কংলা ডে হায়দুনা পালন তৌরি। মসি কনাগী পান্দমনো, কংগ্রেসনা তৌজবনী হাযবদা বীবোধি দলশিংনা অমুক শাওবীগদৌবীদ্র।



কংলা মীযামদা খুৎশিন্নবদা নৎতনা লুপা কোটি ১৭৭৭.৬৮ গী পেকেজ অমা লাওথোকপীবমদুনা পুৎথ ন্না শেনফমসু লৈত্রে। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা ঙসিগী প্রজাশিংনা কংগ্রেস দলবু শাওনীংঙাইদি লৈত্রে হাযবা য়াই।

কংলা মীয়ামদা শিন্নরবা মতংদা মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রি শ্রী ও. ইবোবী সিংহনা মণিপুরগী মীয়ামগী মহুৎ শিল্লগা ভারত গী প্রধান মন্ত্রি শ্রী মনমোহোন সিংহগী মফমদা ইকাই খুম্নবা অমসুং তৌবীমল খংবগী চেরোলদা অসুম্না হায়:-

## PRESS NOTE

Imphal, the 21st November 2004

The State Government on behalf of the people of Manipur expresses its sincere gratitude to Dr. Manmohan Singh, Honorable Prime Minister of India for visiting Manipur and for extending whole hearted support to the State Government in all its efforts in socio-economic development and law and order maintenance

The State Government is grateful to Hon'ble Prime Minister for gracing the handing over ceremony of the historic Kangla Fort. It is because of the kind intervention of the Hon'ble Prime Minister and his understanding of the emotional feelings of the people of Manipur, the Kangla Fort could be handed over the People of Manipur. The State Government is also grateful to the Hon'ble Prime Minister for laying foundation to the Jiribam - Tupul Railway line and new Capital Complex and for agreeing to the conversion of Manipur University into Central University

All these long pending demands of the people could be achieved, because of the sincere efforts made by the State Government and the concern of the Prime Minister towards the people of Manipur

The State Government expresses its sincere gratitude to Hone'ble Prime Minister for agreeing to sanction an economic package covering various projects amounting to Rs 2777.68 crores. The details of the projects agreed to by the Hon'ble Prime Minister of India, Dr. Manmohan Singh during his visit to Manipur on 20-21st November, 2004 are enclosed

21.11.04
(O. Ibobi Singh)
Chief Minister

## PROJECTS AGREED TO BY HON'BLE PRIME MINISTER

| Sl No | Name of the Project | | Amount Sanctioned (Rs in crores) |
|---|---|---|---|
| 1 | Jiribam - Tupul (Near Imphal) railway line | | 727.00 |
| 2 | Construction of new State Capital Complex | | 317.00 |
| 3 | Widening and Improving 16 roads | | |
| | i) | Roads connecting district to sub-division | 67.41 |
| | ii) | Road connecting State Capital to district | 24.22 |
| | iii) | New Roads inter-linking district headquarters | 55.60 |
| | iv) | Double laning of Maram – Peren Road | 54.00 |
| | | Sub-total | 201.26 |
| 4 | Development of District head-quarters and ADC head-quarters | | |
| | i) | Construction of Mini-secretariat at Thoubal and Imphal East districts | 34.00 |
| | ii) | Construction of residential quarters at 5 hill district HQs | 14.00 |
| | iii) | Construction of residential quarters for ADC HQs at 5 hill districts and Kangpokpi, Moreh and Jiribam | 14.00 |
| | iv) | Improvement of existing Mini-secretariat at 5 hill districts and Bishenpur | 12.00 |
| | v) | Improvement of Internal roads at 5 hill district HQs including construction of footpaths drains etc | 13.00 |

| | | |
|---|---|---|
| | vi) Construction of road side amenities at 5 hill district HQs like street lighting and civic amenities | 3.00 |
| | Sub-total | 90.00 |
| 5 | Loktak Downstream Hydro-electric Project | 659.36 |
| 6 | Khuga Multi-purpose Project | 85.00 |
| 7 | Thoubal Multi-purpose Project | 95.00 |
| 8 | Dolaithabi Barrage | 63.10 |
| 9 | Electrification of 268 de-electrified Tribal villages | 60.00 |
| 10 | Electrification of 477 virgin tribal villages | 200.00 |
| 11 | Sports Academy at Kuman Lampak Sports Complex and Maintenance | 30.00 |
| 12 | Conversion of Manipur University into Central University | 75.96 |
| 13 | Development of Infrastructure at College of Technology | 24.00 |
| 14 | Special Employment Generation Programme | 150.00 |
| | TOTAL | 2777.68 |

অসিগী মতুংদা UPA গী চিয়ারপার্সন শ্রীমতি সোনিয়া গান্ধি AICC গী প্রসিডেন্টনা ইং ২০১০ গী নবেম্বর ১২ দা মণিপুরদা অমুক লাকপীদুনা

- ইমা কৈতেল অহুম শংগাবীরমখি।
- চিংমীশিংতগী ওইবা কৈথেল যাত্রা হুনবীখি।
- ত্রাইবেল ইউনীভরসিতীসু যাত্র হুনবীরমই।
- মদুদা নৎতনা ত্রাইবেল ছাত্রশিংগী ওইবা হোষ্টেনসু শানবা থৌরাং য়াৎপীরমই।

অসুম্না ভারতকী কংগ্রেসকী লুচিংবশিংনা মণিপুর অমদি মণিপুরী জাতী ঐখোয়দা থোইদোকত্তুপা মীনুংশিগী মীৎয়েং অমা য়েংই হায়বসি তৌবীরকলীবা থবকশিং অসিনা শাক্ষীনী। অদুবু থবক থৌরমশিং অসিদি তোঙান-তোঙানবা রাজনীতী দলশিংনা য়াম্না কল্লক্লীংঙাইদি ওইরী।

পুম্নমক অসিগী মথক্তা হন্দক্তা ইকুস কুইদনা ডিসেম্বরগী তাং ৩ ইং ২০১১ দা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি শ্রী মনমোহোনজি অমসুং UPA গী চিয়ারপার্সন সোনিয়া গান্ধি অনি পুন্না লেংবীরক্তুনা মণিপুর প্রজা মীয়াম্না চিংনরীবা "সুপ্রা ষ্টেটকী" ৱাফম লৈতে হায়না ফোংদোকপীরমলে। নুমিৎ অসিদা শীল-লাংলীবশিংগী ৱাখলগী ৱাংমদা মীয়াম হুম্না থোরক্তুনা সোনিয়াজী অমসুং মনমোহোন অনিবু তরাম্না কংলাদা ওকখি।

অহানবামক্তদা শ্রীমতি সোনিয়া গান্ধিজিনা মণিপুরগী প্রজা মীয়ামদা "খুরুমজরী" হায়বা ৱাহৈনা ইকাইখুম্নবা উৎপীরম্খি।

মকা তাবদা শ্রীমনমোহোনজ ভারতকী প্রধান মন্ত্রিনা মীয়ামদা মহাক অমসুং UPA সরকারনা মণিপুর প্রজাশিংগীদমক করি খল্লীবগে অমদি পাংথোকপা পামলিবগে হায়বসু অসুম্না হায়:-

# ইন্দিয়াগী প্রাইম মিনিষ্টর ডাঃ মনমোহন সিংহনা দিসেম্বর ৩, ২০১১ দা কংলাদা পাওখোকখিবা মীয়ামগী মীটিংদা পীখিবা ৱারোল

ইকায়খুম্নজরিবী কংগ্রেস প্রসিদেন্ট শ্রীমতি সোনিয়া গান্ধীজি, ঐহাক্কী ইকায়খুম্নজরিবা মরুপ মপাংশিং, মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর শ্রী ও ইবোবী সিংহজি, মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কম্মিটিগী প্রসিদেন্ট শ্রীগাইখাংওমজি, মিনিষ্টরশিং, এম এল এ শিং, শক্লাইরবা ইবেম্মা অমদি ইবুংঙোশিং অদুগা দেল্লিদগী লাকমিন্নবা ঐহাক্কী কেবিনেট মরুপ মপাংশিংঃ-

মণিপুরদা অমুক হন্না লাকচবগী খুদোংচাবা ফংজবসি ঐহাক্কীদমক্তদি নুংঙাইজবা অমদি ইকায়খুম্নবিবা অমনি। ঐহাক্কী থম্মোয়দা মণিপুর অমদি অৱাং-নোংপোক্কী ষ্টেটশিং অসিগী থোইদোকপা মফম লৈ। অদুগা ঐহাক্না নীংথিজরবা অৱাং-নোংপোক লমদমগী পার্লিয়ামেন্টকী মীহুৎ ওইজবসি ঐহাক্কীদি লাইবক ফবনি হায়না লৌজে।

মণিপুর অসি মচাক-মথুম অমদি আশানা থল্লবা ষ্টেট অমনি হায়না ঐহাক্না মতম চুপ্পদা থাজে। ষ্টেট অসি পুক্রিং হুরবা মহৌশাগী নিংথিবা, য়াম্না ইনাকখুনবা নাৎ, সংস্কৃতিগী পরম-পারা লৈবা অমদি লমদম অসিদা খুন্দারিবা মীওই কাংলুপশিংগী মরক্তা শান্তি ওইনা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরকপগী ফজরবা মাওলমচৎ লৈরকপা লমদম অমনি। মণিপুরগী তুরেলশিং, তম্পাকশিং, মসিগী শা-উচেক অমসুং হৈপাল-লৈপালশিং, মসিগী জগোয় ঈশৈনা লমকোয়বশিংগী তশেংনা নুঙাইজবী হায়বদু ওইহল্লি।

থৌনা ফরবা মণিপুরগী মীয়াম অসি শান্ন-খোৎনবগী লমদা থোইদোক-হেন্দোকই হায়বসিদা ওকনিংঙাই ওইদে। অতৈ ষ্টেটশিংদগী লমগী পাক-চাউবা অমদি মীশিংদা য়ামজদ্রবসু মণিপুরনা চহি অসিদা পাওখোকখিবা নেসনেল গেমসতা মকোক থোংনা মায়পাকখি। ঐহাক্না ষ্টেট অসিগী শান্নরোইশিংবু মখোয়গী অঙকপা মায়পাকপা অদুগীদমক থাগৎলি।

ইচিল-ইনাও পুম্নমক, মণিপুর অমসুং অৱাং-নোংপোক্কী ষ্টেটশিংবু খোঙলৈ থুনা চাউখৎহল্লবগীদমক লৈজবা শক্তিদা হোৎনবা হায়বসি সেন্টরদা লৈরিবা ঐখোয়গী ইউ পি এ গভর্নমেন্টকী থবক অমা ওইরিবনি। ষ্টেট অসিগী মীয়াম্না মখোয়দা লৈজরিবা গুনশিং অমদি তৌবা ওস্না শক্তিশিং অদু মপুং ফানা উথোক্লবগী তাঞ্জা ফংহনবা ঐখোয়না পামজে। হৌখিবা চহি মঙা অসিদা মসিমক ওইহন্নবা মণিপুরগী কংগ্রেস গভর্নমেন্টকা ঐখোয়গা য়াম্না নকশিন্না থবক তৌমিন্নজরকখি। ১৩ শুবা ফাইনান্স কম্মিসনগী মখাদা ২০১০-২০১৫ গী মনুংদা সেন্টরদগী ষ্টেট অসিদা থাদগদৌরিবা শেনফম অসি লুপা কোটি ১৩,৬০০ ওইরবা য়াই, মসি ২০০৫-১০ দা থাদখিবা

শেনফমদগী শরুক অনি হেল্লবনি। চংলিবা চহি অসিগী প্লান আউটলে অসি লুপা কোটি ৩২১০ নি, মসি ২০০৫-২০০৬ কী প্লান আউটলেদগী শরুক অহুম হেল্লবনি।

মহাক্কী ব্রারোলদা ইকায়খুম্নজরবা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর, শ্রী ইবোবী সিংহজিনা মণিপুরগীদমক্তা লুপা কোটি ৬০০০ কী স্পিসিয়েল পেকেজ অমা দরকার ওইব্দু পল্লম্মী। হীরম অসিগী মতাংদা হৌজিক শেম-শারিবা ১২ শুবা চহি মঙাগী থৌরাংদা তঙাইফদবা দরকার ওইবশিং অদু শোইদনা য়েংশিনগনি হায়না ঐহাক্না থাজবা পীজরি। চাওখৎনবা অমদি চাওখৎ থৌরাংগী থবক্তা পুক্রিং থিংজিন্নবগীদমক মণিপুরনা শান্তি অমদি তংদু-লৈতাবা দরকার ওই। মরম অদুনা অসিগুম্বা নিংথিরবা ষ্টেট অসিদা চহি চা কয়াদগী চান্ন-চীম্মনা লৈমিন্নরক্লবা কাংলুপ খুদিংমক্কী মরক্তা শান্তি অমদি তংদু-লৈতাবগী ফিভম ফংগৎহন্নবগী থবক পুম্নমক ঐহাক্না তরাম্না ওকচরি। কাংবু খরগী মরক্তা সুপ্রা নেসনেল ওঠোরিটিগী মরমদা ঙাংনবগী মতাংদা শ্রী ইবোবীনা পল্লম্লে। অসিগুম্বা ব্রাফম অমত্তা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা খন্নবা লৈতে হায়না ঐহাক্না থাজবা পীজরি। অদুগা মণিপুরগী টেরিটোরিয়েল ইন্টিগ্রিটি অসি ঐখোয়গী য়াম্না মরুওইবা শরুক অমা ওইনা চপ চাবা ফিরেপ লৌজরি।

ঐহাক্না মণিপুরদা ২০০৪ অমদি ২০০৬ তা লাকচরম্বা মতমদা লাউথোকচরম্বা প্রোজেক্টশিং অদু লোয়শিনবা অসিমক ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজে। ঙসি ঙাইহাক্তংগী মমাঙদা, সোনিয়াজী অমদি ঐহাক্না অনৌবা এসেমব্লি সেক্রেটরিয়েট কমপ্লেক্স অমদি হায়কোর্ট কমপ্লেক্স শঙ্গাজখ্রে। মসিমক ঐহাক্না ২০০৪ দা যাত্রা হুঙ্গরম্বা ষ্টেট কেপিটেল প্রোজেক্টকী শরুকশিংনি। প্রোজেক্ট অসিগী অহুমশুবা শরুক ওইরিবা নিউ সেক্রেটরিয়েট কমপ্লেক্সসু শাবা হৌরে, অদুগা মার্চ ২০১৪ দদি শাবা লোয়শিল্লবা য়াই।

ঙসি সোনিয়াজি অমদি ঐহাক্না মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোর্পোরেসন (এম এফ দি সি) গী ওদিটোরিয়মসু শঙ্গাখ্রে। ইকুই কুইদনা হৌখিবা চহি খরদা নেসনেল অমদি ইন্টরনেসনেলগী এৱার্দশিং ফংখ্রবা দিরেক্টরশিং অমদি অতে ফিল্মগী শরুক্নইরবা মীওই কয়া পুথোকখ্রবা মণিপুরী ফিল্ম ইন্দষ্ট্রি মখা তানা চাওখৎহনবদা ওদিটোরিয়ম অসিনা অচৌবা মতেং ওইরগনি হায়না ঐহাক্না আশা তৌজে।

ইচিল-ইনাও পুম্নমক, মণিপুরগী ইকোনোমিক দিভলপমেন্টকীদমক অফবা মচাক-মথুমশিং শেম্বা হায়বসি মরুওইবা অমনি হায়বসি ঐহাক্না খঙজে। মরম অদুনা, সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা হীরম অসিদা থম্মোই শেংনা লোৎনজরি। হৌজিক ইম্ফাল এয়ারপোর্টতা নুমিদাংদা প্লেন তাবগী খুদোংচাবশিং ফংহল্লে। ষ্টেট গভর্নমেন্টনা লম একর ৬৪০ ফংহল্লে অমদি ইন্টরনেসনেল ষ্টেন্দার্দকী থাক্তা মচাক-মথুমশিং ফংগৎহন্দবা এয়ারপোর্ট ওঠোরিটি ওফ ইন্দিয়ানা থৌরাং অমা য়াখোক্লে। কিলোমিটর ১২৫ শাংবা জিরিবামদগী তুপুল ফাওরগা ইম্ফাল য়ৌগদবা রেলৱে লাইন শেম্বগী থবক চংশিল্লি অমদি মসি ২০১৬ কী মার্চ ফাওবদা লোয়শিল্লবা য়াই, জিরিবামদগী তুপুল ফাওবগী শরুক শেম-শারিবা অসি মার্চ ২০১৪ দা লোয়শিল্লবা য়াই। মরাম-পেরেন লম্বী দবল লেন ওইহন্নবগী থবক ২০১২ গী মার্চ

ফাওবদা লোইশিল্লবা য়াই। নেসনেল হায়ৱে ৫৩ শেম্বগী থবকসু চংশিল্লি অমদি ২০১৩ গী দিসেম্বর ফাওবদা লোয়শিনগনি হায়বগী আশা তৌরি। ওল্ড কছার রোদ শেম্বা ইন প্রিন্সিপল ওইনা য়ারে। চীংগী লমশিংদা রোদ কনেক্টিভিটি ফগৎহল্লবগীদমক সেন্ট্রেল এসিষ্টেন্স পীবিনবা ষ্টেট গভর্নমেন্টনা হায়জরক্লে। হীরম অসিগী মতাংদা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা খন্নবগীদমক দিটেল প্রপোজেলশিং শেম্নবা ষ্টেট গভর্নমেন্টতা হায়খ্রে।

থৌবাল দামদগী শেংদোক্লিবা ঈশিং পুরক্নুনা ইম্ফাল সিটিদা ঈশিং পীননবা ওগমেন্টেসন প্রোজেক্ট পায়খৎনবগী জপান ইন্টরনেসনেল কো-ওপরেসন এজেন্সিদগী ফন্দ লৌনবা কল্লা খল্লরি।

মালোমদা ওইল দিপো অমা শাগৎলগনি হায়বা ৱাফম লাওথোকচবসিনা ঐহাক্না নুংঙাইজে। ইম্ফাল ফাওবা রেলৱে লাইন শেম্বা লোয়দ্রিফাওবা মসিনা রোদ ফেন্দ দিপো ওইনা থবক তৌগনি। সেকমাইদা লৈরিবা এল পি জি বোটল্লিং প্লান্ট অসিগী কেপাসিটি মেট্রিক টন ৬০০ ওইরিবসিদগী মেট্রিক টন ১২০০ দা শরুক য়নি হেনগৎহল্লগনি হায়বা ৱাফম লাউথাকচবা অসিদসু ঐহাক্না নুংঙাইজে। মসিনা মণিপুরগী প্রজাশিংদা পেট্রোল, দিজল, কেরোসিন অমদি এল পি জি চাং নাইনা ফংহন্নবা হোংনবদা মতেং ওইরগনি।

পৱারগী লমদা, মেগাৱাট ১৫০০ পুথোক্কদবা টিপায়মুখ হায়দ্রো ইলেক্ট্রিক প্রোজেক্ট অসি নেসনেল হায়দ্রো ইলেক্ট্রিক পৱার কোর্পোরেসন, সটলেজ জল বিদ্যুট নিগম লিমিটেদ অমদি গভর্নমেন্ট ওফ মণিপুরনা জোইন্ট ভেঞ্চর কম্পেনি ওইনা পায়খৎমিন্নগনি হায়বসি ঐহাক খঙজবে। প্রোজেক্ট অসিগী এনভাইরোনমেন্টেল ক্লিয়ারেন্স পীরে অমদি ফোরেষ্ট ক্লিয়ারেন্সকী থবক চংখরি।

অৱাং-নোংপোক্কী ষ্টেটশিংদা পৱার ট্রান্সমিসন, সব-ট্রান্সমিসন অমদি দিষ্ট্রিব্যুসনগী নেটৱার্কশিংগী থবক ফগৎহল্লবা অমদি পাকথোক-চাওথোকহল্লবা প্রোজেক্ট অমগী ফন্দ ৱার্ল্ড বেঙ্কতা পীবিনবা হায়জখ্রে হায়বসু ঐহাক্না খঙলে। হীরম অসিগী মতাংদা ৱার্ল্ড বেঙ্কতা কন্না তক্লনবা ঐহাক্না মরী লৈনবা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টকী মীনিষ্ট্রিশিংদা হায়রগনি।

ইচিল-ইনাও পুম্নমক, মণিপুরদা চাওখৎপদা চঙবা মচাকশিং মপুং ফানা ফংহন্দুনা মীয়ামদা কান্ননিংঙাই ওইবা থবক ফংনবগীদমক ঐখোয়না মণিপুরদা মহে-মশিংগী খুদোংচাবশিং ফগৎহন্নবা প্রোজেক্ট কয়ামকম পায়খৎচরে। সোনিয়াজি অমদি ঐহাক্না হৌজিক অনৌবা নেসনেল ইন্সটিট্যুট ওফ টেক্নোলোজি বিল্ডিং অমদি কেম্পসকী যাত্রা হুনখ্রে। ইন্সটিট্যুট অসিগী থবক্তি ২০১০-১১ দগী হৌখ্রবনি। মণিপুরগী থোইদোকপা দরকার ওইবদু খঙদুনা মণিপুরগী দিষ্ট্রিক্ট মাপলমক্তা, নোর্মেল ইলিজিবিলিটি কন্দিসন্না কোনশিন্দবা দিষ্ট্রিক্টশিং ফাওবা য়াওনা কস্তুরবা গান্ধি রেসিদেন্সিয়েল স্কুলশিং লিংখৎনবা য়ারেপ সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা লৌরে। মতৌ অসুম্না, ঐখোয়না অনৌবা নভোদয়া বীদ্যালয় অনি উস্কুল অমদি সেনাপতিদা হাংদোক্লবা অয়াবা পীখ্রে। রিজনেল ইন্সটিট্যুট ওফ মেদিকেল

সাইন্সেস (রিমস) হেন্না চাওখৎহন্নবা প্রপোজেল অয়াবা পীখ্রে। মসিগী থবক দিসেম্বর ২০১১ দগী হৌরবা য়াই। জবাহরলাল নেহরু ইন্সটিট্যুট ওফ মেদিকেল সাইন্সেস হেন্না চাওখৎহন্নবগী ৱাফমসু খন্নরি।

মীশিং য়ামজদবা কাংলুপকী দরকার ওইবদু কোকহন্নবগীদমক্তা সেন্টরগী মাইনোরিটি এফিয়ার্স মিনিষ্ট্রিনা মল্টি-সেক্টরেল দিভলপমেন্ট প্রোগ্রাম (এম এস দি পি) গী মখাদা থৌবাল দিষ্ট্রিক্টকী লিল্লোংদা লৈবা আই টি আইদা ফন্দ থাদখ্রে। মহৈরোই ১৬৪ তমহনবগা লোয়ননা মসিনা লমদম অদুদা স্কিল অপগ্রেদেসন তৌবা অমদি ভোকেসনেল এদুকেসন পীবদা অচৌবা ইনোৎ অমা পীরগনি হায়না ঐখোয়না থাজরি। মীশিং য়ামজদবা কাংলুপশিংনা নম্না তাবা মফমশিংগীদমক মহৈ-মশিং, হকশেল অমদি স্কিল দিভলপমেন্ট কোনশিনগদবা স্পিসিয়েল পেকেজ অমা ষ্টেট গভর্নমেন্টকা তান্নরগা শেম্নবা মাইনোরিটি মিনিষ্ট্রিদা ঐহাক্না হায়খ্রে।

ঐহাক্না মমাঙদা লাকচরম্বা মতমদা, ঐখোয়না চীংগী দিষ্ট্রিক্ট মরী অমদি জিরিবামদা ফমুং ৫০ লৈগদবা হোস্পিটালশিং লীংখৎনবা লাওথোকচরমখি। ঐহাক্কী মরুপ য়ুনিয়ন হোম মিনিষ্টর শ্রী পি চিদম্বরমনা নভেম্বর ২ দা সেনাপতিদা ফমুং ৫০ লৈগদবা হোস্পিটাল শঙ্গাখ্রে হায়না ঐঙোন্দা খঙহল্লকখ্রে। অতোপ্পা হোস্পিটাল মরী অদুসু ২০১৩ গী মনুংদা লোয়শিল্লগনি হায়বসু খঙজরে। অসিগুম্বা হোস্পিটালশিং অসি মতম কুইনদগী দরকার ওইদুনা লাক্লবা ট্রাইবেলশিংনা খুদাবা চীংগী লমশিংদা হকশেলগী চেকশিন-থৌরাং অদু লৌখৎপা ঙম্লগনি।

মণিপুর গভর্নমেন্টনা ষ্টেট পুলিসকী মোদর্নাইজেসনদা মতেঙ ওইনবা অহেনবা সেন্ট্রেল এসিষ্টেন্সপীনবা হায়জরক্নে। মরম অদুনা ঐহাক্না হীরম অসিগীদমক ১২ শুবা প্লান পেরদতা লুপা কোটি ৫০ চহী খুদিংগী পীনবা মিনিষ্ট্রি ওফ হোম এফিয়ার্সতা হায়রে। ষ্টেট গভর্নমেন্টনা ইম্ফাল অমসুং মন্দলেগী মরক্তা ইন্টরনেসনেল বস সার্ভিস অমা লৈহন্নবসু হায়জরক্নে। ঐখোয়গী লুক ইষ্ট পোলিসিগী শরুক অমা ওইনা ৱাফম অসি ম্যানমারগী গভর্নমেন্টকা তান্নদুনা থবক পায়খৎকনি।

ইচিল-ইনাও পুম্নমক, মণিপুরগী মীয়ামগী মতিক-মগুন অমদি হৈথোই-শিংথোইবসি পুক্লিং থৌগৎনিঙাই ওই অমদি মসিবু হেন্ন কান্নগদবা লোয়ননা অনৌবা মওংদা চীংশিনবা দরকার ওই। ষ্টেট অসিগী চাওখৎ-থৌরাংশিং মপুং ফানা পায়খৎনবা থবক তৌবা য়াবা ফিভম অমা শেমগৎপা দরকার ওই। পুম্নমক অসি ষ্টেট অসিদা শান্তি লৈনা চন্ন-চীন্ননা লৈমিন্নরবা মতমদতা ওইথোক্কনি। মণিপুরদা হীরম কয়াদা মত খেন্নবা কয়া লৈরবসু ঐখোয়গী দেমোক্রেটিক সেট-অপ অসিনা মখোয় পুম্নমক্কী ৱা তারি অমদি খন্নরি। মতাং অসিদা ঐহাক্না মণিপুরগী মীয়ামদা হিংশা থাদোকপীনবা হায়জরি অমদি মখোয়গী দাবী শিংসু কন্সটিট্যুসনগী মখাদা তৌজসনু। ষ্টেট অসিদা হৌখিবা মতমদা হিংশাগী থৌদোক কয়া থোকখ্রবসু হৌখিবা চহি খরা অসিদদি শীংথাবা য়ানা হম্বরক্নে হায়বসি খঙবদা নুঙাইজে। ঐহাক্না

আশা তৌরি মদুদি ঐখোয়না হিংশা থোক্তনবা অমদি দিমোক্রেসিগী মরা চেৎশিনহন্নবা থবক মখা চত্থগনি। মসি য়ৈখাই-থিনগাইবা লৈতনা ষ্টেট অসিগী শেল-থুমগী ফিভম ফংগৎহন্নবগীদমক য়াম্না মরু ওই।

ত্রাইবেল ওটোনোমস দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিল তরুক্কী মীখল পাওথোক্রবা ষ্টেট গভর্নমেন্টনা লৌখিবা অকনবা খোঙথাং অদুবু ঐহাক্না থাগৎচনিংই। ~~কাউন্সিলশিং অসিদা মতিক চানা ফন্দ~~ পীনবা অমদি মখল-মখাগী চাওখৎ-থৌরাংগী থবক পাওথোক্রবগীদমক মখোয়গী শক্তি লৈহন্নবা ষ্টেট গভর্নমেন্টতা ঐহাক্না তকশিল্লি। দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলশিংগী মীখলদা কাররুবশিংবু শৌগৎনবা অমদি মখোয়বু মখোয় মখোয়গী হেদক্কাটরশিংদগী থবক তৌহন্লবা ঐহাক্না ময়াম পুন্নমক্তা হায়জরি। মসি অরেম্বদা তাহল্লোইদবা ঐতিহাসিক ওইবা তাঞ্জা অমনি।

ইচিল-ইনাও পুন্নমক, কাংলুপ খরনা তৌখিবা ইকুই কুইদ্রিবা রোদ ব্লোকেদশিং অদুনা মণিপুরগী মীচম প্রজাশিংদা য়াম্না ৱাহনখি হায়বসি ঐখোয় খঙজে। সেন্ত্রেল গভর্নমেন্টনা ষ্টেট গভর্নমেন্টতা খুদোংথিবা মতম অদু থেংননবা অদুগা তঙায়ফদবা পোৎ-চৈ ফংহন্নবা অঙম্বা শক্তিদা হোৎনখ্রবসু ব্লোকেদশিং অদু ষ্টেট অসিগী প্রজাশিংগীদমক্তদি অৱাবা ওইখি অদুগা মসিগী শেল-থুমগী ফিভম শোকহনখি। ইকোনোমিক ব্লোকেদশিং অদু হৌজিক লোয়খ্রবসু অসিগুম্বা থৌদোকশিংগী কান্নবা ফল করিনো হায়বদু নৈনবগী তঙাইফদবা অদুদি ঐখোয় পুন্নমক্তা ননশিনবিরম্লে। ঐগী ৱাখলদদি অসিগুম্বা য়ৈখাই-থিনগাইবগী থবকশিং অসিনা কান্নহনবা কনা অমত্তা লৈতে, মাঙজবতনি। অসিগুম্বা থৌদোক অসি অমুক হল্লক্করোই হায়না ঐহাক্না আশা তৌরি। তোঙান-তোঙানবা নাৎ-সংস্কৃতি অমদি কাংলুপকী হৌরকফম লৈজরবসু মমাঙভৈদা মণিপুরগী প্রজাশিং অসি নুংশি-চান্ননা শান্তি ওইনা লৈমিন্নরকই। অসিগুম্বা ফিভম অসি মখা তানা চত্থনবা হোৎনবা হায়বসি ঐখোয় পুন্নমক্কী থৌদাং ওইফম থোকই।

নুংশিজরবা ইচিল-ইনাও পুন্নমক, মণিপুরনা লৈবাক অসিগী ষ্টেটশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ফন্না লৈঙাক-সাসন তৌবা ষ্টেট অমা ওইরক্কনি হায়বসি ঐহাক্না থাজজে অমদি মসিগীদমক ঈশ্বরদসু খুরুমজরি। সেন্টরদা লৈরিবা ঐখোয়গী গভর্নমেন্টনা ষ্টেট গভর্নমেন্টকা খুৎশম্নরগা মসিমক ওইথোক্রবা হোৎনবা য়াবা হোৎনগনি। অদোম অমদি মণিপুর ষ্টেটনা তুংলমচৎতা নুংঙাই য়াইফবা ওইরসনু হায়না হায়জবগা লোয়ননা ঐহাক্কী ৱারোল লোয়শিঞ্জরি। ঈশ্বরনা অদোমগী লম্বীদা য়াইফ-মঙ্গল পীবিরসনু।




জয় হিন্দ

